শ্রীশিক্ষগুরুময়ুম নীলবীর শর্ম্মা

২৮ ওক্টোবর ১৯১৭ তা ব্রহ্মপুর ভাগবতা লেকাই, ইম্ফালদা পোকই। সংস্কৃত কলেজদা তম্লগা ব্যাকরণ শাস্ত্রী পাস তৌই। হিন্দীদা "রাষ্ট্রভাষা বত্ন" অমসুং ইংরেজীদা বনারস হিন্দু বিশ্ববিদ্যালয়গী 'এডমীশন' পাশ তৌই। পুন্সিদা ফংখিবা এবার্দশিংবা থবা :—

যামিনী সুন্দর গোল্ড মেদল ১৯৭৩
(মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ)

ঙাংলাম্বা এরার্দ (ওঝাগী) ১৯৮৬
নেশনেল এরার্দ (ওঝাগী) ১৯৮৭
সার্টিফিকেট ওফ ওনার (সংস্কৃত) ১৯৮৮
(শিক্ষা বিভাগ, মণিপুর সরকার)

"হিন্দী সেবক শ্রী" (হিন্দীগী) ১৯৮৮
(হিন্দী শিক্ষক সংঘ, মণিপুর)

সাহিত্য একাদমী এরার্দ ১৯৮৯
স্টেট কলা একাদমী এরার্দ ১৯৮৯
রাষ্ট্রপতি সন্মান ১৯৯৬

# খোংজোম তীর্থ

—*—

অইবা—

নীলবীর শাস্ত্রী,

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মণিপুর হিন্দী পরিষদ, মণিপুর সংস্কৃত পরিষদ, বিশ্ব হিন্দু পরিষদ অমসুং শ্রীগোবিন্দজী নর্তনালয়নচিংবা সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিগী সংস্থান কয়াগী হান্না সেক্রেটরী অমসুং সভাপতি ওইরম্বা।

অফোঙবী : কুমারী বসুমতী দেবী

অহানবা খুৎনম :— ১৯৬০ (১৩ আগষ্ট)
(বীর টিকেন্দ্রজিৎ দে)

অনিশুবা খুৎনম :— ১৯৭১, ১৩ আগষ্ট
(শহীদ দিবস)

অহুমশুবা খুৎনম :- ১৯৯১
(খোংজোম লালগী চামশুবা চহী)

মরিশুবা খুৎনম :— ১৯৯৭

মখুমগী লাই য়েকপা :— বাঃ কু সনাতোম্বা সিংহ



লাইরিক ফংফমশিং :-

১। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
পাউনা বাজার, ইম্ফাল।

২। অইবগী য়ুম, ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল।

মমল লুপা ৩৫.০০

নম্ফম :—

সুচেতা প্রীন্টিং রার্কস,

মোইরাংখোম লোক্লাওবুং, থুম্বুথোং অহনবা মনাক, ইম্ফাল।

# ছীরম-লমাই





শ্রীশিজগুরুময়ুম মণি শর্ম্মা,
ঐবু পোকপা পন্থৌগী থুংতা
ঐগী "খোংজোম পর্ব" হাপচবি

নীলবীর
১৩ আগষ্ট, ১৯৬০
( বীর টিকেন্দ্রজিং দে )

# রাহৈ অমা অনিদং

ঐখোযগী লৈবাক মণিপুর অসি ভারতকী নোংপোক চিদাইদা নোংঙাল্লমদাই শজিক্লম তোমথিল ভাল্লিবা ঈমানি। লৈবাক অসিগী নিংথিবা ফজবা উবদা মহাক্কী মচাশিংনা সন লৈবাক হায়না কৌনৈ। "মণিপুর সনা লৈময়োল, চাংনা কোয়না পনশনা" কয়াদা থুমখ্রবা রাহৈশিংনো। লৈবাক অসিগী মহৌশা খুংশেমগী ফজবা উবদা মফম অসিগী হুইশেনশিংনা অমকস্তু শকই "লোইবী পল্লেল থারিবা, লেকতাক শিংশেল চৈবিবা" অসিংস্না নিংথিবা লৈবাক অসি পীক্লা মগুণ লৈবনি। মফম অসিগী কলা-বিদ্যাগী লৈবাংনা ভারত জাতিগী কলা কুঞ্জদতা অতোনা বিশ্ব পৃথ্বগী কলা কুঞ্জদা ভাল্লুরি। লৈবাক অসিগী মীশিংদি কলাদত নত্তুন কনবা-খৌবদস্তু মমিং চংলি লৈবাক অসিগী মীশিংনা খুমলোন্নবা বরো কাছাড় ফাওব জয়গী ফিরাল যুংলুবা ভুমখি মফম অসিগী ইতিহাস যাম্ন লিববনি; মফম অসিগী সংস্কৃতি সভাতা যাম্না রাংশনি অসিংস্না ন্যংশিরবা ঈরৈবাক অসিগী মগুণ তোয়না তোয়না শকনিংই, হন্না হন্না শিংথা-নিংই, অতুবু অরাবদি ঐথোয়না থাবতনা রাংহৌই। মাগী মগুণনা অস্তুম হেনখি তাইবংনা খঙ্ঙনদ্রবা; কনিন শাংথাবদা যৌঙমদ্রবা; লৈবাক অসিগী লোন্না থুপ্পা লৈরিবা মগুণবু কনানা শাংথ য় "নারক্কা শাংপী লৈরা" কনানা শকই "ঈয়াইদা লোৎপা নণি" পৃথিবীগী দেশ মহাদেশ কয়া জয় তৌরবা অঙ্গেজ সবকাশগা খাজোক অমতা ভাইবা মৈতৈনা মাইয়োক য়াই। মাইথীগনি খঙনা খঙনা জাতিগী

ইচ্ছেং চাক্লুনা লাম্লক্লা চোংশিল্লি ; নোক্ন নোক্লা থরাই থাদোকই। লৈব'ক অসিগী অকন-অথৌনা তন্দনগুম কুপাফেং কাফেং চান্দুনা কুইনা লৈবা হৈনদে। নোংথাংগুম অমুক্কুং চান্দুনা মীগী মমিং থকহল্লম্লগা অমসুং অমম্বগী মথবাক শেগাইদুনা মচাল অমা পীরম্লগা মতম কুইনগী চইনা মওথি। অসিগুম্ব মৈতৈ ঈপা-ঈপুগী রাখল অমসুং থৌনা অসি অচৌকপনি।

ঐনা অচৌং চইরিচৈদা ঐবু পোকপনা ব'র' ওইনা লীদুনা খোংজোম লালগী রাবী কয তাহনবিখি মতম অদুদগী হৌনা ঐগী পুক্নিংদা খোংজোম লালগী শহ দশিংগা মযমদা শ্রদ্ধা লৈবা হৌখি। মতুংদসু পোংম ঐগী ইবেনবোক্লা খোংজোম লালগী রারী লীরকপদা রাহৈ খবা অসি হাযবিখি 'খোংজোম লাল লোইরবা মতুংদা খোংজোম তীথ'দা মণিপুরগী মা লৈশিং কয তিনখি মতুদা কীত্তন তৌদুনা খোংজোম তীথদা মীযাম লুপখি মপা, ২৫ শিখিবশিংনা কপা লাউনদুন তপীনাচংবসু কংনখি চৈ অসিদ লুপ্নদগী লাইথুং ফাউবা কোক্লবা যাউখি।" রাবী অসি ওবদগী ঐনা নুংচাইজদুনা "খোংজোম তীথ" কৌবা শৈরেং মচ অমা ইদুনা 'জোতি' কৌবা পত্রিকাদা হাপচখ। মতুংদা "খোংজোম তুবেল উবদা' কৌবা শৈরেং অমা অমুক ইজে মাসিনসু ঐ পেনবা উৱ্নদে।

খোংজোম লালগী মবীদ মপুং ফাবা লাইরিক অমতং ইগে থল্লম্মি। রাখল অসি থবক্লা ওন্থোকপা ঙমদদুনা মতম কুইনা লৈরম্মি। হন্দক্তি মপুংমক ফাদ্রবসু "খোংজোম তীর্থ" কৌবা "খণ্ড-কাব" অ স পুথোকচরে। লাইবিক অসি ঐতিহাসিক ওইবা

অমসুং থোকখিবগা পংকুই কুইদ্রিবা ওইবনা কলম থাবদা য়াম্না লুবা মনাং য়াওই। অতুগী মথক্তা মৈতৈ অশৈবশিংনা যুমথোং খুদিংদা শক্লবিবা শৈশকশিং অসি তুংওইননা থম্বস্থ য়াদবনা বৈজ্ঞানিক ওইবা ওইদবগী রাফম লাকপদা য়াম্না রানা থোকই। যাইঙ্কল লাকপগী লাল অসি অহানবা থেংনবা ইম্ফালগী লান্দগী চেনখিবা লান্মী খরগা, বর্মাবোমদগী ঈ-পাউ লৌবা লাকপা কেপ্টেন গ্রাণ্টকী লান্মী খরগা পূনশিল্লগা থৌবাল অথোকপমদা থেংনবা লালনি। মতম অসি ফাওবদা মাইকৈ অহুম ফাংবা বৃটিশকী লাঙ্গংদি চঙলক্ত্রি। মৈতৈ অশৈবশিংনদি অসুম্না খায়দোক্না শক্লদে। লাইবিক অসিদস্থ খায়-দোক্না ইজদে। কনাগুম্বা অখঙ অহৈন অশোয়-অঙান চুমথোক-পিবব্রবস্থ য়াম্না হবাওনা স্বাগত তৌজগনি। অবোইবদা ঐগী লাইবিক অসি ইজবদা থোইদোক্না ইকাই খুম্নফম ওইববা শ্রীমোই-বাংথেম চন্দ্রসিংহ, পণ্ডিত অমসুং ঐগী চান্নজববা মরুপ শ্রীনন্দলাল শম্মান, ইতিহাসকী ওইবা রাফম খরদা লেংবাংবিখি। থোংজোম পর্ব্ব শকপা শ্রীভগীরথ সিংহনা রাবা অসিগী ঈশৈগ্ন তাহনবিখি হায়বিবা ভদ্রলোক অহুম অসিগী মফমদা ঐনা তৌবিমল থঙবা উস্কর।

মণিপুরী সাহিত্য প্রেমী ইচিন-ইনাওশিংনা পীক্লবা লাইরিক মচা অসিবু মণিপুরী সাহিত্য লৈকোলগী লৈবাংলক্তা মশিং চলহনবিরবদি নোমজমল মহৈ য়াল্লে খল্লগনি।

—লেখক

## অহানবা পন্দুপ

# রাহৌদোক

মৈতৈ লৈমা ইমানি
কোংলোই মগী মণিপুর
চিংনা কোযনা পনশাবা
ইংনৌ চৈর থোল্লিবা
লাইনা থাবা লৈবাক্কি
ভাং ক্ত সিংথো পাংউবা
শিব মহাদেবনা
মকম সিবু শেম্বনি
অকন আথো পোকপীনি
কোংলোই মাগী িথিবা
মনমুনী পুথনা
নাহেঙ্গী কৈগুম শ
ভ বত লৈপোন নু শিনা
ইমা নংতা নংহাইবে
ভারত-কাত্ত মপুরাই
ভারত মচা পুখনা
মকম মকম খুদিং দা
লানগী চাক্ল লৈবত্তা

ফ্রবেগী তু ফনি
মায়েম শিন্ন যাওবনি।
লাক্নাক মিকেল চুম্মিন
ভরেল লিরা শিনিবা।
মনি চোইনা ভাবনি,
পান্তৌ শক্লা কোনবনি।
ত্রিশূল খুত্তা পাযত্তুনা,
শব্দম্বদা তোংত্তুনা।
চায়োক নাওয়োক ঘর্ঘিনি,
তু ইর পান্না শকপনি।
মীংই যাঙ্গল চক্নিবা
অদা পীবম তৈরিবা।
তামথিন ওইনা শাংলিন,
শমি ভন্না চাল্লিবা
মরা-কিবাল হাইরিবা,
মখা চিরা খাওলিবা।
কক-লানফম ওইখরে,
চক-তাথৌ ভায়রে।

# খোংজোম তীর্থ

মৈতৈ সনা লৈবাক্তা
চন্দ্রকীর্ত্তি ধাবাদা
ৱাহৈ খুদিং কিশা কি
থম্মোয় চাক্লা খাঙনবা
সেনাপতি টিকেন্দ্র
লানকন খুদি মাইপাকই
বোবা চাওবই লালহৌদা
মহাক্রুনা ওন্নকই
কোইরে কন্নি হায়নবা
পাকাসনা শাওগিংই
নিংথৌ নাক্তা লৈবা
টিকেন্দ্রবু চন্দনা
পোকমিন্নবা ওইবনা
থরাই তানা তাজকই
পাকা লুনা ত্রোকবা
টিকেন্দ্রসু রাবৌই
থম্মোই মুগী মৈচাক্তা
চীনবান মবা হৌদবা
শুবচন্দ্র নিংথৌনা
মহৈ মহৈ পেন্নদে
জিলা সনা মনাওনা
কৈবাও কৌবা মাইকৈদা

কনবা ঐনি খন্নবা,
থৌবা ঐনি নিংনবা।
মহৈ মহৈ মুরুবা,
নিংদোল পোম্না লৈংনা।
শাদা লান্দা থৌবনি,
ফিবাল মমাই চুপ্পনি।
রাংথৈ মাকপই লানফমদ
মাইয়োক্লবা খুদিংদা।
লান্দা থৌই ওাংনবা,
টিকেন্দ্রব শোন্নবা।
পাকাসনা রাকংলি,
রাহৈ কয়া হায়জিল্লি।
পাকাই রাহৈ খুদি দা,
শুবচন্দ্র নিংথৌদা।
অচান মীরাই নাইবদা,
ময়াম্বুংগী মকাদা।
ওমচারুনা থমজবা,
রাহৈ মকা লামদবা।
অচান মীরাই নাইবগা,
মচিন মনাও পুম্বনা।
পাম্বা কৈরেল ফাজখি,
প্রজা পুম্বা পেন্নখি।

হৱাঙ মথাই কাহনা
বঝাই খোংনা লাকচখি
নিংথৌ কাদা হঙ্গংলি
ৱাহৈ লৈশি লৈথোন্না
"ইনিং থৌনা তৌদোবু
শান্নু থাবক লাকুনা
বঝাই বেঙ্গল খোংতুনা
ঐদি মচাই মতাঙ্গুম
শুরচন্দ্র ৱারোই
দণ্ডী দীগে থল্লকই
ৱাকম অসি তাবদা
টিকেন্দ্রনা হঙ্গংচৈ
"ৱাম্বু নিংথৌ হুংশিবা
মৈতৈ নিংথৌ লাইনিংথৌ
ইনাও জিলা অপঙবা
য়াম্বু লকম থুপতুনা
নিংথৌগীদি মনাওনি
মনিং তন্না লৈজবা
অভোন অভাং মহাক্কি
ঙাকপীকনদি থোকইনা
লৌশিং লৈবা নিংথৌনা
অন্তুংবদি ৱাহৈনা

লাঙ্গোই থক্তা তোংতুনা,
অঙাং ওইবা জিলানা।
মনাও ওইবা পাকানা,
খুবাং চাংজৌ লোম্লনা।
অঙাং মানা তৌবদি,
হাইনা হুয়া চংপদি।
লেম্নবগুম লাকপদি,
তৌনিংবতা তৌবদি।"
পাকাই ৱাহৈ তাবদা,
অঙাং ওইবা জিলাদা।
খাম্বী নৈগুম হৌতুনা,
খুবাং তারা লোম্লনা।
য়োল্ল কান্দা ঙাকপীসি,
লাল্ল কান্দা কনবিসি।
মনিং তৌনা লৈজবা,
হাইনা হুয়া পাঙবা।
অসি ৱাদি খন্দুনা,
তৌনিংবতা তৌতুনা।
কেথোক মৌথোক লৈজবা,
ইনাও মানা লাঙবা।"
টিকেন্দ্রবু খামজিল্লি,
মশানৌবু থেমজিল্লি।

"শাটুগমুদা শানোও !
তৌনিংবতা তৌসন্থু
ঐনা নিংথৌ ওইরিনা
ইনাও মনিং ভন্ধদা
চিংবান খোংদা ফজনৈ
মহৌ নৈবা ব্রাইনা
মঙক কনবা পাকানি.
সনা সোরোক ময়াইদা
খোইগী মচম চৈথিনগুম
মুঙাইতবা থবক্তা
নোংমই কৌরো মুমিত্তা
পাকা সনা ইবুংও
তৌগে হায়বা মতাগুম
নিংতম্বদি শাজংস
নাপল মথোই কারকপা
মাঙল লম্বী ওইনৈদো
য়াঙ্গোই শগোলগুম্বনি
ব্রাখল চৃপ্লি হাপ্পনি
"অঙম অথৌ ওইবনা
নৈবাক ব্রায়েল মপুনা
অশুম হায়না হায়জেদো
কোইরেং মানা হায়বছু

ঐহাক করি হায়দেদা,
ইনাও মানা পাম্বদা।
সেনাপতি নহাক্নি,
কনা করি হায়রনি।"
থম্মোই মুংদা ব্রারৌনৈ,
মহৈ নহৈ তেংশিন্নৈ।
তৌনিংবতা তৌরিবা,
চৌবোর তন্না শান্নবা।
টিকেন্দ্রদা কাইহৌই,
তোয়না তোয়না তৌরকই
সনা শোরোক ময়াইদা,
চৌবোর তন্না শান্নৈদা ।
তৌনিংবতা তৌইদা,
করি ওইনি থন্নৈদা।
পুক্নিং লম্মাংনবনা,
তাইবঙ মীওই পানবনা।
পুক্নিং মমাই থকপনি,
অশেংবতা হায়বনি।
শাজং অসুম চংফদে,
নত্ত্ব থবক তৌনদে।"
টিকেন্দ্রজিং কৌবনা,
তানিংদেদো পাকানা।

"তৌনিংবতা তৌগনি
ঐনা চৌবোর শাম্নবা
ৱাহৈ অসি হায়জুনা
পাকা হৌনা চেনখরে
সেনাপতি টিকেন্দ্র
শুরচন্দ্র নিংথৌদা
মনাও নাক্ত লোংলগা
পোকমিন্নবা ওইবনা
শনশেনথোংগী থোংয়াইদা
কোইরেং লাকই খঙজুনা
য়াঙ্গোই শয়াং থক্কুদা
তৌরম্মিত্থু উবদা
য়াঙ্গোই তুংদা থৌদোকই
শগোল থক্তই চোংজুনা
থৌদোক অসি তাবদা
মৈতৈ মচা পুম্বনা
মচিন মনাও নিপান্নি
তোখায় তোখায় তানরে
শুরচন্দ্র নিংথৌনি
গোপাল সনা কৈজাওনে
কুলচন্দ্র যুবরাজ
অঙোসনা, জিলানে

নথৌ করি লৈতেদো,
নংনা ঙাংফম থোক্তেদো।"
চৌবোর মক্ষু থারকই,
কোইরেং শোক্না লৈহৌই।
পাকাই খোঙ্গল লিরকখি,
কোলোই মপাউ হংজখি।
লাক্কে পাউখুম পীখিবা,
পাকাসনা কনখিবা।
থোংগী উপাক শংতোকই,
করেম্নগে থৌরাংই।
টিকেন্দ্রজিৎ লাকইদো,
কোইরেং মখা চিকইদো।
শাজে তংথা থারকই,
কোইরেং লাঙ্গনা লাঙ্গোকই
অতাবনা তুজংনৈ,
কোইরেং লাইনি মহায়নৈ।
নক্না মরী থিনরে,
মনা মরী য়েংনরে।
শগোল হঙ্গু পাকানি,
মখোয় মরি পুনবনি।
টাকেন্দ্রজিৎ মনাওনি,
মীচং অমা ওইবনি।

অহৈ অশি পুথনা
লৈবাক প্রজা মযাম্না
মচিন মনাও খংনবা
কুক লম্পাক অচৌবা
মৈতৈ লৈমা লাইবক্তা
পোইরৈ লমদম ফজবা
পাকা সনাই পুক্তিন্না
শুবচন্দ্র নিংথৌরেল
বেঙ্গল খোংনা চংচবা
পাকাই ইথিন চংবনা
অচৌসনা মবালসি
অচুম অবান থগদনা

করি ওইনি খল্লখি,
মহৈ মহৈ রানখি।
মহা ভারত ওইখিদো,
ঈনা লৌখো চেনখিদে
করি থোকউ তুম্মিবা,
কবি রাবা তাগবা।
রাখল লংজা পুনখরে,
অচান মীবাই নাইখরে।
জিলা সনা মনাওদো,
ইকাইববু পীকুইদো।
নিংথৌ শেমগে থৌরাংই,
ফাক য়াথং পীথোকউ।

অনিশুবা পন্দুপ

# লালগী থৌরাং

লোংমগীদি অঙ্গিংদা টিকেন্দ্রনা লালহৌই,
জিলা সনা লোইননা অঙৌসনা য়াওরকই।
চুরচন্দ্র নিংথৌরেল সাহেবকীদা চংজখি,
পাকা সনা লোয়ননা মনাওশিংনা থৌগনখি।
বেসিডেন্সী চঙ্‌ভুনা চাদ থক্ত খাঙখিদো,
তিংথৌ মংতান লিক্লাকাও নিংথৌ মানা থক্তেদো।
লৈচিন খনবা থাজগুম মাইথোং খেগুম লাংজখি,
অদা মৈচাক খাঙ্‌ভুনা রানা মতম লেপ্তখি।
লৈবাক প্রজা নুংশিবা ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌনি,
মনাও পাকাই চিরোম্না ফিবম অসি তাবনি।
ইচুং ভৈনা ভানবদা প্রজা পুম্বা তিল্লরে,
অচেন অথৌ লোইননা থাঙ্গাল মেজর থুংভরে।
মৈতৈ নিংথৌ লাইনিংথৌ চিঙ্গোই মপাও মেল্লকই,
লৈবাক প্রজা পুম্বদা রাহৈ অসি হায়রকই।
"নিংথৌ খুবম পামদরে বৃন্দাবনদা চংলগে,
মীওইপোক্কী নুংঙাইবা ঐহাক ওসি থারগে।
মপু মাগী খুয়াবু ঐনা ওসি পাম্বনি,
লেপনাইদবা মালংপাল অরেপ্পদি মাদনি।

নিংথৌ ঐগী ইহাকথক শ্রীগোবিন্দ থৌগনবা,
অপঙবদি ঐহাক্না প্রজা পালন তৌজবা।
আশোয়বনা কোঙ্গাইনি অরানবনা থনখিবা,
নত পুম্বা ঙাকপীয়ু নিংথৌ ঐনা লানখিবা।"
টিকেন্দ্রগী মকাদা পত্র ওইনা ইরকই,
রাহে লৈসি লৈথোক্না বিদায় তম্না লৌরকই।
"ইনাও কোইরেং হুংশিবা সেনাপতি অথৌবা,
ইনাও নংগী নপান্না ঐহাক্কিদো পাল্লম্বা।
ইনাও নংগা লানতৌবা ইয়াম্বনা পামদেদো,
বৃন্দাবন্দা চংনিংবা মতম য়াম্না কুইরেদো।
লোইনা চীংশাং লান্নবা য়াম্বই পাঙ্গল লৈতেদা,
ঐগী আশা থুংনবা ইনাও নংনা শিন্নুদা।
হাগল অসি থনবদা নিংঙমদেদা ঐহাক্না,
লংজখিদা নঙোন্দা পাকাসনা ইনাওনা।
লাইরেনাক্তি য়োথ্রবা লৈচিল খোংনেংনকুনা,
পাগ্নৌ মারু নিংশিংনা ঙাকপীয়ুকো নহাক্না।"
সেনাপতি টিকেন্দ্র ময়াম্বুংদা হঙ্গংচৈ,
লোম্নুকপদি রাহেনা পত্র ওইনা ইরকচৈ।
"য়াম্বুং নিংথৌ হুংশিবা য়াথং কোক্না থোংজাগে,
আশা মপুং ফানবা ননাও ঐনা শিঙ্গগে।
হায়রোইদবা হায়খিবা লমহেনবদি ননাওনা,
অপঙবনি থন্দুনা ঙাকপীয়ুকো য়াম্বুংনা।

চংখ্রে মৈতৈ নিংথৌরেল লোইবী চীংশা লাংদং ।
শ্রীগোবিন্দ চিংনয়েং মৈতৈ লমদম থাত্তুনা ।
পোক্কফমদি নুংশিবা মৈতৈ লৈবাক ফজবা,
অমুক হন্না উবরোই সনা লৈবাক নিংথিপা ।
প্রজা পুম্বা কপহৌই পিনা ফিজি চোংহৌই,
অরা মৈচাক পুহৌই থম্মোই কহইনা লৈহৌই
কুলচন্দ্র যুবরাজ নহোল তাম্না খোংড্রোচখ
খংনবস্তু যাওজবোই নিংথৌ ওইরোই হায়ডঃ
টিকেন্দ্রজিৎ অথৌবা নিংথৌ ওইগে হায়খিদে,
মবৌশিংনা লানডম্বা সিংহাসনব পামখিদে ।
বামনা কন্দা চংখ্রেদা অযোধ্যাগী কোন্নুংদা,
থৃকম শাগুম ভরতনা ময়াম্বব চাইবদা ।
সেনাপতি টিকেন্দ্র সনা কোন্নু চঙ্গদদে,
শ্রীগোবিন্দই মাগুপতা ময়াম্বুব চাইখিদে ।
অচৌসনা জিলাস্তু টিকেন্দ্রগী ভূ ইথৌ,
কুলচন্দ্রই মকাদা মোল্লুকব নিংশিংজে ।
"হাদ যাম্বু নুংশিবা নিংথৌ থুবম লৌবিযু,
ননাও ঐখোয় থৌগননগে লৈবাক রায়েল তৌবিযু
পোইরৈ সনা লৈবাক্তা শ্রীগোবিন্দ থৌগন্না,
হাইনা হুম্না পানবিয়ু প্রজা পালন তৌত্তুনা ।
ননাও ঐখোয় লৈজরি পাম্খোম তিংনা লেপচরি,
রায়েল চূম্মি পায়বিয়ু প্রজাশিংনা কৌজরি ।"

ভাবত নোংপোক থোঙসিদা
মনি, ভগ্না পাম্লিবা
নোংশা সিব কাদনা
সনা লৈবাক ফজবা
মৈতৈ নিংতম ফিবালন
সনা লৈবাক অনিকপা
সাহেবশিংনা কল্লকই
লালোনবগী কাংবুনি
মৈতৈ নোংশা টিকেন্দ্র
লৈনম চাউবা অঙ্গেজ
কমীশনাব আসামগী
কমিশনদি হাযবদো
মৈতৈ নমদম পালকই
লেপটেনেটদি উদসনে
কমেশংগা লোইনবা
চিংতক চেংতক যজবা
হন্দক মান লাকপসে
কবি ভৌবা লাক্লিবা
নিংথৌ খুবম হথিনগে
কমেশননা লাকপদা
কলিকতাই মবগ্না
পাম্বা কেবেল অনথক

নোংশা অনা কম্লিবা,
যেক্রবনা কিনবা।
মৈতৈ লৈবা মাংনোইকো,
খোংনেংবা চেমলোইকো।
নো দোন থক্তা পাইদবা,
হাইনা ভগ্না পাম্লিবা
মৈতৈ নিংতম পানবসে,
নো চুপালোমগী মীত সে।
ফাগে থৌবা লাকপনি,
লমহুই নোংশি ভৌবনি।
কোলোই কুইন্টন কৌবনি,
তুবাল লাম্না হৈবনি।
মিষ্টব কসিন্স যাওবকই,
কাংল খীন পুবকই।
গুর্খা সীকাই চাম্রিনি,
থৌনা লেবা নামীনি।
মৈতৈ পাপা চিনখি,
মচৈ মচৈ খন্নখি।
কুলচন্দ্র লাংলোম্বা,
মাসু বাওই হায়নবা।
তাব ভম্না ভৌরকই,
ফাগদোবি হায়বকই।

"ঐখোয় ওসি লাক্লবোই
ইনাও মহাক য়াওদনা
চিঠি অসি ফংবদা
মৈতৈ নোংশা ফানবা
লৌনম্বদা হৈবনা
নোংশা ফানি থোৌবাংবা
লমহুই লৌশিং তৌড়না
পাম্বা লৌশিং চাওবনা
লোম্না ফাগে থোৌবাংবা
ফোংনা অমুক হায়জবে
"নংনা নিংথৌ ওইবদো
ননাও কোইরেং লমহেনবা
মবম সিনা নিংথৌও
ঐখোয় খুত্তা শিন্নোকো
রাকম অসি তাবদা
বজ্রকোটি তাগুম্না
লুনা লৈদা লুত্তনা
খল্লে খল্লে হায়রগা
সাহেবশিংগা য়েক্লবা
ভারত পুম্বা ওম্লবা
মলেছগা লাম্বাবা
সমুদ্র লাংখোং পাবনি

টিকেন্দ্রজিৎ নাবনা,
দরবার তৌরোই খনবনা।
কুইন্টন শাওবা মৈহৌই,
পান্বে অনা থিবকই।
লৌনম লাংবু থাক্লুনা,
তোক্লে নইহ য়ান্দনা।
পাম্বা ফাগে থোৌবাংবা,
লমহুই ময়া কুম্লিবা।
মইহ য়ান্দ্রে খন্দুনা,
চিঠি অমা পীড়ুনা।
সাহেব ঐখোয় য়ানবি,
তান্থোকউদি হায়নরি।
টিকেন্দ্রবু ফাহুনা,
অমুক থীনবা তৌদনা।
মাইথো খেগুম লা শিল্লি
অরাবনা কাহংলি,
ভবা থোক্না খঙ্খি,
রাখল লংজা পুঙ্খি।
অবায়বদি নত্তেদা,
পাঙ্গল্লবা জাংনিদা।
মৈতৈ খুজোক অমনা,
মীশিং য়াওদ ঐখোয়না

পাঙ্গল লৈতে খন্দুনা
মৈতৈ ঐখোয় তৌনদে
মাইয়োক্কবা লানফমদা
লানঙম ফিরাল পায়গনি
চাইহাক রাখল তৌরগা
সাহেবকীদি মকমদা
"মন্ত্রী ময়াম তাদনা
মবম সিনা ইবুঙো
মন্ত্রী ময়াম লোইননা
কবম তৌসি খন্নবা
কুমগী নোংখোং মাঙ্গল
মৈতৈ লোশা অথোবা
তাবিয়ুদো ইনিংথো
চসি সভা তিল্লিবা
লৈবাক্কীদি ফবনা
মৈতৈ পুম্বই কান্নবা
মৈতৈ সনা লৈবাক্কী
ইখোঙ থোংনা চংচগে
য়েক্কবগী কৈশুম শং
ঐগী পুন্সি লেল্লগে
ইশানক্কা চৎতুনা
জাতিগীনি নিংতম।

মীগী মীখোঙ কোনবদি,
ইপা ইপু পূম্বদি।
থবাক লোননা য়াগনি,
নোক্না থব্রাই থাগনি।
চাঙলা লেম্বা রাহৈনা,
খুমজবকই নিংথৌনা।
পাউখুম পীবা ঙমদ্রেদো,
মতম খবা পাম্মিদো।"
দরবার চাউনা তৌনখি,
অঙম অথৌ তিন্নখি।
চাঙলা লেন্না হায়বকই,
টিকেন্দ্রজ খুম্নকই।
লৈবাক মন্ত্রী পূম্বসু,
অঙম অথৌ ময়ামসু।
ঐখোয় পুম্বই কবনি,
ঐহাক শোয়রবোই তৌগনি।
কান্নগদবা লৈবদি,
ময়াম কনা থল্লদি।
অরা নৈশা লাংতুনা,
ইজাতিগী খন্দুনা।
ইশা অসি কংল্লগে,
হবাঙ মোমোন নোকচগে।

কাক্কী শমলা মপৈন তেবা মফোল মাল্লিবা,
লাইবক তুথুপ পরে না কুমজা মশিং থীবিবা।
"তাবিয়ুদো ইনি থৌ অঙম অথৌ পূম্বস্তু,
মৈতৈ ইচিল ইনাওশি তিনবিবিবা মযামস্তু।
যুবরাজনা তাকপীগুম ঐখোই লমদম অসিদি,
নিংতম পানবা লৈবাক্লি মৈতৈ জাতি ঐখোযদি।
ঙৌবা কাংবু অসিনা অস্নুপ উশিক্তবদি,
মমাংঙৈদা থোকখিদ্রি অস্নুম হন্ত য়েংবদি।
লৈবাক মন্ত্রী লোইননা ইনি থৌবু কৌববা,
রাংলেল পুজা অশিব খরাই থোঙ্গাল লেপহনবা।
মনাও বংগো যাওদনা দববাব তৌবোই মহাযবা,
উশিক্তবা উংলকপা তৌনবস্ত খওদবা।
মীনাইদন্ত তৌদৌবু মপুশি দা তৌবকপা,
যুবরাজ যাগে থৌবা না তাস্তোকখোস্ত মহাযবা।
ইপা ইপু হাক্তকুই মৈতৈ ইডক নোল্লক্লে,
মৈতৈ লৈমই থুজেদা মীনাই যোঙ্গিল থা লাক্লে।
মখোই মতে যে লদি লানবু থনা তৌনি ই,
মাইয়োরবা লানকমদা থরাই অসি থানিংই।
হৌজিক মতম চাদ্রিদা লানশি নবা যাদ্রিদো,
মীনা পাঙ্গল তেল্লিদো ঐখোয খবা নোপ্লিদো।
লান্দি শোয়রোই তৌগনি সনা পুম্বা সাক্কীনি,
কংলাগীদি শামাংদা ঙৌবা মকোক তাগনি।

লৈবাক য়ায়েল লুবনি মকম মতম য়েংবনি,
মীংলম নারম খওবরু য়ায়েল হৈবা কৌরনি।
লোম্না লানগী থৌরাংসি মপাম্বোদা তাইনসি,
যুবরাজ নাবা ফরগা পাউখুম পীগে থুমখিসি।
সনা বুদ্ধি তৌবিসি সনা য়াথং তাকপিসি,
ফিগাও শানা য়াজরি ফনি থন্দু হায়বিসি।
লিক্লাই 'বুড়ো মহারাজ রাখল লৈবা নিংথৌনি,
পুক্নিং য়াবা লোক্তুনা চিনবান থোংদা নোকপনি
হায়রকইদো নিংথৌনা "ইনাও ৈনা পাম্বদো,
নিংথৌ ঐসু পামইদো ইপু খোয়না য়াবদো।
তাংজ লিনসু শিনবা কোংয়াং চৈসু তেক্কবা,
পাম্বে অমা থিবিয়ু ইপুখোয়না ফনবা।"
মনৈথংদা ইনখি কমেশনগী মফমদা,
য়াহৈ অসুম হায়দনা চিঠীগীদি ময়োলদা।
"ঐনা নিংথৌ ওইহৌদা সাহেব খোয়না য়াবিবা,
তৌবিমলবু উচ্চরি নিংথৌ ঐবু চানবিবা।
টিকেন্দ্রগী য়াফমদি মশা ওমদ লৈজরি,
ইনাও মানা নাবনা হৌজিক মতম চাদব্রি।
তাম্বোকপগী য়াফমদি হয়েং নাবা ফরগা,
সাহেব নংবু খওহনগে পত্র ওইনা ইরগা।"
চিঠি অসি উবদা কমেশনদি শাওরকই,
পোলিটিকেল এজেণ্টনি শ্রীমউদ অমুক থারকই।

যুবরাজ য়েংনা হায়রকই
য়াথং কোত্তা থো তুনা
"ত্রাবিয়ুনে অথোবা
হায়নি দবা রাহৈসে
কমীশনার ইবুঙো
নশামবপু শিন্নবা
যুবরাজনা খুম্নকই
মনিপুরগী থবক্তা
মীগী ইমুং মনু দা
সাহেব নথৌ লৈতনা
অসিমসু হায়য়ুনে
নাখোয়গীদি নফমদা
অচুম্বত চাবনা
ধর্ম্ম ওইবা রাফমনা
অমুক হন্না হায়রকই
ইখোঙ থোংনা লাক্কেকো
তৌজিক মতম চাদবি
মতম খরা চাইখোকো
গ্রীমউদ সাহেব হনখরে
মহৈ য়ান্দ্রে উবদা
লাওনা খোংনা হায়রকই
মতিক লৈত নখোয়না

পোলিটিকেল গ্রীমউদনা
ইকাই খঙ্গাই লোইমনা।
নংদি ঐগী নকপনি
য়াদত্তনা হায়বনি।
নংবু নন্দী পান্থনি
মৈতৈ মঙ্গল ওইগনি।"
"ঐদি রাসি চকইদো,
খুংথি জিনফম থোক্রোদে।
মহৈ মহৈ খংনবা
অহৈ অপা শানবা।
ঐনা করি লানখিবা
করি কায়বা তৌখিবা।
সাহেব তুমিন লৈজখি
নক লুক্রা খাঙজখি।
মৈতৈ ফনি হায়রদি
চুম্মি হায়না খল্লদি।
ঐহাক হকচাং উমদ্রিকো
অসুম হায়না তম্মুকো।"
রাহৈ পুম্বা তম্মুরে
কইন্টন শাউবা মৈতৌবে
"মৈতৈ লমবু চেল্লিনা
ঐনা হায়বা ইন্দেনা।

ইতিক চাউবা ঐখোয়গি
ভারত পুম্বই মপুংনি
লাল্মী মকোক থোংবদা
অহিং লোম্না লাঙ্গংনি
কুইন্টন সাহেব অপঙবা
ঙায়োক চকু ঙাক্ফাগুম
মৈতৈ নিংথৌ মকাদা
ওইদ্র বাবু হায়দনা
"হয়েং ইসু ঙানবদা
মৈতৈ নখোই জগোইবু
মৈতৈ নিংথৌ ইবুঙো
ঐখোই পোংচৎ পুনবা
রাহে অসি হায়রগা
অহিংগীদি মমৈদা
ধর্ম্ম মশক খঙদবা
মীনম রাহে হায়শিন্না
হুরানবগী শাজংনা
মৈতৈ তুমখুল হুল্লিঙৈ
খুংসু খুংলাই পায়দুনা
লাঙ্গংনবা থোরাংখ্রে

খুংকম পাঙ্গল জাতিনি,
নিংবা তৌবা ওম্বনি।
য়াথং তম্না পীরকই,
কোইরেং ফানি হায়রকই।
মৈতৈ থৌনা খঙদবা,
যুবরাজ ফানি খল্লিবা।
লৌনম পাওবু থারকই,
হুরান শাজং চংলকই।
ঐখোয় তম্না হল্লনি.
ঙসি মুংদাং য়েংগনি।
কুলী খবা পীবিয়ু,
থৌবা নংনা তৌবিয়ু।"
লালগী থৌরাং তৌখ্রে.
লাঙ্গংলসি লেপখ্রে।
অচম অরান য়েংদবা,
অতূম্বদা লান্দাবা।
জয়গী ফিরাল পাম্বনিংবা.
লান্দারগে থৌরাংবা।
লোংমৈ মচাক হান্দুনা.
সাহেবকীদি লাম্মীনা।

## অহুমশুবা পন্দুপ

# অহিংগী লাল

লিশিং অমা চানিপাল
মার্চ থাগী থামৈনি
লৈবাক পোকপা মুমিংকী
লালগী থৌরাং লোইখরে
লেফটিনেন্ট ব্রকেনত্রী
লেফটিনেন্টদি লুগাড়নে
অহিং লোন্না লান্দাকুই
তুরাল লান্না ভৌজকুই
"ইকাইজেদা ইকাইজে
কুচু ঙৌবা নখোয়না
য়ুমদা চংলে হায়তুনা
লোন্না নাকোই চত্তুনা
নংগী জাতি ইতিহাস
তুংদা লাকপা মীরোম্না
নতিক লৈরে হায়রগা
ধর্ম্ম যুদ্ধ ভৌত্তুনা
নতিক চাওবা নখোয়নি
মৈতৈ খুয়া অমবু

মকু তরামাথোইদা,
বুংগা নরি চনবদা।
অহিং মমৈ ওইরবা,
যুবরাজবু ফানবা।
কেপটেন বুচর লোইননা,
গুর্খা লান্মী পুহনা।
টিকেন্দ্রগী শঙ্গাইদা,
অকনবগী মকনদা।
'ঙৌবা কাংবু ইকাইদা,
অমম্বদা হৈনৈদা।
মমাংথোংদা থোকখিবা,
মনিংথোঙদা লান্দাবা।
লমাই মুনা লৈহৌনি,
নমিং পন্না চৈরনি।
ইফোং ফোংনা লান্দাওনা,
লাইবক চাংবু য়েংনৌনা।
ভারত পুম্বা ওম্নবা,
করি অতুক কিরুবা।"

অসুম হায়না হায়নিদো
শাউবা মৈঙুম হৌনেদো
অশোনদনা কমদোবি
কনবা থৌবা লৌইননা
মীবং লাবং খড়জবা
পাইবা ভক্সী হায়নবা
যুবরাজ শক্লাই কোয়খবে
লোনৈ থিংকাপ কাপশিল্লি
যুবরাজ শক্লাই ভাক্রখা
পাউখুম তম্লা পীবকই
কবোক লোকচুম কাপ্পা
মশি যাওদ মেতৌন
মলেছ সফাই চড়খরে
খোউপ তোনা কাখরে
কাখো শানা চাইখাইরে
কোইরে থিবা ফদরে
ব্রেকেনবদা কাপখায়রে
মাব পোনা পুখরে
বৃটিশ লাল্মী ময়াম্না
লোংলিক কুডবা লোঙ্গুম্না
চেকপল মরুম খুঙ্গ্লবা
লোংমৈ পাওখুম পীরকই
মৈতৈ মচা পুম্নমা,
নহা অহল খুদিংমা।
টিকেন্দ্রজিং কৌবদো,
হৈবা শিবা মীনিদো।
তাঞ্জা মেঞ্জা উজবা,
মাচুবা ভক্সী শোন্নবা।
অঙ্গ্রেজগী দ গান্ধীনা,
গুর্খা সিফাই ময়াম্না।
মৈতৈ লাল্মী থরনা,
লোংমৈ থিংকাপ কাপতুনা
মাইকৈ পুম্না লিল্লিবা,
কুইনা খাড়বা চমদ্রন।
যুবরাজগী দ শক্লাইদা,
সনা শক্লাই মনু দা।
মথক মখা চনখরে,
আশা কায়না হল্লরে।
মাতৃগী দ লাল্মীনা,
বঝাইখো বা অমনা।
সনা কাম্মু তম্লকই,
লোংমৈ গুলী পাইরকই।
মৈতৈ লাল্মী ময়াম্না,
থিংকাপননা কাপতুনা।

অঙকপগী লালঙংদি
অউ অউ কাপনবা
মৈতৈ লৈকোল অচিকপা
লালগী ইপাক ইযাইদা
খুংতা থাঙশাং পায়ডুনা
অফ, তফং ককথংলি
ঙম্বা মখৈ হাংলগা
লৈগী দোলাই তোংডুনা
চী মী অমি লোইননা
মমা লৈবাক ঙাকপদা
নীনুথোংদি লান্দুনা
নুপী অহুম লোইননা
নুংশি হৈত লাম্মীনা
যুমদি মৈবু থাডুনা
উশম য়াথেন লৈকাইদি
তোলেন খোম্মা মৈকনবা
নুপী অঙা হাংলিবা
মৈতৈ প্রজা পুম্বনা
দেৱান-মচা অথোকপা
চোংথামিয়া অথোবা
সরকার লাম্মী তানখায়বা
চোংথামিয়া নঙনা

অফং অফ হাংনবা,
থাঙগা থাঙগা য়াম্নবা।
প্রলয়গুম্না নিঙ্লিবা,
মৈতৈ কয়া লুপ্লিবা।
পুথম তম্মো চোংথোকই,
তান্না তাম্মা হাংলকই।
য়াইবী থৱাই থাজখি,
স্বর্গ লমদম পাংজখি।
বামোন অমা শিখরে,
চী মী তম্মী পুনখরে।
মলেছ সিকাই চেঞ্জখি,
পাঙল সরদাব হাংচখি।
খুলক ইরক চঙলকই,
নুপা অঙা হাংলকই।
শাইখোম লৈকাই মৈ থাখি,
মলেছনা হাংতোকখি।
প্রজাই য়ুমবু থাগ্লিবা,
নুংশি হৈতে হায়নবা।
খুথো নিদি সুবেদার,
লৈশংনিম্ব জমাদার।
ঙম্বা মখৈ হাংলিবা,
থৌবা অহুম শিখিবা।

# খোংজোম তীর্থ

মৈতৈ লেমই খুযাদা
ইমাই লম্মল শিংজখি
রাখৈবাকপা ইবুঙো
নিংথাইবাংতা লেপতং
কাংলদি নেঙ্গুর
টিকেন্দ্রজিং য়াওরিদে।
হৈন শিনবা থাঙ্গালনা
চিংনা লেম্বা গোম্ভেলনা
নোংমৈগীদি চীন্দোন্দা
চেকপনগীদি মকুমদা
গুর্খা সিকাই তাপওনা
কোয়েং ভুম্মা কাপসনু
মখোই গুলী লোইরগা
মাইকৈ থুংনা থংলগা
অহিংদগী হৌরকপা
সুমিং চীংয়া থাংখরে
কাপ্পবগী লোইদবা
অউ অউ কাপ্পবা
গুর্খা সিকাই থৌবনি
শিবা ক্বিদ মৈতৈনি
মৈতৈ গুর্খা অনিনি
সমুদ্রদি বাংমগী

মশাই ঈব কতুনা,
যাইবী থরাই থাডুনা।
ধূপ চুপ থোংদি পুজখি,
সরকার লাম্মী থগাইখি।
লান্দ মাইথি লৈতবা,
লানফম খুদিং ভয় ওইবা।
লাম্মীশিংদা ভায়রকই,
প্রজাশিংদা লাউরকই।
কোয়েং ভুম্মা হাপকংলু,
কোয়েং মতোন থিনগংলু
গোরা সিকাই লৌনম্বা,
মখোই গুলী লোইনবা।
এখোয় অমুক কাপকনি,
ইচং ঙাক্ষম ফাগনি।
অয়ুক চুপ্পা কাপ্পরে,
তময়া কোরী চেনখরে।
হাংনবগী খমদবা,
অক অক করুবা।
মবিল ফবা জাতিনি,
লাম্বা চাবা অনিনি।
মনবা অনি হাংনবা,
অণৌম্বা য়েংলিবা।

সবকাব লাম্মী ব্বাবে
থীনা লৈবা মৈতেদ।
বাম-দাস হনুমান
লঙ্কাই হিংচা মযাম্না
যাগী চৈফু যাবদা
কোইবে খাংৗ মুডাইব
সবকাব গুলী লোইখবে
মৈতে লাম্মী পুম্বদা
চবাম্নবা নেংশানা
মযাই কাবা শামুনা
তান্না তাম্না কাপখাযবে
সবকাব লাম্মী পুম্বা।
বুচ ডৌবা কমেশন
লন্দা মাইথিববদা
বেসীডেন্সী ভমডনা
সঙ্গিন চীন্দানা থিন্দাকই
নোংলৈ নুংশিং অকনবা
সবকাব লাম্মী নৈখাযবা
থাংপোং পল্লি লেপতুনা
থিংকাপা বাপ্পা নোংমৈনা
"অহিং লোয়া লাপ্পংবা
হাংলু হাংলু লোইনবা

চবা খবা চোকখবে,
চিংগী লানাথ্রে থম্মরে।
লঙ্কাই হৈকোন নৈবদা,
যোংগা ফানি লাকপদা।
মই মই চেন্নবা,
সবকাব লাম্মী মিপাইবা।
ইপু থাঙ্গাল খডাইদো,
তাল্লু যাথ পীনৈদো।
শক্তি শডাই তানবগুম,
লফ বন্দা নৈবগুম।
উন্না উন্না ককখংলি,
বেসীডেন্সী চঙশিল্লি।
মাইথো খেগুম লাংখবে,
মখ চিক্না খাগুবে।
মৈতে লাম্মী কুঞ্জিল্লি
কবোক পোকনুম কাপশিল্লি।
উপাল ব্রাপাল নৈগুম্না,
মৈতে লাম্মী পুম্না।
বেসীডেন্সী কাপশিল্লি,
ফাংত্রিং ফাংত্রিং ফাংজিল্লি।
চবান লাম্না তৌবসে,
তাল্লু তাল্লু মখোয়সে।"

অসুম হায়না লাওরোদে
চেল্লে চেন্না হাংখিদো
কমেশনগী মক্ষমদা
বার মতম অসিদা
"ক্রোমদা লোংস্না লৈবনা
মৈতৈ মচাই শাফুসে
চেন্না খৌবাং তৌবসি
চী লোন বাংমা লান্দুনা
কমাশনর কুইণ্টনদো
মানা চাউই খনবনা
মানা যাথং পীডনা
বঝাইগীদি মরোলনা
বঝাই মরোল তাবদা
মৈতৈ লাংমী পুম্বদা
"ঙাইখো মৈতৈ লাম্মীশা
যেক্রবনা থায়ক্রি
ঙম্বা মপাউ তাবদা
সনা কোম্বু চংনখি
কববদি রাফমদা
করি তৌরে হাইরগা
টেলিগ্রাফপু কঙ্খিবা
গভর্ণরদি জেনেরেল

মৈতৃশিংনা তানৈদে।
তুরে তুংনা হাংখিদো।
চীমউদ সাহেব হায়রকই,
করি তৌখি নিংখি হই।
নখোয় ছি বা যাবরোই,
অমুক থি বা উমরোই।
বাছাব মাইকৈ পা লসি,
থরাই ছি না হোংনসি।"
মীনা হায়বা লৌনিংদে,
মথাই বাহু যাখিংদে।
বেঙ্গল তম্না খো লকই,
লালব লেপসি হায়রকই।
টিকেন্দ্রনা থামজখি,
অঙেম্বনা লাউজখি।
থুংলাই কাপ্পা লেপখোদা,
লানবু লেপসি হায়বিদা।
নো মৈ কাপ্পা লেপখি,
মহৈ মহৈ পোংথাখি।
নখোয় শাউবা ফগনি,
তাইশিন্নবা যাগনি।
শেমজিন্নিংই এহাক্না,
পাউম্বু থানি লোয়দনা।"

অসুম হায়না ইরকই
মৈতৈ নিংথৌ মফমদা
লিক্লাই বুঙো মহারাজ
সাহেবকীদি মফমদা
"ঐখোয় লালবু পামদে্দো
তোক্লসিদা হায়বদা
সন্ধি তৌসি হায়বদা
খুংকী খুংলাই থাবগা
গ্রীমউদ, স্কীনগা লোইনা
কুইন্টন তম্না লাকইদো
মানা মানা পাম্বদো
ব্রাফমনিদি অমত
"হয়েং ইমুং ভানবদা
দরবার অমুক তৌহনা
তাঙনে সাহেব ইবুঙো
নখোই থবক মওংসে
চাওখংলবা নখোয়নি
রাখল লৌশিং চাউবনি
নখোয় ঐখোয় মরুপ্নি
ইশাই ওইজ থাত্তনা
লাঞ্জদবা ঐগাকপু
ইচিন ইনাও থংনবা

কমেশনদি সাহেবনা,
ইরকইদো কইন্টননা।
পাওখুম তম্না পীরকই,
পত্র শেনা ইরকই।
নখোয়তনা তৌবনি,
খুংলাই থাদি অসিনি।
ঐখোয় ওংখ্রাই হায়রোইদো,
মফম সিদা লাকউদো।"
সিমসন, কাসিন্স পুন্না,
সিফাই অমা লোইননা।
মহৈ মহৈ হায়নৈদো,
লেপ্পবগু ওনদেদো।
অমুক হন্না উৎসি,
অরেপ্পবু ভাংনসি।
নখোয় য়াম্না ফজদে,
মৈতৈশিংনা পেম্মদে।
সরকার নমিং লৈবনি,
নত্তিক নগুণ লৈবনি।
অরাবদা পানবা,
মতম কুইনা তিম্নবা।
ভাম্বোকউদি মহায়না,
করম নখুং থিংজিনবা।

যুবদা হনগে হায়শিন্না
অহি ইচিক হুনবদা
মৈতৈ য়াম্না শিবনা
লৈবাক প্রজা অপুম্বা
মৈতৈ মচা ঐখোয়দি
তিন্নরিবা মরুপ্তা
টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ
নবাল মপোং ফাবনা
অম্সুম দরবার লোইশিনখি
প্রজা মযাম হৌতুনা
সাহেবশিংচু উবদা
অশাংবনা মাংগইনা
মৈতৈ প্রজা মরক্তা
সাহেবকাদি লানথংদা
থৌবা কাডবু উবদা
শিবনাপা কিদনা
'হাংলু হাংলু হূবানবা
লৌনম চাওবা ফওবা
লক্লাই বুডো ন থৌবেল
মলেচ য়াইবী লোজগে
ইপা ইচা হাংখবা
ননাঙ বুডো যুবরাজ

কুলী পীথু নিবম্বা,
লানবু লোম্না হৌববা।
প্রজা পুম্বা মিপাইবে,
অশাংবনা মৈহৌবে।
হায়নখিবা শোয়নদে,
অবানবদি চংনদে।
অম্সুম হায়না হায়বকই,
সাহেব ভূমিন লৈবকই।
মহে মহে কায়নখি,
দরবার পাংবু ভাইনখি।
প্রজা মযাম হৌবকই,
হাংলো তুপ্পো লাংবকই।
মচা মাডবা যাংবিদো,
মপা শিব লৈবিদো।
অশাংবনা মৈহৌই,
সাহেব হাংকে চোংথোকই।
অহি থৌনা ফবসে,
হুরান লাম্না হৈবসে।
খুযা খাদা তুজবি,
ফেগাং শানা য়াজবি।
এখোয় খাডবা ভমজদে,
সাহেব হিংনা থাকদে।

পাপীশিংভু হাংলগা
সাহেব মকোক কত্তুনা
ইপু থাঙ্গাল মেঙ্গর
ঐখোই থম্মোয় ইংনবা
শনথোংদি য়োৌবদা
নুপা অনাই তাশোন্না
লেমহৌবদি কাওবুনা
লাইজ ইথক হৌশুন্না
ইপু থাঙ্গাল মেঙ্গর
শাগৎহল্লগা ঐখোয়বু
কংলাগীদি শামাংদা
পুয়াদদি ইবানি
মাইবশিংনা হায়রকই
'ডৌবা মকোক কেল্লগা
পণ্ডিতশিংনা তকশিল্লি
থিল্লগন্নু মেঙ্গর
অহল ওইবা জেনেরেল
সাহেবশিংসি হাংসিরা
মখোয়াশে সি থাব্লগা
অমুক শোয়রোই লাকখিনি
হাংলবস্তু লানতৌনি
সাহেবশিংসি হাংলগা।

মৈতৈ থম্মোই ইংলসি,
মৈতৈ লৈমা পেলহুনসি।
সাহেবশিংভু পীখিয়ু,
মেঙ্গরনা শীনখিয়ু।"
সিনসম থাওমা শোকখরে,
গ্রীনউদ য়াইবী মাঙখরে।
দরবার শংদা থমজিনখি,
মৈতৈ মযাম ফুজনখি।
সনা পুয়া কাউবরা,
য়েরু কংগে খনবরা।
'ডৌবা মকোক কেলগনা,
শোয়দবরু হায়রবনি।"
"পুয়া রাসি চুমগনি,
লৈবাক মরা তপকনি।"
"রাকম অসি চুমগনি,
মতম অসি হৌগ্রনি।"
রাখল মাংজা পুল্লদো,
মণ্ডল মণ্ডল খল্লিদো।
অমুক ভুঁমন লৈরোইদো,
মৈতৈ মাঙন তৌনিদো।
হাংত্রবস্তু শোয়রোয়দো,
প্রজা পেনবা তেম্মিদো।

তুংগী লানফম থুদিংদা প্রজাই মতেং ফংগনি,
মৈতৈ নিংতম লানফমদা থরাই থাসি য়াগনি।
সাহেব হিংনা চংগ্রগা অমুক নিংহল্লকপদা,
মৈতৈ লাম্মী ফংলরোই 'ঙৌবা লানফম নয়াইদা।
রাজেশ্বর নপাব্রী কুলচন্দ্র পামদেদো.
টিকেন্দ্রজিং যুবরাজ মলেছ হাংলোই খাঙ্মিদো।
থাঙ্গাল হৈমিং থীসন্নু প্রজা নিংবা থুংসন্নু,
'ঙৌবা মকোক করুনা মৈতৈ লৈবাক হৈংসন্নু।
রাখল অসি খন্দুনা 'ঙম্বা য়াথং পীখরে,
সাহেব মকোক কত্তুনা মালেম লৈদা কেনখরে।
সাহেব অঙাং ঙনবগা মৈতৈ লাম্মী পুম্বনা,
রেসীডেন্সী তমশিল্লি নোংমৈ প্রোক প্রোক কাপ্তুনা
গ্রীমউদ কৌবী মুপীদো রাখল লৌশিং চাঙবনা,
মাঙজোননা চেনখরে নুপা ফিজেং শেংতুনা।
কেপটেন বাইলো বুচরনে লুগার্ড উদস অনিনি,
গুর্খা সিফাই চনিগা কাছার লম্বী পাংবনি।
সরকারই মফমদা বিলাত চন্নু গ্রীমউদনা.
কোলোই মপাউ তমজরুই তাম্না মানবী খোঙ্জেলনা।
শাতানবনা তাল্লবী তথক তথক চেল্লিবী,
মিপাই চাঙবী শজীগুম কাইনা মৈশা লাংলবী।
শাঙং শাদা ফজবী শকতা চুদা নিংথিবী,
মীচঙ মীথোক থঙজবী সেবা লাংবা হৈজবী।

মৈতৈ লাম্মী ময়াম্না
অশোক অনা পুম্বনা
মিপাইদবী মুপীনি
পুক্লিং লৈতাজবীনি
য়েঙ্খোইবদি মেঙ্গর
কবো মাইকৈ পা ড়ংনা
লাইশ্রবদি মেঙ্গর
মৈতৈ চামা পুড়না
সরকার লাম্মী য়াখৈনি
মৈতৈ প্রজা পুম্বনা
নোংচুপ মাইকৈ পা ড়না
সনা য়াথং পুত্থনা
সেনাপতি অঙৌনা
থাঙ্গাল মেঙ্গর লোইননা
কবো মাইকৈ পাংখিবা
লাঙথেনগী প্রজাবু
খুংলাই য়াওদ প্রজানি
ফংত্রবদি কাঙবুনা
লাঙ্গদবা প্রজাবু
করি মরাল তৌত্থনা
মুংশাগীদি মৈরক্তা
অরাম খৌরাং ব্লারবা

বেসীডেন্সী কোক্টশ্রবা,
কপ্পা লাওনা খাঙলবা।
অরাববগী লাল্লক্তা,
য়েরুবগী মৈরক্তা।
লাম্মী চামা পুজখি,
সাহেব লাম্মী তাম্নখি।
অরাং মাইকৈ পাংখিবা,
সাহেব লাম্মী তানখিবা।
লাইশ্রবনা ফারকপা,
মেঙ্গব থৌই থাগংপা।
লৈতান মেঙ্গর চংচখি,
য়েরু লাম্মী তাম্নখি।
বিষ্ণুপুরদা থুংখরে,
য়োয়াং তেকতা য়োখরে।
সরকার মীচেল লাম্মীনা,
য়াখৈ পুখি ফাত্থনা।
পুকচেল তিংনা লৈজবা,
ওংপা নৈবা খাঙলিবা।
করি খন্না ওংলিবা,
অরাবসি পীরিবা।
অরা পোৎলুম পুরিবা,
তুরোই ঙায়োই চংলিবা

য়েক্লবগী শাজেনা
ভুমাংগীদি মবিক্লা
তমথিদকো মলেছ
থিঙেল তাইনা ঙমদ্রগা
মাইয়োক্লবা লানফমদই
খুংলাই য়াওদ প্রজাদা
অল্লাবগী মৈচাক্লা
য়েক্ল চৈনা থাওড্ডনা
লাইশ্রবনা ফারকপা
তুবান লান্না হৈবশিং
মঙা মঙা খুজিং ওই
লম্বী চেংজেল ওইনবা
মৈতৈ থৌজাল উবদা
অসিগুম্বা জাতিদি
শিরে খন্না লাক্লগা
য়েক্লবগী কাংবুনা
অনিসিগী মরক্তা
ফারকপদি মীচেনবু
মনা ওংলি প্রজাদা
মবাল লৈত মীশিং দা

হন্না তোয়না ফুবিবা,
হকচাং পুন্না চোংলিবা।
প্রজাশিংবু ওংলিবা,
নাশিখো দা থেংলিবা।
নমাই লৈনা চেল্লিবা,
থৌনা ফবা উংলিবা।
রাজকুনা তারিবা,
যাইবী থরাই থাবিবা।
লাম্মী যাঙ্খি থাদোকখি,
থরাই হিংনা চংচখি।
লুপা থুংনা য়েনবিখি,
লন্ন থুমবু পীবিখি।
য়েক্লবনা পেন্নখি,
লৈবাক্লোইদি হন্নখি।
হসি নোক্লা হল্লিবা,
মৈতৈ গুণবু শক্লিবা।
বম্বা য়াম্না খেন্নবা,
পৈশা পীনা থারিবা।
খুংসু খুংলাই পায়দবা,
অকনববু শাবিবা।

মরিশুবা পন্দুপ

# বৃটিশকী লাঞ্জং অমসুং মৈরাবা তুবা

সবকাব মকোক কেনগবে
মৈতৈ লৈমই মশাইগোল
লিক্লাই বুঙো লাইনিংথৌ
তুংগীদমক খনবদা
সাহেব হাংগ্রে তাবদা
সবকার লাম্মী লাক্রেদো
তুমু কাছার কোহিমা
লাম্মী কয়া থোমজিল্লি
মেঙ্গব কলেট লুচিংই
মকথ.বীদি পাইশুল্লি
তোপ গারোড লোইশংদা
দববাব চাউনা ফমইদো
লিক্লাই বুঙো নিংথৌ।
নোংদম্বগী খুজিল্লি
"তাগনে প্রজা অপুম্বা
মফম ইখঙ খঙদনা
অঙকপদি দোলাইনি
মালেমদম্ব য়োখিদে

মলেছ লাম্মী চেনখবে,
যুমদাংবশিং লৈতরে।
কুলচন্দ্র নিংথৌদো,
ৱাবই পন্দোল লোমলেদো
শাউবা মৈগুম হৌত্তনা,
মশিং লাকপা ঙমদনা।
লম্বী অতুম ফাংতুনা,
মৈতৈ হাংসি হায়ত্তুনা।
লাম্মী কালুপ অহুল্লি,
ককচেং শয়োম মানবনি।
অঙম আথৌ তিন্দুনা,
লানগী পাউবু তাতুনা।
কোলোই মপাউ তম্মিদো,
ঙকপা পাউবু হংইদো।
অঙম আথে লোইনবা,
দোলাই অমা তাখিবা।
চোংন ফিরাল লোইনবা,
নোংদোম্দম্ব হন্দবা।"

বাইে অসি ভাবদা
মই মই থুম্মিদো
"ভাবকইবা দোলাইদা
অচম্বদি নাত্রোদো
চিংডু মাগী লো দম্মি
চেকশিনবিয়ু ইনিথো
ভাণ্ডবিযাদি ছিদনা
নিংথৌজাম্বা কৌবনা
"কোবৌ হনবা মুম্নিংপু
যত্রবদি থুদম্মি
অসি রাদি হাযদনা
কোলোই মপাও ভম্মাদো
ওসি ঐগী মঙলান্দা
শ্রীগোবিন্দই মন্দিরনা
লাইজ ঈপাক লান্দুনা
শ্রীগোবিন্দ লেংম্মি
হা গোবিন্দ প্রাণনাথ
তোল্লবদি ননাইনি
অসি রাদি হায়ত্তনা
টিকেন্দ্রদা হায়বকই
"হাদা শানে যুবরাজ
ঐনা কয়া থামইদো

লৈবাক মাইবা অপুম্বা,
মাং মাং শহুজবা।
পাখঙবগী খুনংদি,
মোযাম্বদি কৌবদি।
লৈবাক ইবা হৌগনি,
অরা অনা ভাগনি।"
অম্বুম হাযনা হাংলি,
অচুম্বনি থৌগম্মি।
লেচিল পম্লোল থাবিবা,
মবোল অত্তম কোযবিবা।
লিক্লাই বুঙো নিংথৌনা,
খোম্লেল মঙলাল লীত্নুনা।
ঈশিং ঈচাও উবম্মি,
ইবোলম্বুংদা লুপলম্মি।
ব্রহ্মপুব পাংত্নুনা,
লৈবাক প্রজা লোইননা।
রাখবেদা ননাইদি,
পীবিয়ুনে থৌজান্দি।"
কুলচন্দ্র নিংথৌনা,
মাইথোং থম্বাল লাংশিন্না।
ঐনা হাযবা ইন্দদো,
সাহেব কল্লু হায়জেদো।

নিংথৌ ঐদি রাবদা
অরাবগী মতমদা
মাইকৈ অন্থম ফাংদুনা
ঙায়োক চফু ঙাফাগুম
রাতৈ অসি তাবদা
খুবাং তবা লোম্নবা
"য়াম্বুং বঙো ম্লুংশিবা
হৌখববা থবক্তি
শ্রীগোবিন্দই কৃপানি
অরা ঈপাক লানবদা
হৌরবগীদমক্তা
থোকরববু নিংশিংনা
মাঙদা করি লাকইবা
মাঙদা লাকপা অরাবা
পুন্সি লানফম অসিদা
চেনফদ্রবা লানফম্লি
সাহেব হাংলমদ্রবসু
ইনিং তম্বা পাম্লিখৈ
মনিং তম্বা পামদবা
মহাক অত্থু লানতৌদে
থৌনা লৈবা মৈতৈনি
য়েক্লবগী মাইয়োক্তা

রাখল লংজা পুল্লেদো,
কবি তৌনি হায়য়ুদো।
সবকাব লান্দি হৌবক্রে,
মৈতৈ ফানি থৌরাংলে।
টিকেন্দ্র খুম্লকই,
মযাম্বুদা হায়রকই।
সনা পুক্লি রাখিন্নু,
থোইনা হেম্না খংবিন্নু।
মানা তম্বা লাকনি,
মপু মানা চানবিনি।
ম্লুনাংবনা কাম্নদে,
হন্না হন্না রাফদে।
কবি তৌনি খন্নসি,
মায়োক্নবা থৌরাংসি।
লানবু কবি কিগনি,
কবম নিংহন্নগনি।
শোয়ফদবা লানফম্লি,
লান্দি মাঙদা লৈবনি।
মীথা থাবা হৈনবা,
থৌনা মাগী লৈত্রবা।
ইনিং তম্বা পাম্লিবা,
ইমাই লৈবা হৈত্রবা।

অপিকপদি মৈতৈনি
পাঙ্গল্লবা সরকারনি
অঙম্বনি মতাগুম
উশিত্তবা উত্তুনা
অশুক তোল্লা লৈবদি
য়েক্লবগী খোঙখাদা
ননাও ঐনা খাঙঙমদে
মীখা পোল্লা হিংবদো
মৈতৈশিংগী লুচিংদা
য়েরু লাম্মী হাংতুনা
মীশিং য়াওদ্র মৈতৈসে
সনা লৈবাক অপিকপা
মৈতৈ ঐখোই লাইবক্তা
নিংতম ফিরাল নুংশিবা
অরাবগী মিংয়েংফম
মীখা থাবই পাওখোন্দা
মৈতৈ ইপা ইপুগী
লান্দা থরাই থাজগে
সনা য়াথ পীবিরো
সনা লৈবাক ঙাকপদা
রাহৈ অসি তাবদা
অমেঙবদি রাহৈনা

মীগী মশিং য়ামদ্রবা,
লৈবাক কয়া ওল্লবা।
হায়নিংবতা মহাম্রবা,
তৌনিংবতা মতৌবা।
ননাও ঐদি পামদেদো,
হুইনাওগুম্না হিংবদো।
অথাকপদি ষণগুম্না,
চরু চহুন চাইতুনা।
ননাও ঐহাক চংচগে,
লানঙম ফিরাল পায়জগে।
মরিল পাপ্লি খঙহনগে,
ফাগী য়াদে উইনগে।
জয়বু ওইয়্‌ তমদ্রবা,
মালেম লৈদা তুথ্রবা।
ইমিং সিনা য়েংজরোই,
নাকোং সিনা তাজরোই,
ইকাই খুম্বা উংতুনা,
তাইবং লীলা থাদুনা।
লাংগী থোবা তৌবিরো,
ননাও বিদায় পীবিরো।"
ইপু থাঙ্গাল খুয়্রকই,
চীংনা লেম্না হায়রকই।

"তপথ বিখো যুবরাজ
মতম চাদ্রি অথৌবা
লিক্লাই 'বুঙো নিংথৌরেল
শ্রীযুত সেবা তৌজগে
শ্রীগোবিন্দই দমক্তা
য়েক্ল মাইরোং য়ানবা
মীনা করি হেনগনি
য়েক্ল সরকার লাকসনু
তুলীনহা মেঞ্জর
মন্ত্রীশিংদা হংলকই
অঙম অথৌ অপূম্বা
হৌজিক লুর মতম্মি
লমলোং ফাংনা লাক্লিবা
তুনু, কাছার, কোহিমা
অরাইবদি ওইররোই
থৌনা ফবা মৈতৈনি
সনা লৈবাক ঙাক্লবা
ঐখোয় পুম্বা থৌরাংসি
অপাম্বস্তু ভাকপিয়ু
ফনি খন্দু হায়বিয়ু
দরবার চোম্না তিল্লিবা
খোঞ্জেল ব্রাংনা থুম্মিদো

মনাও 'বুঙো হাখিনু,
সনা পুক্লিং লাঙখিনু।
করি অতুপ রাবিগে,
ইমা লৈবাক ঙাকচগে।
ননাই পাম্বোম তিংজরি,
মৈতৈ প্রজা লেপচরি।
মৈতৈ করি ব্রাংকনি,
ঐখোয় মাইরোং য়াগনি।
লৌশিং চাওবা থাঙ্গালনা,
অমেংবদি ব্রাহৈনা।
লৌশিং চাউবা কম্মাইবা,
মৈতৈ খুদোং থৌরবা।
য়েক্লবগী লালওংনি,
অতুম থোকপা লাঞ্জংনি।
নিঙাইদবা য়াররোই,
প্রজা কনা কিরিরোই।
মৈতৈ প্রজা কন্নবা,
মৈতৈ নিংতম ঙাক্লবা।
অখঙ অহৈ পূম্বনা,
অকন অথৌ ময়াম্না।"
অঙম অথৌ পূম্বনা,
পুক্লিং লিচিং মাম্বনা।

শিরে শিবে চেন্নবা
চোংন ফম্না হাংচবা
অমম্বগী লানফমদা
মৈতৈ লাইনি হায়তুনা
লমহুইগীদি সঙ্গনা
নো শাগীদি শবাক্ত
অমম্বগী লাল্লক্তা
নোংমৈ কবোক পোক্তুনা
মলেছগী গুলীনা
মৈবাবগী থবকসে
বিধি নোংদম কনবনা
চোইনা লাকপা গুলীনা
সনাতনদি ধর্ম্মবু
য়াইবী থরাই কত্তুনা
মেঙ্গোর তুরে ভাবদা
মৈতৈ লাম্মী অপুম্বা
শগোল পাওনা লাক্তুনা
অরাবগী পাওখোনসে
দববার চোন্না তিনবদা
মিংকি পিদি মরিক্লা
অঙম আথৌ পুম্বনা
থাগী লানফম অসিদা

চেল্লু চেল্লু লাইনবা,
মৈতৈগীদি মৈরাবা।
সাহেব ময়া কুমথরে,
মহৈ মহৈ কিনরে।
নোংশা ফানি হরাওবা,
লমহুই পুম্বা কপ্পবা।
সবকাব নোংমৈ কাপলক্রে,
গুলী নোংলিক চুরক্রে।
মখোয় মশেল শিনরে,
সাহেব মকোক ভাওনরে।
মৈরাবদি তুথরে,
য়াইবী থরাই লৌথরে।
অথৌবনা ফংথরে,
লৈগী দোলাই তোংথরে।
লৈবাক প্রজা রানরে,
মিংতা ঈরা চেন্নরে।
মেঙ্গোর তুরে তম্নরে,
সনা নাকোং য়ৌথরে।
মৈরাববু শোম্নখি,
থৌবা বিদায় তৌনখি।
কনা থাসি খন্নরে,
চংকদবা হংনরে।

টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ
ময়াম্বুংদা হঙ্কচে
"য়াম্বু নিংথৌ মুংশিবা
নয়াথংবু পিবিযু
মলেছ মকোক কক্তুনা
য়াইবী থরাই থাদুনা
মৈতৈ লাম্মী পুম্বনা
রাজ বংশদা পোক্রগা
ইরৈবাক্কীদমক্তা
মৈতৈ প্রজা কনবদা
মনাও ঐনা হিংজবা
ইরৈবাক্কীদমক্তা
ঐগী হকচাং অসিদা
টিকেন্দ্রগী শিংলিদা
মলেছ লমছই চঙহল্লোই
মনাও লান্দা চংচগে
লিক্লাই বুঙো নিংথৌনা
চীংনা লেম্বা রাহৈনা
"ইনাও বুঙো মুংশিবা
লমলোং ফাংনা লাক্লিবা
নয়াম্ববু থাদুনা
শ্রীগোবিন্দ থাদুনা

খুবাক চাংজো লোম্মনা,
খুকটু লৈদা তাদুনা।
মনাও লান্দা চংচগে,
ফিগাও শানা য়াজগে।
লানঙম ফিবাল পায়জগে,
মৈতৈ নিংতম ঙাকচগে।
অরা মৈশা লাংলিবা,
ঐনা সিদা ফগ্রিবা।
থরাই থাগে ঙাইজরি,
য়াইবী কংকে লৈজরি।
য়াইফ মুঙাই তান্দদো,
থরাই থাবা পামহৈদো।
য়াইবী থরাই লৈরিঙৈ,
ঈনিক মতং চেল্লিঙৈ।
সাহেব খোঙ্গুল তাহল্লোই,
সং পুক্লিং রাহল্লোই।"
মনাও য়েংনা হায়রকই,
চীঙ্গোই পাওমেঞ্জবকই।
লুরকলবা মতমদা,
মলেছগী লালওংনি।
করম লান্দা চংকেগে,
লমদম কৈদা পাংগেগে?

নঙাক নত্ত ওনানা
মাগী সেবা থাত্তুনা
অসি রাজৈ হাযত্নুনা
অচম অথৌ পুম্নং

শ্রীগোবিন্দ ডাকনি,
কবম লান্দা চংকনি।
মশানৌবু থেমজিঙ্গে,
টিকেন্দ্রবু থামজিঙ্গে।

---

মঙাশুবা পন্দুপ

## য়াইস্কুল লাকপা অমসুং শঙ্গোইসনা

খাগী লানফম অকনবা
য়েক্লবগী মাইয়োক্তা
দববার চোন্না তিনবদা
যাইস্কুল লাকপা অথৌবা
সনা যাথং থাত্তুনা
কোলোই পাংবু ফংতুনা
'ঙম্বা চেংলৌ টবদা
লিক্লাই 'কুঙো লিংথৌনা
'হাদ য়াম্বু, নুংশিবা"
য়েক্লবগী মাইয়োক্তা
খাগী লানফম অকনবা
মৈতৈ লান্মী অপুম্বা

মৈবাবনা তুথবা,
মৈতৈ লেপ্পা রাববা।
রাজৈ অসুম লেপ্নখি,
লান্দা থাসি খন্নখি।
যাইস্কুল লাকপা কৌথংলি,
'ঙম্বা তম্না লেঙখংলি।
সনা য়াথ তাক্লকই,
চিঙ্গোই মপাং মেল্লকই।
রারেদকো ননাংদি,
লেপ্পা রারে মৈতৈদি।
মৈরাবদি তুখরে,
অরা মৈশা লাংনরে।

য়াম্বুং লান্দা লেংবিয়ু
মলেছগী মথুংতই
ৱাহৈ অসি তাবদা
কোলোই মাগী মিংলেন্না
"শানৌ বুঙো নিংথৌরেল
কোবৌ অস্নুক কুইববু
ঐস্নু সনা ঈনিদো
ইরৈবাকীদমক্তা
সনা পুক্লিং ৱাবিন্নু
শ্রীগোবিন্দ সেবা তৌ
নোংমা পোকপা মচানা
ইপা ইপু কনাস্নু
ঙরাং একাদশীনি
প্রসাদীবু ফংলগা
অসি ৱাহৈ হায়ত্নুনা
ময়ুম মাইকৈ পাংত্নুনা
তরা লুকোই হাত্নুনা
শাফি লানফি শেত্তুনা
মুগা ফৈজোম শেংচিল্লি
নামাবলী খদাং চেং
শিজ তন্না কৌত্নুনা
লানগী যাত্রা মতমদা

সনা লৈবাক ঙাকপিয়ু,
লৈবাক প্রজা কনবিয়ু।
খুম্নকইদো য়াইস্কুলনা,
হাঙজৌসনা কৌবনা।
ইয়াম্বদি ৱাবৌই,
ঙসিদমক মতাকই।
ৱাজবংশদা পোকপনি,
ঐখোয় পুম্বা হিংবনি।
প্রজা পালন তৌরম্মু,
লাইনি পবৈ চেংলম্মু।
নিনি শিবা হৌনদে,
শিব কিবা য়াঙখিদে।
ব্রত পালন তৌবনি,
লানদা ঐনা কুমগনি।
ঙম্বা তন্না কুমখিদো,
লানগী থৌবা তৌখিদো।
ফমফম লাদা লেঙশিনখি,
লানগী থৌরাং তৌজখি।
রেশম ফুরাং লিংশিল্লি,
সনা খুজ্জী শিজিল্লি,
মচাই মপাঙ হংলকই,
মচাই চেংলৌ উনিই।

ঐখোয় থরাই পাম্মুদে
য়াইবী থরাই থাহুনা
মৈতৈ অকন অথৌগী
য়েরু মাইরোং য়াবদা
লিক্লাই বুঙো নিংথৌরেল
লৈবাক প্রজাই দমক্তা
সনা য়াথং ঙাইজরি
য়েরু মাইরোং য়ানবা
মৈতৈ সনা লৈবাক্তা
পোইরৈ মৈতৈ লমদমদা
সনা য়াথং পীবিবো
থাংলেন খুত্তা পায়হুনা
তিমেন খুত্তা পায়হুনা
থাংগী বাকত লৈহুনা
অসি রাহৈ হায়হুনা
মৈতৈ অঙম অথৌশি
কুলচন্দ্র নিংথৌনা
লাংগী লাম্হোং শিন্দুনা
খোংজোমগীদি মাইকৈদা
লাম্মী চাত্রেং পুহুনা
লাইশ্রবদি জম্বুবান
তাম্রসিংদি মাইবানি

মৈতৈ লৈবাক ঙাক্কনি,
সনা লৈবাক কনগনি।
মচা মশু ঐখোয়নি,
মাই ওন্দবা জাতিনি।
সনা পূক্সিং রাবিন্থু,
থোইনা হেন্না খনবিন্থু।
ফিগাং শানা নিজরি,
মৈতৈ প্রজা লেপচরি।
মলেছ খোঙ্গুল তাহল্লোই,
লৌনম্বশিং চংহল্লোই।
ঐখোয় লান্দা চংচগে,
সনা লৈবাক ঙাকচগে।
তাগী নোংদ্রেন চাঙ্গনগে,
যেরু মঙক ককচগে।
খুকউ লৈদা তাখরে,
সনা যাথ ঙাইখরে।
সনা য়াথং পীখরে.
মৈতৈ লাম্মী থাখরে।
য়েংখোইববু থাজখি,
মেঙ্গোর তম্মা য়োজখি।
থিবোম্মেদি পাংবনি,
হৈগ্রজাম্বা পোইলানি।

মৈতৈ লাম্মী চানিপাল থিবোম্মৈদি পাংখিদো,
ময়াংখাংগী লমদমদা তেঙ্গোল শানা লৈখিদো।
তোংজৈ মবিল লমদমদা মজাইবুডো কালানি,
সনা ঙাংবা লৈবংব্রেন য়েংখোইবদি পোয়লানি।
নোংজোম্বদি পোয়নানি মৈতৈ লাম্মী লিশিংনি,
লাইমতোনগী চীথক্তা মৈতৈ তেঙ্গোল শাবনি।
মৈতৈ লাম্মী মম্নামনি কাংলুপ অহুম থোকপনি,
ফিমুনদি লৈতেংবা থাংশংনিস্ত পায়বনি।
নো মৈনদি পুম্মুন্ শঙ্গিন পুগ্রং লংহুনা,
খোঙগী খোঙথা মান্নবা বঝাই বেঙ্গুন খোংহুনা।
মৈতৈ লাম্মী চংনখি লানগী লানকম যৌনখি,
য়েক্না মাইরোং যাহুনা মৈতৈ লৈনাক ডাক্নখি।
সবকাব লাম্মী য়াম্বনি লাইজ ঈথক হৌগুমই,
ককচেং শঙ্গু চংকুম্মি মুকথ্রবীদি পাইগুমই।
মৈতৈ লাম্মী খুজোক্নি য়েক্ন ইচাও লাকপদা,
পনবু শানা ডাকচবা মনা লৈবাকে কননদা।
লাইজ ঈনোং লাকপগুম মলেছ লাম্মী চঙলকই,
থৌবানগীদি মাইকৈদা নাম্মী পীয়ু নিবকই।
চোংথানিয়া মেঙ্গোব লাম্মী চাক্লক পুন্ডনা,
যাত্রা তন্না তৌজখি অকন অথৌ লোইননা।
চো থামিয়া য়েঙ্খোইবা মেঙ্গোর অনী ব্রাত্তানৈ,
লাংগী নাম্গো শিনবদা পোম্বীগুম্মা চিল্লোক্নৈ।

লৌশিং লৈবা মেঙ্গোর
মখোঙ চেংপা পনগুম্না
সবকাব লান্মী থকচানৈ
চংশিল্লকপা অপূর্বা
সনা য়াথ ফংবদা
মেঙ্গোর য়ত্রা তৌজখি
লান্মী চাত্রেং মা দ থা
মীনা ফজৈ শোন্নখি
মেঙ্গোর অহুম তিনখবে
মলেচ্ছ লান্মী কীনরে
লানথো শিন্না লৈনরে
মৈতৈশিংগী শাফুসে
লমলেন রাংজি লমদমদা
সবকার লান্মী পৈথরে
চবায়বা নোংশানা
পান্থা শাথোক ফবনা
মেঙ্গোরদি মৈরাবা
য়েক্রা তম্না ফুজিল্লি
য়েন্দেম থরাম শোইবগুম
কনবা নোংলৈ মুংশিংনা
পান্থা চৈগপ চোংগুম্বা
মৈতৈ লান্মী পূম্নমক্

থৌনা লৈবা অথৌবা,
য়েন্ন লান্মী চাক্রিবা।
মলেচ্ছ কাংবু নিংহন্নৈ,
মৈতৈ থাংশোই ওইহন্নৈ।
রাংখৈগীদি মৈরাবা,
মৈতৈ লৈবাক চাক্লবা।
মৈরাবদি য়ৌরকই,
জয়বু ওইয়ু হায়রকই।
থৌব অহুম পুনখরে,
মৈতৈ পুম্বা মুডাইরে।
নাকপাক তানা পুনরে,
সাহেব খাঙবা রানরে।
মনাও চিংখোঙ মাইকৈদা,
মৈরাবনা লাকপদা।
শক্তী শডাই তানবগুম,
কাওরেল শল্লুপ তানবগুম।
য়েংথা ওইথাং পায়দুনা,
নোংলৈ মুংশিংকুমদুনা।
মৌবী পোপাতেক লৈগুম্না,
উপাল রাপাল নৈগুম্না।
চোনা তান্না হাংলকই,
মেঙ্গোর তুংবু ইল্লকই।

চী জম ইফুং ফাওগুম্মা
লম্মৈ মৈশা লাংবদা
সরকার লান্মী কায়নরে
ইমা ইমা কৌনরে
মলেছ শগোল লান্মীনা
খুংতা থংলেন পায়তুনা
রাংখৈগীদি মৈবাবা
সাহেব মঙক কক্তুনা
অট অট পুম্বনা
অতা অতা খুদি না
অহিং মতম ওইবদা
লান্মী খরা পুতুনা
মুংঙৌ পোকপী লমদমদা
থাওমৈ ভাম্না থান্দুনা
মরিল লৈবা মৈরাবা
মৈরাবগী থাংশাংনা
পাম্বা চৈগপ চোংগুম্না
থাংগী থাংহাই অমুক্তা
সরকার ঙকচানরিঙৈ
য়েংথাং ওইথাং পায়দুনা
নোংমৈ পায়বা নংহৌদে
থাংবু শংকে থৌরাংবা

লাইজ থিংডল কায়গুম্ন',
চেৱা চোইনা পাইগুম্না।
মলেছ সিফাই চেন্নরে,
শিরে শিরে লাউনরে।
মৈবাবদা ফুজিন্লে,
মেঙ্গোব হাংকে থৌবা লে।
পাম্বা চৈগপ চোংখরে,
মালেম লৈদা থাদরে।
কল্লি হাযনৈ মৈবাবা,
মেঙ্গোব থৌই শোম্নবা।
রাংখৈগীদি মৈবাবা,
চংচখিদো লাঙ্গাবা।
সরকার লাম্বল শাবন্মী,
লান্মী ময়াম লৈবন্মী।
লুকথ পাকথ চ জখি,
সম্ত্রী মঙক কেলহনখি।
মেঙ্গোব ৱাংনা চোংখংলি,
থাওমৈ মরী ককথংলি।
মৈবাবনা চোংশিল্লি,
অফং অফং ককথংলি।
মৈরাবনা হাঙ্কিল্লি,
অথৌবনা ককথংলি।

"মমা শিজ তাবরা
পারী চেংলৌ উদেনা
"মপাবুংদি ইবুঙো
য়াইস্কুল রাংখৈ শিঙনবা
"মমা শিজ চেকশিন্নু
চায়োক ফব্বী য়েনবীগুম
ঙম্না মচেম শাৎত্রবা
শঙ্গোই সনা ইচানি
মুপা ওইবা ঐখোয়নি
মফম খঙদ মীওইপোক
ঙসি শিনি পাওজেন্দা
হৈন শিংন চৎলুকো
অসি রাইহৈ হায়জুনা
শোর পুংফম য়েংজুনা
দোলাই ফৈনা ভোংজুনা
য়াইস্কুল লাকপা লেঙখৎলি
শঙ্গোই পোকপী মমানা
কোলোই মপাউ চেঙ্খি
"ইমাই শঙ্গোই থুনা লাও
মঙ্গল ঘটপু ওক্তুনা
খুবাক লাইথল তাতুনা
শঙ্গোই সনা কৌতুনা
ইচা শঙ্গোই কৌরকউ,
থুনা য়াংনা পুরকউ।"
শঙ্গোই সনা লৈত্তেদো,
কাংজৈ শান্ন চৎখিদো।
ইচা চান্না য়োকউদো,
নচা লুনা কোল্লুকো।
থেংনা মনাও পোমদ্রবা,
চীংনু' থবাক লৈগুম্বা।
তম্বা ঙমদে লানফমনি,
লেপনাইদবা তাইবংনি।
হয়েং শিনি পাওদমদা,
লমফাং য়াম্বা তাইবংদা।"
বিদায় তন্না লৌখরে,
সনা কোন্নুং পাংখরে।
বঝাই বেঙ্গুল লোইননা,
সনা কোন্নুং তমজুনা।
অচং অওক খুদিংদা,
শঙ্গোই সনা মকাদা।
পাবুং লান্দা লেঙদোরি,
পাবুং বিদায় তৌদোরি।"
খুনিং মোইদোন কাওজুনা,
হায়জৈ কৈথেল কাবীনা।

"পারী শঙ্গোই তাবরা ইমা শিজই য়াথংনি,
পাবুং লান্দা লেঙদৌরি থুনা লাকউ হায়বনি।"
রাহৈ অসি তাবদা শঙ্গোই তফিং চেল্লকই,
কাংজে লেংদা থোংহুনা মমাই কাদা য়ৌবকই।
মচাই চেংলৌ উবদা মমা শিজ হায়রকই,
পারী খুজেং পায়হুনা কোল্লোই মপাউ মেল্লকই।
"ইমাই পারী চাউদ্রিবা পাবুং লান্দা লেঙদৌরি,
শ্রীগোবিন্দ খুরুম্বা সনা কোন্নুং লেঙখরি।
খরাই থোঙ্গাল মপাদা মঙ্গল ঘটপু লাংসি লাও,
লফু পাম্বী যুংহুনা ধুপনা থাওমৈ থাসি লাও।
পাবুং খোঙলেঙলক্রগনি লালগী যাত্রা তৌবনি,
পারী নংবু হংলম্মী থুনা য়াঙনা লাক্লনি।"
পলেম মপাউ তাবদা হায়বকইদা শঙ্গোইনা,
মমাই ফিজি পায়হুনা কোথাকচবা রাহৈনা।
"ইমা শিজ ইবেম্মা ঐণু কোন্নুং চংচগে,
পাবুং মঙ্গল ওইনবা শ্রীগোবিন্দ খুরুমগে।
নয়াথংবু নিজরি চৈব ফিগাও শাজরি,
পম্বৌ চেংলৌ মুংশিবা উনিংবনা রাজরি।
লেঙঙমদাইদা উথিদে ঐবু পোকপা পম্বৌনা,
লৈরমগনি ঙাইহুনা ঐগী লম্বী য়েংহুনা।
তরা লুকোই হাবদা ওইগা য়েংকা ফমজবা,
অহাওবতা শরুক ওই অথুম্বত চাজবা।

লাইবক থিদা ইমাশি,
পন্থৌ মানা হাপ্লিবা
পলেম নংনা থৌরাংবা
পন্থৌ মাদি হাদেদো
পাবুং খোঙলেঙলমদাইদা
লমহৈনবদি ঐহাকপু
পাবুং রাবৌখিবরা
পাপচেনবদি মিংসিনা
অসি রাহৈ হায়তুনা
মমাই য়াথং নিখরে
"চংলো চংলো ইবুঙো
শ্রীগোবিন্দ খুরুম্বা
পাবুং থৌগল তৌরকউ
খরাই থোঙ্গাল অসিদা
কাংজৈ লেংদা থোংতুনা
শঙ্গোই থুনা চেনখিদো
অসোমদদি কমদৌরি
য়াইস্কুল লাকপা কৌশিল্লি
"হাদ য়াম্বুং মুংশিবা
ফমফম লাংদা লেঙশিল্লু
অস্থুঙৈ মতমদা
সনা চরণ খুরুম্বা

ঐনা ঙসি ফংহৌদে,
তরা মথেল চাহৌদে।
তরা মথেল অহাঙবা,
ঐহাক্না চাজবা।
করি য়াথং পীরম্মি,
করি হায়না হংলম্মি।
ঐব ঙসি শাউবরা,
পন্থৌ মাবু উদরা?"
মিংলু পিরাং চেন্দুনা,
পলেম ফিজি পায়তুনা।
সনা কোন্নুং য়োজরো,
থুনা য়াঙনা চংচরো।
ইমা সিদা ওকলমগে,
মঙ্গল ঘটতি লাংলমগে।
কুণ্ডা তুংয়েপ্পতুনা,
সনা কোন্নুং পাংতুনা।
লিক্লাই 'বুঙো নিংথৌনা,
তরাম তরাম ওক্তুনা।
পানা খুদপ হাবিয়ু,
লাইনিং পরৈ চেংপীয়ু।"
শঙ্গোই সনা থুংঙৈদো,
মপাবুংদা চংজৈদো।

খুকউ লৈদা তাত্থুনা মরাই লৈদ শুক্তুনা,
মপাবুংদা হঙ্গচৈ শঙ্গোই সনা মচানা।
"পাবুং লান্দা লেঙবদা নচা থৌগল তৌজগে,
লানগী লালওং য়েংতুনা পুক্কিং লৌশিং ওইজগে
"করি রানো ইবুঙো পারী নংদি চাওদ্রিনা,
নংদি নারা ওইবনা লানগী মতিক চাদ্রিনা।
ইরান য়াইদা লৈরম্মু নমাই সেবা তৌরম্মু,
ইপাই মঙ্গল ওইনবা লাইনিং পরে চেংলম্মু।
ইচাই চেংলৌ উদবা শুমদি চিন্নাইদবনা,
পামেল উয়োন চীকপগুম থল্লম্মিদো ইপানা।
অহনশিংনা হায়বদো পারী 'বুঙো ইল্লম্মু,
পালেম নমাই য়াথংবু কোক্তা থোংনা লৈরম্মু।
তরা মচা তিনবদা অকায়বদি চংকম্মু,
নমান্নবা তিনবদা অরানবদি হায়কম্মু।"
লান্দা চংকে হায়তুনা হন্না হন্না হায়জেদো,
পন্থৌ মানা হায়বদো শঙ্গোই সনা য়াদেদো।
"করি রানো পন্থৌও নচা পাঙ্গল চাউরেনা,
থাঙলেন খুত্তা পায়তুনা লান্দা চংপা ঙম্লেনা।
অভিমন্যু পাণ্ডবকী অঙাং মতম ওইবনা,
কৌরব ব্যূহ চণ্ডতুনা য়েক্না তুম্না হাংপনি।
লব কুশ অঙাংনি রামবু মাইথি পীখিবা,
বভ্রুবাহন নহানি অর্জুন মাইথি হনখিবা।

ঐশ্বু মৈতৈ নহানি    শিববস্তু কৈদৌগে,
ইমা লৈবাক ঙাকপদা    যাইবী থরাই কচ্চগে।
"পাবী 'বুঙো মুংশিবা    নংদি অঙাং নারানি,
তমথিববা লানফম্নি    নোংমৈ শুলী মবক্কি।
থাংনা নোংথাং কুপ্পনি    সঙ্গিন চিন্দান লংবনি,
পাবী নংদি খংব্রিদো    মলেছ মীগাং থীবনি।
নংনা লান্দা চংলগা    পলেম মদোম ঙাইহৌনি,
পাবী নংনা লৈত্রবা    কনা সেবা তৌবিনি।
লাইবক থিবী নমাগী    নংদি অহিং থাজনি,
পারী নদোম ঙাইজবা    মুংথিল থোকপা মুমিংনি।"
মৈতৈ নিংথৌ য়েংছুনা    হঙ্গংলিদো য়াইস্কলনা,
অমেংবদি রাহৈনা    খুবাং তরা লোন্দুনা।
"নিংথেম য়াইম য়েংউনে    শঙ্গোই খুম্নৌ ওইরেনা,
খুম্নু খোঙদা শমলৌগুম    পারী থাম্বা য়াক্রেনা।"
পাবী কাংদোং ফাব্রিবা    লাম্দা চংকে হায়রেদো,
পাইমা লিনফম ফবনা    শামাম্নবা থিরেদো।
চবাম্নবা নোংশাগুম    শামাম্নবা য়েংলিনে,
নিংথেম নংবু থাম্নুনে    শঙ্গোই নচা চাওব্রিনে।
লিক্লাই 'বুঙো মহারাজ    কুলচন্দ্র নিংথৌনা,
সনা য়াথং তাক্লকই    শঙ্গোই চিংনা য়েংছুনা।
"পাবী শঙ্গোই সিদ লাও    ইপাই নাক্ত লৈশি লাও,
চানিংবতা চারো লাও    শেংপা ননিং তমলো লাও।

অঙা, মতম ওইবনা
নংদি মতম চাম্রিদো
নিংথৌ ঐগী ইরানয়াই
তৌনিংবত তৌহুনা
ননাই লান্দা চংচগে
অৱাবগী মতমদা
সনা য়াথং নিজরি
য়েরু মাইরোং য়াজগে
অসি ৱাহৈ হায়তুনা
মালেম লৈদা তাখরে
মচাই লিনফম খঙজবা
চংলু য়াথং পীখরে
শঙ্গোই খাম্বা য়াদ্রবা
নিংথৌ য়াথং ফোক্তা থোং
খেরো ফৈজোম শেতুনা
রেশম ফুরিৎ লিতুনা
য়াইস্কুল লাকপা ইবুঙো
যাত্রা তন্না তৌখরে
মোইরাংখোমদি য়ৌবদা
য়াইস্কুল লাকপা ইবুঙো
পন্থৌ থৌগন তৌবিবা
শঙ্গোই সনা উবদা

লান্দা চংপা হৌনদে,
লান্দা চংকে হায়ফদে।
সনা কোম্বুং অসিদা,
ননিং তম্না লৈযুদো।"
পাবুং থৌগন তৌজগে,
পন্থৌ সেবা তৌজগে।
ফিগাও শানা য়াজবি,
নচা পাম্বোম তিংজবি।
মিংলু পিরাং চেন্দুনা,
কোয়াং চৈশু তাগম্মা।
য়াইস্কুল লাকপা মপানা,
খাম্বা য়াবোই খন্দুনা।
মপাই য়াথং ফংখরে,
লালগী থৌরাং তৌখবে।
সনা খুজী শিখরে,
যাত্রা পুংফম য়েংখরে।
মচা শঙ্গোই লোইননা,
শ্রীগোবিন্দ খুরম্মা।
সনা কোন্দা হুল্লন্মি,
লুপা কোন্দা হুল্লন্মি।
শাফী লানফী শেংলিবা,
অঙাং নাৱা ওইরিবা।

পান্থোশিংনা থাগংনৈ    পালেমশিংনা তেংথানৈ,
অউ অউ খুদিংনা    শাঙ্গাই সনা মুংশিনৈ।
মৈত্তে লাম্মী পুন্থুনা    বঝাই বেঙ্গল লোইননা,
য়াইস্কুল লমশাং লেংলক্লি    দোলাই ফৈনা তোংহুনা।
শাঙ্গাই পোকপী মমানা    ঙাইবি খবাই থোঙ্গান্দা,
লফু পাম্বী যুংহুনা    লানগী যাত্রা কালসিদা।
ধপনা থাওমৈ লোইননা    লৈনা শুনা ফজবি,
লালদা মঙ্গল ওইনবা    লাইনিং পরৈ চেৎচবি।
বঝাই খোঙ্গেল তাবদা    খুবাক লাইখল তাহুনা,
তাম্না চিংনা যে জবি    পিবোইনবা মিংয়েংনা।
খবাই থোঙ্গাল যৌবদা    মচা শাঙ্গাই উবকপা,
পান্তো থৌগন তৌবকপা    শাফী লানফী শেংলকপা।
চেনশিনখবে মমানা    পাবী মচা কোল্লুবে,
অঙাওবীগী পান্দমগুম    মচাই খুদাং পায়ক্লুরে।
"ইমাই পাবী চাওদ্রিবা    করি মতৌ কৌবগে,
অঙাং ওইবা নহাক্না    করম লান্দা চংকেগে ?
লৌনম চাওবা নিংথৌনা    লানগী য়াথং পীবরা,
নংবু পোকপা পান্থৌনা    চংসি হায়না থেম্বরা।
ইমাই 'বুঙো মুংশিবা    ঙসি ফিগৈ শেংলো লাও,
লাইবক থিবী নমাদা    কোলোই নপাও তমলো লাও।
মমাই চেংলৌ উবদা    চংশিল্লকই শঙ্গোইনা,
হায়বকইদো মচানা    মমাই খোঙদা কোন্দুনা।

“ইমা শিজ ইবেম্মা নিংথৌ লৌনম তৌদেদো,
ঐবু পোকপা পম্বৌনা লান্দা চংসি থেমদেদো।
নচা ঐগী নিঙাইনা সনা য়াথং ফংবনি,
ঐগী লাইবক ফবনা পাবুং থৌগল তৌবনি।
ইমাই য়াথং পীবিরো য়াথং কিগাও শাজরি,
লানগী বিদায় তৌবিরো নচা ঐনা ঙাইজরি।”
“করি য়ানো ইবুঙো পারী নংবু চাওদ্রিবা,
বিদায় পীবা ঙম্লোইকো ইমাই ’বুঙো মুংশিবা।
নংদি ইমাই থবায়নি অহিং থোকপা থাজগুম,
পারী নংবু য়েংজৈদো মুংথিল ঙানবা কোয়ৌগুম
শঙ্গোই নংনা লৈত্রবা কনা য়েংনা লৌহৌনি,
লাইবক থিবী নমাদি মতৌ করম হিংহৌনি।
ইমাই কাংথোল য়াইরিথক ননি তম্না ওজবা,
ক্যার মোন্দুম মোম্বেক থক নথা ভৌনা লৈজবা।
শিন্নৌ লশিং তিনগুম্বা পারী নংদি অঙাংনি,
কোম্লা তাগে ননিংনি শান্না লৈগে নখানি।
চংথিগন্নু ইবুঙো পারী নংদি চাওদ্রিদো,
অঙাং নরা ওইবনা লানগী নত্তিক চাদ্রিদো।
ঙরাং পোকপা ঙখানা খোংবান লাল্লন খঙদগুম,
নহান থুবা য়েক্লম্মা য়েক্লম চিন্নাইদবগুম।”
য়াহৈ অসি হায়জুনা পাম্বোম ভূফাং চন্দুনা,
মচা শঙ্গোংই খামথরে মিংস্না তরং হৌজুনা।

"করি রানো ঈমাসি
মদোম করম লেঙগনি
অহল মতম ওইবনা
নচা সেবা তৌজগে
নচাই পাম্বোম চাউরেনা
পম্বৌ থৌগল তৌদুনা
পুন্সি লানফম ইয়াইদা
লৈবাক ঙাকপা ইথৌনি
মৈতৈ চনু ঈমাদি
করি থম্মোই শোনবগে
খাম্বা য়ারোই খঙলবা
মচা শঙ্গোই কোন্দুনা
"চৎলো চৎলো ইবুঙো
নপাবুংবু থাগনু
নতু নাম তেক্কনা
অমুক তন্না হল্লকপা
অথুব অহাও লোইননা
পম্বৌ খরাই থোঙ্গান্দা
য়েক্লবগী মাইয়োক্তা
মৈতৈ ইপা ইপুগী
ইচাই মঙ্গল ওইনবা
নংগী কাইনা মৈচাক্তো

পম্বৌ অহল ওইববু,
নচা ঐহাক লৈববু।
পাঙ্গল ময়েং তারবা,
অরা মৈশা লাংলবা।
লালগী লালওং য়েংজগে,
মৈতৈ লৈবাক ঙাকচগে।
নোংমা শোয়রোই লুপকনি,
ক্ষেত্রি মচা ঐহাক্তি।
অকন অথৌ পোকপীনি,
থৌনা লৈবী পলেমনি।"
লালগী বিদায় পীখবে,
মিংকী পিনা চোংখরে।
ঈমাই পারী সুংশিবা,
থম্মোই মণি চাউদ্রিবা।
জয়গী ফিরাল পায়দুনা,
লাইবু নিংগে ঈমানা।
মফম সিদা ঙাইরমগে,
পারী নংবু ওক্লমগে।
শঙ্গোই নমাই লৈগনু,
মিংচৎ থীহল্লমগনু।
লাইনিং পরে চেৎলমগে,
ঈমা রানা খাঙলমগে।"

য়াইস্কুল লাকপা লেগুখরে
লংথবালদি য়োৌখরে
শঙ্গোই পোকপী মমানা
হন্না হন্না তেংথাজে
"শঙ্গোই সনা চংখরে
লালগী মাইকৈ পাংখরে
পারী নংবু খনবদা
শঙ্গোই নংগী রাখন্দা
মুংথিল লেম্না নাচোম্বু
লৈরাং লৈনম ফংবদা
তাংলো লৈনা থেংবদা
পারী নংবু য়েংজেদো
অনৌবনা নশারুক
ফজবনা নহাকী
নোংমৈ গুলী মরক্তা
শঙ্গিনগীদি চীন্জোন্দা
পারী নংবু উদনা
নংগী কাইনা মৈচাকসে
হাদ বিধি বিধাতা
অরাবগী পোৎলুমসে
শঙ্গোই পোকপী মমানা
মচা কৌনা কপচেদো

শঙ্গোই সনা লোইননা,
শিংজমৈবু তুংগইনা।
মালেম লৈদা গন্দুনা,
মচা শঙ্গোই কৌহুনা।
ঈমাই পারী চাউথ্রিবা,
অঙাং মতম গইরিবা।
ঈমাই থম্মোই কায়রেদো,
নমা ঐদি ঙাওরেদো।
মোলাং খাদা থম্বগুম,
অহিং কোঙ্গনা থিবগুম।
মৈরা চাউনা পায়হনা,
লাইবক থিবী নমানা।
লৈরাং জাতি মাগুবা,
থানিল থাজ ঙমজবা।
পারী করম খাঙগেগে,
নঙবু করম চঙগেগে?
হিংঙমদবী নমানি,
ঐদি করম খাঙগনি।
নোংদম থিনা তম্মিদা,
রানা খাঙউ হায়রিদা।"
শোরোক তিংথৌ ফোঙ্গহনা,
খুদাং পিকম ভৈহনা।

য়াইস্কুল লাকপা অথৌবা
লিলোং তম্না য়ৌতুনা
তাম্না ছিংগী মওংনি
হাওখ লমদম য়ৌবদা
লুপা কোন্দা ত্তন্নম্মি
থৌবাল তোমজিং য়ৌবদা
তোমজিং চীংদা লৈরম্মি
অকন অথৌ ব্রাতানৈ
খোংনাও তোঙ্দ্রা ইংখান্দা
থেঙ্গুজাম্বা কৌতুনা
আয়া পুরেল মেঙ্গোর
য়েখোইবদি মেঙ্গোর
য়াইস্কুল লাকপা য়েংতুনা
থেংনরিবা লালওংদো
"মীগী খুৎলাই ফবনি
মরম সিনা সনখ্যা
য়াইস্কুল লাকপা সনখ্যা
থৌনা লৈবা অথৌবা
মৈতৈ ঐখোই লাম্মীনা
ইচন ঙাগুম থংলগা
রাহৈ অসি হায়দুনা
মাঙৈকৈ মরি কোঙ্গইদুনা

লংথবান্দি তুংওইনৈ,
রাইথৌ লমদম মাঙওইনৈ।
কাওরেল পাবোং লাকুম্মি,
শোরারেনবু খুরুম্মি।
সনা কোন্দা ত্তন্নম্মি,
লাম্মীশিংনা ওক্লম্মি।
নারেংবদি পোইলানা,
লালগী লাম্বোং শীন্দুনা।
মৈতৈ লাম্বল শাথরে,
লাইরন তিন্নম য়েংথরে।
অওম্বগা ব্রাতানৈ,
নাপ চিক্লা রাঙাংনৈ।
মেঙ্গোরশিংনা হায়রকই,
মহে মহে তম্লকই।
ঐখোয়গীদি ফত্তেদো,
লাম্বোং শিনবা লুরেদো।
ময়াম য়েংনা হায়রকই,
লালওং অমা পুথোকই।
মায়কৈ থুংনা কোয়রসি,
খুৎথেংননা য়াম্নসি।
নাকপাক তানা পুনরে,
লানগী লাম্বোং শিন্নরে।

কনবা লানবু থেংনরে
নোংমৈ গুলী মপৈনা
বিনোদ যাত্রা পুগ্রম্বা
মলেছ সিফাই হাংতোকই
ঐখোই নোংমৈ গুলীনা
মীনা কাপ্পা নোংমৈনা
মৈতৈ তেঙ্গোল তমজনা
চেক্লা চোইনা পাইগুম্না
মতৌ অসি উবদা
মৈতৈ লাম্মী কৌজনা
"লৈবাক প্রজা চেনগনু
মৈতৈ চেনবা উরগা
য়াইস্কুল লাকপা অথোবা
অসুম হায়না থনখবে
খুংস্নু থাংদি চেৎপায়না
য়েংথাং ওইথাং পায়জনা
পাম্বা শাথোক ফবনা
য়েরু তাম্না হাংলকই
ওইদা লৈবা য়েংন কক
রাংনা লৈবা চোংন কক
সরকার লাম্মী কায়নরে
নোংমৈ মচাক হান্দুনা

কবোক পোককুম কাপ্লবে,
নোংলিককুম্না চুখরে।
মার্টিন থিংকাপ কাপশিল্লি,
মৈতৈ লাম্মী ফুজিল্লি।
মীগী লাম্বল য়োদেদো,
ঐখোই লাম্বল য়োইদো।
সরকার বমদ্যার কাপ্লকখি,
মৈতৈ লাম্মী কায়রকই।
য়াইস্কুল লাকপা লাউরকই,
রাহৈ অসুম হায়রকই।
মীনা পাঙদে হায়খিনি,
য়েরুবনা নোকখিনি।"
হকথেংননা য়াম্লগে,
য়েরু তুম্না হাংলগে।
কুপ্পা তুংয়েপ্পখরে,
য়েক্লা মাইকৈ তমখরে।
কাণ্ডেল যণবু তানগুমই,
পাম্বা চেগপ চোংগুমই।
য়েংতা লৈবা ওইন কক,
লাপ্পা লৈবা তাম্না কক্।
মলেছ সিফাই চেম্নরে,
সরকার তম্না কাপখরে।

যাইস্কুল লাকপা অথোবা
মলেছ পন্নুং চঙখবে,
শঙ্গোই সনা নত্তনা
মৈতৈ পুম্বা কায়খরে।
নহা ওইবা সনানা
মপাবুংগী তুংইঙ্গে,
যেরু কয়া হাত্নুনা
পম্বোগীদি থোগঙ্গে।
শরেপ ফাদ নোংশানা
মপী তুংইন চংপগুম,
ঙবাং পোকপা পাম্বনা
চোংনা শবাক তম্বগুম।
শামু লমশা মচানা
নোম্না নোম্না চংপগুম,
নোইনা চংপা খোঙথাংনা
মপী মতুং ইনবগুম।
চুঙ্গোই থায়েপ্নদুনা
মলেছ পনন্নুং চংলকপা,
থাংগী নো থাং কুপতুনা
য়েরুববু হাংলকপা।
ওইদা পায়বা চুঙ্গোইনা
গুলী খংখং খত্তোকই,
য়েংতা পায়বা থাংলেন্না
থবং থবং করুকই।
মতৌ অসি উবদা
মলেছ পুম্বা ঙরুখি,
মীর লাইর করিনো
গুলী চঙদে হায়নখি।
শামু লমশা মরক্তা
চরাম্নবা নোংশাগুম,
শজি শঙাই মবক্তা
পাম্বা শাথোক ফবগুম।
মলেছ লাম্মী অপুম্বা
খুংকী নোংমৈ থাদোকখি,
নাকনগীদি থাংশাংনা
মৈতৈ তন্না য়ানশিনখি।
মপা মচা অনিদা
মলেছ চয়োম শাবনি,
য়েরুবনা কোঙ্গপ্রবা
অথোবদি অনিনি।
ওইদা পায়বা চুঙ্গোইনা
থাংগী থাংয়ান ঙাকথোকই,
য়েত্তা পায়বা থাংলেন্না
য়েরু মোংকম ওইয়কই।

সাহেব অহুম হাত্তোকই
মলেছগী লুচিংবা
য়েক্লবব্ হাংপদা
মলেছব্ ককপদা
পামেল উগী উখাদা
রাংলেন মীকপ অমতং
য়েক্ল লাঙ্গোই চনথ্রবা
য়াইস্কুল লাকপা অথোবা
"পাবী 'বুভো মুংশিবা
শঙ্গোই নংসু চেল্লোনা
ঈপা মাইবু লৈরবোই
ঐগী থব্রাই লৈরিমখে
ঐদি ঙসি হিংলবোই
নুপা থোকপা লানফমদা
পারী নংদি হল্লোকো
নমা শিজই মকাদা
মপাই রাহৈ তাবদা
কোলোই পাওমেঞ্জরকই
"হাদ পম্বৌ মুংশিবা
পম্বৌ থোগল থাররোই
ঐসু ক্ষেত্রি মচানি
ঐসু মৈতৈ ঙইবনা

অরেম্বনা চেনখরে,
গ্রান্টসু থাংনা শোকখরে।
শঙ্গোই সনা চোকখরে,
যাইস্কুল লাকপা রাখবে।
মকম থুপ্পা ফমথজে,
মপা মচা পোত্থাজে।
মচা য়েংনা হায়রকই,
কোল্লোই মপাও মেল্লকই।
মৈতৈ পুম্বা চেনখরে,
নপা নতোন কায়খরে।
সনাতনদি ফংলগে,
য়েক্লবব্ হাংলগে।
অবোইবদি মুমিংনি,
ঐহাক শোয়রোই শিগনি।
ইষুম মায়কৈ পাংঙানে,
ঈপাই কোলোই তম্মুনে।"
থুম্রকইদো শঙ্গোইনা,
নোল্লুকপদি রাহৈনা।
নচা ঐসু হল্লরোই,
লান্দা মায়বু লৈররোই।
ক্ষেত্রি ধর্মবু পামজেদো,
মায়বু লৈবা ঙম্লোইদা।

শিরবস্নু শিজগে
চেনবতদি ঙমজরোই
নোংদম খোম্না কনবনা
পম্বৌ হৈনা তুংইনগে
হল্লো ৱাহৈনা হায়বিন্নু
থৌগল লাকপা নচানি
য়েকুবনা কোয়থরে
মলেছ লাঙ্গোই চনথরে
পারী ন বু হল্লোনে
ঙহাক পুঙ্গোই থীনবদা
ঐদি অহল ওইবনি
পাবী নংদি অঙা্নি
নপা ঐগী খনগন্নু
নংগীদমক ৱাহৌবী
মালেম লৈমা তিম্ভোক্না
চোংন ফন্না খাঙবগুম
মিংস্না থম্বাল ইরা হৌ
পারী বুঙো নিংশিংউ
নপা ঐনা চংলবা
লাইবক চাওবী নমাদি
পারী নংবু কৌহৌবী
কাউরবরা শঙ্গোইঙ

অৱা কোঙ্গোই খাঙজগে,
পাবুং নাক্কা লৈজগে।
লাইরৈবাকপু পাংলস্নু,
লাইবক থীবা নচাস্নু।
চেল্লো অমুক তাকপিন্নু,
পাবু থাওদি হায়বিন্নু।
নো মৈ কবোক পোক্লক্লে,
গুলী নোংলিক ওইরক্লে।
ঙসি হিংবা ঙম্লরোই,
পারী হনবা য়াৱরোই।
শিবা মতম চারবা,
তুংগী আশা লৈরিবা।
নমা শিজ নিংশিংউ,
পলেম নমা কাউগন্নু।
লাংবল নুংশা খাঙওমদা,
চাক্ল মালেম লৈমাইদা।
শোরোক তিংথৌ ফোইতুনা,
কপহৌবদো নমানা।
শঙ্গোই নংস্নু ইল্লবা,
কনা য়েংনা হিংগবা।
খুদাং পিকম তৈহৌবী,
নঙুংলাংগী ৱাহৌবী।

মত্তৌ অস্নুম তৌহ্নুনা মপা মচা পাওমেন্নে,
ন্নাংলেন মিংকুপ অমতং মহৈ মহৈ পোথানে।
মতম তাঙ্গা অসিদা সরকার সিফাই লাকইদো,
শগোল থক্তা তোংত্নুনা লাঙ্গাবদি চৎলকই।
"শঙ্গোই সনা উবরা মলেছ সিফাই লাকইবা,
নোংমৈ মচাক হাল্লকউ সাহেব অসি হাৎনবা।"
মচাক চল্লি মচানা থিংকাপ কাপই পন্থোনা,
য়াঙ্গোই শগোল লোইননা লৈদ তাথি সাহেবনা।
পারী শঙ্গোই মুংশিবা সাহেব অসি তুথবে,
মলেম লৈদা তাহ্নুনা য়াইবী থরাই মাঙথরে।
মলেছ খুৎলাই ফবনি ইপা তম্না লৌকগে,
সরকার গুলী য়াওরিনি ঐহাক থুনা য়েংলুগে।
সাহেব শিরে খনবনা খুৎলাই লৌগে চঙলুবা,
সরকার খুৎলাই অফবা অথৌবনা পামলুবা।
নোংমৈ গুলী কাপখিবা শগোলতদা পাল্লম্মি,
তুথখিবা সাহেবনা শিশিন্নুনা লৈরম্মী।
খুৎলাই লৌগে চঙলুবা পিস্তোল থিংকাপ কাপ্লক্লে,
য়াইস্কুল লাকপা অথৌবা মালেম লৈদা তুরক্লে।
শরক তাঙ্গা অসিদা সাহেব হৌনা চেনখরে,
শঙ্গোই সনা মচানা মপাবুংবু কোনখরে।
"পাবী 'বুঙো মুংশিবা ইপাই মতম ওইরক্লে,
ঙসি কোরৌ মুম্বিত্তা পুন্সি মুমিং তারক্লে।

তাইবং মালং ময়ক্রে
হকচাং পোনবু থাদ্রনা
পারী 'বুঙো চংলোনে
ঈপাই কোলোই তম্মুরো
কাইনা মৈশা লাংলবী
নমা শিজ লুনা তৌ
থবাক খুতুম গুড়না
অঙাওবীগুম তেংথানি
নমাই পিরাং তৈথোক্না
লৈশি লৈথোন ব্লাহৈনা
শল্লাং চোজাইনড়না
নাওকাইরবা যনবীগুম
নমাই খুদাং পায়দুনা
ব্লাহৈ অসি হায়দুনা
নোংমা পোকপা মচানা
মীওই পোক্কী পুন্সিদা
লেপ্পাইদবা হকচাংনি
পল্লেপফমদি লৈতবা
পোক্লবদি শিগনি
চক্রুগীদি মতৌগুম
অমনবদি চরৈবু
অহনবদি ফিজোনবু

নোংদোন মাইকৈ ভাল্লক্রে,
থব্লাই চেক্লা পাইরক্রে।
মৈতৈ নিংথৌ মকাদা,
নমা শিজই মকমদা।
অরা পোংলুম পুরবী,
ঐখোইদমক ব্লারবী।
খুদাং পিকম তৈড়না,
নংবু পোকপী নমানা।
পারী নংনা থেনজিল্লু,
পলেম নমা খামজিল্লু।
অঙাওবীগুম চেল্লকপা,
নোংনা খোংগুম কপ্পকপা।
পারী নংনা খামজিল্লু,
পলেম নমা থেমজিল্লু।
নিনি চংনা শিদেদো,
শিবই লম্মল তোল্লিদো।
শিনাইদবা থব্লাইনি,
মীওইবগী তাইবংনি।
শিরবদি পোক্কনি,
লৈনা লৈনা লৈবনি।
মীওইবনা থাদোকই,
তাইবং পাম্না লৌরকই।

পোম্না মনবা উবদা
হকচাং পোলাং মনবদি
ঈনা তোংনা শাবনি
লেপ্লাইদবা হকচাংবু
অকনবসু চৎখিদো
কালগী থৌরী থুংবগা
ভীমনা কয়া হৌখরে
শর-শয্যা য়াহিপ্পা
লাইরবসু শিগনি
লেপ্লাইদবা তাইবংদা
ঙরাং করি ওইখিবা
হয়েং করি ওইগনি
ঐনা তৌবা থবক্কী
নংনা তৌবা থবক্না
পারী শঙ্গোই খুংশিবা
থবক্কীদি থবক তৌ
থবক লৌশিং লোইননা
মপুই খুয়া কাউগনু
থবক্কীদি লানশংদা
মখোয়তুগী মিংচৎনি
তাইবং পামেল অচৌবা
পানেল মাগী মরুনা

পোম্বী তম্না পাইখিদো,
থরাই চেক্না পাইখিদো।
অরেম্বদি হকচাংনি,
মিহৌবদি লানবনি।
অথৌবসু হনখিদো,
কনা পনবা য়াদেদো।
অর্জুন কয়া তুখরে,
ভীষ্ম বীর হনখরে।
মুংঙাইবসু মাঙগনি,
অরেম্পদি মিংচংনি।
ঙসি করি ওইরিবা,
নোংদম্বনা লেপথ্রবা।
মহৈ ঐনা চাবনি,
নংবু হন্না পুনবনি।
মহয়-দমক নোমগনু,
করি ফংনি মিপাইনু।
নোল্লুকপসু মরুনি,
তাইবং থবক লানশংনি।
লানঙম ফিরাল পায়রম্বা,
তাইবং পান্না শক্লিবা।
মশা মঙা লোঙবনি,
কোরৌ থক্তা ঙানবনি।

উপালতুগী উশানা
মৈনা আকাশ লোয়নবা
হাদ পারী মুংশিবা
লাইজ ঈশিং পুরকউ
তাইবং কৈথেল খমখরে
ঈপাইবুঙো মুংশিবা
মালেম পামেল ফৈরাদা
পুন্সি কোরৌ তাবদা
অমা হাম্না হনগনি
অহান অকোন নাইবনি
অসি রাহৈ হায়রূনা
মনা লৈবাক নিংশিংনা
শঙ্গোই সনা মচানা
মিংকী পিদি মরিক্লা
"হাদ পম্বৌ, মুংশিবা
নচা থৌগল তৌজগে
বৈতরণী তোর্ব্বান্দা
লানঙমদবা ঈপাক্তা
ঙাইবিরম্মু নচাবু
পাঙ্গল ময়েং তারবা
রাহৈ অসি হায়রূনা
পম্বৌ মাগী হকচাংদা

লৈবাক-ঈশিং-মুংশিংনি,
মশা মঙা তিনবনি।
ঈপা খাঙবা ঙমদরে,
শমা ও চরম কংখরে।
পুন্সি কোরৌ তাখরে,
পনবা মতম নত্তরে।
তাইবং চেক্লা তোংবনি,
চেক্লা চোইনা পাইবনি।
কনা কোম্না চংকনি,
মাঙবু তুংবু খায়বনি।"
শ্রীগোবিন্দ শোনখরে,
পুন্সি তুমখুন তানখরে।
পম্বৌ মপা কোনখরে,
শমু হকচাং থিকখরে।
নচা থ্রবু ঙাইরমখো,
মিংকুপ 'মতং লৈবিখো।
শমলাং 'মনা থোংবু ওই,
শমলাং নাম পাম্বে ওই।
পম্বৌ থৌগল তৌজগে,
শমু নমদা পোজগে।
কোক্কী কোয়েং লৌথোকই,
য়াদি ভন্না কুপ্লকই।

খুত্রা থাংলেন,পায়খৱে য়েরু মাইকৈ পাংখরে,
চরায়বা পাম্বগুম চোংনা ফম্না তাম্লবে।
থবাক মকা লাম্বনি খ্বাংনা চেংতক ভাবনি,
পাম্বোম মাগী নিংখিবা থম্বৌ হেবা মানবনি।
পোম্বোম্নবা মোদোনৈ খুবোম মাগী মানবনি।
ফৈবোম মতা ফবনা শামু নাতোন মানবনি।
খুংতা পায়বা থাংলেন্না চংবী লাবাক মানবনি,
ওইগী চুঙ্গোই থায়েপা পাঙ্গা চৈগপ চোংবনি।
সপ্তরথী মরক্তা অভিমন্যু মতৌগুম,
কৈবল মুংদা লৈরবা চবায়বা পাম্বগুম।
চরায়বা নোংশানা শজী শঙাই তানগুমই,
লৈনা লৈনা য়েংচুনা য়েরুববু তাম্লকই।
থাংগী নোংথাং শাত্নুনা লৈনা লৈনা ককলকই,
মপা হাংপা মলেছ কোঙনা কোঙনা থিরকই
য়েরুবগী গুলীনা থম্মোইমু দা পানখবে,
ওইগী চুঙ্গোই থাদোকই গুলী মথুল মেনখরে।
ভুরোই ঙাম্নোই হোংচিল্লি য়েরো ভম্না ফুজিল্লি,
খুংসু থাংদি চেংপায়না য়েরুবদা ফুজিল্লি।
মপা হাংপা য়েরুবা মালেম লৈদা তাখরে,
শঙ্গোই সনা অঙাংনা মপাই লম্মল খুমখরে।
পঙ্গৌ লম্মল খুম্বগা শঙ্গোই লোংনা তাখরে,
মৈতৈ নিংতম,লানফমদা পুঙ্সি তুমখুল কানখরে।

সবকার লাম্মী পুন্নমক
মলেছ সিফাই ময়াম্মা
শঙ্গোই সনা চংখবে
নোঙাল্লমদাই শক্তিকম
অহিং শাংপী শীঙ্গারে
অযুক মালং ঈপোমদা
কল্লকইদা অথোবা
পুন্সি অযুক অঙনবা
মৈতৈ নিংতম লানকমদা
মৈতৈ লৈমই খুয়াদা
লাইবক ফৈদা অথোবা
মৈতৈ লৈমই খোম্লাংনা
মৈতৈ লৈমা নমানা
হিক্লা হিক্লা কপ্লিবা
রাগী দোলাই শাহ্নুনা
য়াইস্কুল লাকপা পুরকখি
বঝাই বেঙ্গল মাংদা থা
মরান য়াইদা পুরকখি
বঝাই খোঞ্জেল তাবদা
মৈতৈ প্রজা অপুন্বা
সনা শোরোক কাঙপ লেপ
মৈতৈ পুন্বা তেংথাব্রি

অঙাং থৌই থাগৎলৈ
মৈতৈ লাইনি কল্লক্লে।
মৈতৈ নহা অথোবা,
ভাইহাক পুক্লোই ভাল্লব্বা।
নোংঙানবগা কেনখিবা,
মালেম লৈদা তাখিবা।
লৈবাং মাগুন মাঙল্লিবা,
পোমশাংননা কেল্লিবা।
পম্লৌ হৈনা তুংইনবা,
থৱাই লৈবাং কংলিবা।
পালেম লম্মল শিংজবা,
পাবী নংনি চাউজবা।
নংগী কাইনা মৈচাক্লা,
খুদাং পিফম তৈদ্রুনা।
ফিজং লৈনা হাপ্পুনা,
মচা শঙ্গোই লোইননা।
থৌগল লাঙ্গল তুংইম্মা,
তোমজিংগীদি লাম্মীনা।
মৈতৈ পুন্বা হংনজ্জে,
থোঙ্গাল ফুন্না য়েংনজ্জে।
পরিং শেম্বাং তোংবগুম,
খুদাং পিফম তৈদ্রুনা।

প্রজাশিংগী মফমদা
অকনবগী মপাউদো
"দোলাই থক্তা চেপ্লিবা
যাইস্কুল লাকপা সনখ্যা
তুংনা থংবা দোলাইদা
পান্থৌ হৈনা তুংইন্না
লাওগন্নুদা প্রজাশা
নিনবা খোংবা তৌগন্নু
যেক্ল মাযোক যাবদা
লালগী মৈশা লাংবনা
খোঞ্জেল থোক্লা কপকন্নু
মিংকী পিত্থ তৈথোকউ
অকনবদি তেংথাদে
মৈতৈ অকন অথৌদি
শোবোক কাগুপ লেপ্লিবা
তেংথাবিদো প্রজাশিং
মিংকী পিদি মরিক্লা
কপ্পগীদি খোঞ্জেলনা
মুংশিদকো সনখ্যা
খল্লুবদা কাউওমদে
মচা মনাই কোনবিবা
চেংলৌ শক্তম ফজবা

লাম্নীশিংনা পাও তমজে,
মৈতৈশিংদা নিংশিংজৈ।
ফিজং লৈনা শম্লিবা,
পুন্সি তুমখুল তাম্লিবা।
মজাইবুঙো চেপ্লিদো,
তাইবং লম্নী থাবিদো।
অকনবনা শাউগনি,
থৌবা চেপ্পা কাযগনি।
পাঙ্গল মযেং তাবনি,
ভাইহাক পোথাবতনি।
অকনবনা হাবৌনি,
অথৌবনা নোকখিনি।
অথৌবদি কপ্পদে,
পিনা বিদায তৌনদে।"
মৈতৈ প্রজা অপুম্বা,
লালগী লানবাউ হংলিবা।
ফিজি পুম্বা চোংখবে,
কোবৌ নোংদোন নিনখবে।
হাখল লৌশিং চাউবও,
পাইমা লিংজেল ফবও।
লৈবাক প্রজা কনবিবা,
হাঙাং হাতা মুংশিবা।

লেংঙো মৈতৈ অথৌবা
তাইবং লম্বী মন্নিবা
মৈতৈ ইপা ইপুগী
মৈতৈ অকন অথোগী
পালেম গুইবীশিংডুনা
শঙ্গোই সনা কৌডুনা
"পারী শঙ্গোই মুংশিবা
তাইবং লম্বী থাডুনা
পোমশাংনবা লৈরাংগুম
লানগী থাম্বী মৈরক্তা
উররোইদো ইবুঙো
অমং য়াইথোং কুমডুনা
পারী নংগী খনবদা
নশুং লাংগী রাবদা
শঙ্গোই নংগীদমক্তা
নংবু পোকপী পালেম্না
অস্তুম হায়না তেংথানৈ
শঙ্গোই মাবু থাগংনৈ
লানগী লানবাউ তাবদা
রাম্ভডুনা তাখরে
কোক্কী শয়াং চোইডাইনা
খুদাং পিকম তৈডুনা
লাইরৈবাক্তি পাংডুনা,
কোরৌ নোংদোন ঙান্দুনা।
মগুণ নংনা ঙাক্লিবা,
মিংচৎ নংনা কল্লিবা।"
খোঙ্গেল থোক্লা তেংথাজে,
পিনা ফিজি চোংনজে।
ঙরাং নোক্লা চংখিবা,
ঙসি কৈদা চংলিবা।
পারী নংনি তনৌবা,
করি খন্না চঙলুবা।
শঙ্গোই সনা অথৌবা,
তাইবং লম্বী থারিবা।
নিংদোন পোম্মি ঐখোয়দি,
থম্মোই কায়দা পলেমদি।
লৈবাক পুম্বা রারিবা,
করি মতৌ ওইগবা।
মৈতৈ ইমা ইবেম্মা,
ইপা ইপল পুম্বনা।
শঙ্গোই পোকপী মনানা,
বজ্র কোটি তাগুম্মা।
অঙাওবীগুম ওইখরে,
ওম্মা থোইনা কপখরে।

বঝাই খোঙ্গেল তাবদা
খুবাক লাইখল তাহ্নুনা
মচা শঙ্গোই কৌহুনা
মপুরোইবা কৌহুনা
মৈত্তে চম্নু ইমাও
লাইবক চাওবী পলেমও
নচা শঙ্গোই লোইননা
অমা পুবা ঙমদবা
শঙ্গোই পোকপী মমানা
থবাক খুতুম শুহুনা
অভিমন্যু তুবদা
হন্না হন্না কপ্পকই
"ইমাই শঙ্গোই চাউদবা
করি থোক্লে হৌজিক্কি
নপাবুংস্নু লেঙথ্রবা
লাইবক থিবী নমাদি
মিত্তাংবগী চৈশুগুম
অমম্বদা মৈরানি
হৌখিবনা শাংলবী
লাইবক থিবী ননানি
ইমাই শঙ্গোই হায়য়ুনে
লাইবক চাউবী পনাবু

খরাই থোঙ্গাল য়োৎখরে,
চিংনা চিংনা য়েংখরে।
নোংমা খোংগুম কপ্লক্লে,
ওন্না থোইনা থাওলক্লে।
পলেম নংগী অরাবা,
করম শিংথারশিবা।
নপুরোইবা কায়নরে,
পোংলুম অনি পুল্লরে।
হিক্লা হিক্লা কপইদো,
তোঙ্গনা তোঙ্গনা তেংথাইদো
সুভদ্রানা তেংথাগুম,
নাওগাইরবী মণবীগুম।
এনা খান্বা য়াদবা,
থম্মোই মণি সুংশিবা।
পারী নংস্নু ইনথ্রবা,
কনা য়েংনা হিংগবা।
ইমাই পারী নহাক্কি,
থম্মোই মুংগী মণিনি।
পুন্সি লমদাং তেল্লবী,
কনা য়েংবা উদ্রবী।
এবু করম হিংউগে,
করম ইদোম থনমগে?

খমনুং কৈকোই লৌওনবী
তাওজিং হৈরাং পাবব
শাঙেল লৈরাং পাইরকপা
চিল্লুবরা ইবুংঙো
রাহৈ অসি হায়দুনা
অশিবগী পাংখক ওই
ঙাইহাক রান্তরুবনা
তাইবং মিকপ থোকপদা
অঙাওবীগুম চেল্লকই
কোক্কী শমলাং ফোইদুনা
"মপাবুংদি ইবুংঙো
ইচা শঙ্গোই চাউদবা
পারী মদোম পোকপবু
মমা ওইবী ঐহাক্কী
থাজ তরা নাউপুবা
ফৈরা থক্তা পমদুনা
থম্মোই মণি মাঙখরে
আশা থাওমৈ মুৎখরে
হাদ বিধি নোংদম্বা
খাঙঙমদবা অরাবা
অরাবগী মপোকসে
খাংঙমদবা অরাবা

পালেম শাশিন্নদুনা,
চাক্করব্রা নহাক্না ?
কৈকোই লৌনম ভোত্নুনা,
লৌনম লাংদা থুদুনা।
রান্তদুনা তাখরে,
রাখল লৌশিং মাঙখরে।
অরাববু কাউথোকই,
খাম্বী মৈগুম চাক্লকই।
রান্ত রান্ত তারকই,
থবাক খুদুম শুরকই।
কবি মতৌ কৌবগে,
কবি লান্দা পুবগে।
হৈনা নতুং ইল্লেদো,
শরুক কবি থুংদ্রেদো।
শমু নমদা পোজবা,
ঐনা খোয়াং ইঙ্গবা।
নোংদম্বনা মুনখরে,
পুক্নিং লৈরাং কেনখরে
ঐবু করি শেম্বিবা,
করি মুংগী পীবিবা।
ফংদবনা ফরম্মি,
উদবম্বু য়ারম্মি।

মুংশি খণ্ডদ নোংদম্বা
অস্তুক রানা তম্লম্বা
লুপ্রাশিংদা চলহনবা
অমা খাওবা রাববা
মপোক লাংলোন করাগী
থম্মোই কায়না চাক্লিবা
শঙ্গোই ইচা থরাইনি
ইকাইদ্রবা থরাইনা
থরাই পোম্বী পাইশ্রগা
থরাই ইচা মাওপ্রগা
কান্নদ্রবা হকচাং পোন
অবেম্বদি পুন্সিসে
হিংবই মহে য়াম্রবা
পোকপই মহে লৈত্রবা
রাখৈদ্রিখৈ মৈতান্না
কাইনবগী মৈরিসে
পারী ইবুঙো মুংশিবা
করম হায়না খাঙসিবা
ঐস্থু ঙসি শিরনি
তাইবং খাম্বী মৈরক্তা
ইপুরোইবই তুংইনগে
লাইরৈবাকী লম্বীদা

পাঙ্গল শোনবী ঐভোন্দা,
মীওই পোক্কী পুন্সিদা।
পাবী ইচা কাইনবা,
পোৎলুম অনি পীবিবা।
পাপকী মপে পুথুনা,
অরা মৈশা লাংথুনা।
পাবী মানা লৈত্রবা,
হৌজিক ফাওবা লৈরিবা।
পোন্না হাংনা লৈহৌই,
হকচা পোন্দা লেমহৌই।
খাম্বী মৈনা চাকসন্থু,
ঙসি মাওবা ওইসন্থু।
কান্নদবা পুন্সিনি,
অবেম্বদি মপোকনি।
মৈচাক অসি কোক্লবোই,
শিদ্রিমখৈ মুংলবোই।
কপ্পতনা পাঙ্গল ওই,
কৌবতনা পাম্বৈ ওই।
অমুক হিংবা পামদবে,
কুইনা লৈগে নিংদরে।
পাবী শঙ্গোই লোইনগে,
তুংথ মাংথ চৎলগে।

সতী ধর্ম্ম ঙাক্তনা
চীতাগীদি মৈরক্তা
থবাই চেক্লা পাইপ্রগা
কৃফাং চন্না শেম্বিযু
ইপুবোইবা লোইননা
ইচা শংলাই লোইননা
পাবী ইচা মাঙদা থা
এখোয অনি ভুংদা থং
লৈচিল খোঙনেংনভনা
খুং শন্নবা চংচগে
মপোক লাংলোন কয়াদা
যুগনা খুদিং লোইনবা
মপোক মপোক খুদিংদা
লাংলোন কয়া কযাদা
খোংঙাকনিদি অশিথেন
ঙাইবিবন্মু ইবুঙো
পাবী শজোই সুংশিবা
পাঙ্গল শোনবী নমানি
তাইবং ঈপাক ব্রাংমদা
ইদোম কবম চংকনি
বৈতরণী তুরেন্দা
শমলাং নাম পান্নে এই

মুপী থৌদাং য়েংলগে,
এম্ব ঙসি চঙলগে।
হৈগী হকচাং পোন অসে,
কান্নদ্রবা হকচাংসে।
চীতা থক্তা থগীযু,
খাম্বী মৈনা চুবিযু।
কোবৌ নোংদোন তমজগে,
স্বর্গ লমদম পাংজগে।
লাইবৈবাক্তি পাংবদা,
মপোক লাংলোন অমদা।
ভংনদ্রবা লৈপুন্নি,
থাবোযদবা এহাক্তি।
'কনবই মনাই ওইজগে,
'থৌবই মমা ওইজগে।
মকোই মু ওন চীংহুদা,
খাইনচিংগী লমদমদা।
নমা এবু ঙাইবমখো,
ঙাইহাক পুন্নোই লৈবমখো
যাংদৌ লম্বী লমশাংদা,
অহল মতম ওইবদা।
শমলাং 'মনা থোং ওইবা,
ইদোম কবম লামসিকা।

পারী বুড়ো ভাইখোনে খুংশম্লনা চংসিনে,
লাইরৈবাক্কী লমশাংদা নমা ঐবু থাম্লুনে।
য়াংদো লমশাং চংপদা শোর মপী হোল্লবা,
শমু নমদা পোত্নুনা নমা ঐবু পুগবা।
নীত্তি মুমিং খুদিংগী তরা মচা তিল্লুবা,
খরাই থোঙ্গাল য়োৌবদা ইমা হায়না কৌজবা।
ঙসি ঈমা কৌদরে ঐনা কৌবা খুমদরে,
থোঙগী নাতৈ কাঙবদা তরা মথেল হংদরে।
ঈমাই বুড়ো মুংশিবা তরা মথেল লাঙলেনা,
তরা চাকপূ চাত্নুনা ঈমা হায়না কৌরোনা।
য়ারা খোনফম মুংশিবা ঈমা হায়না কৌবদো,
ঈমাই শঙ্গোই তাহল্লু অথুম্বদি রাহৈদো।
লৈবাক লৈমা মোইথেম ওই লেমলৈ ভাবু মীনম্বা,
লালওং য়েংগে হায়শিন্না নমা ঐবু লৌনম্বা।
করি থোক্লে হৌজিক্তি য়েক্না লাল্লক চঙলূবা,
পোম্না কেনবা লৈরাংগুম ঈমাই বুড়ো মাঙলিবা
শঙ্গোই পোকপী মমাবু ময়াম চঙনা থেমজিল্লি,
অমেঙবদি রাহৈনা হন্না হন্না খামজিল্লি।
"মমা শিজ্জ ইবেম্মা করি তেংথা নাওইগে,
লাইবক ফবী নহাক্কি করম অত্তুক রাবগে ?
অকননদা ওংবীনি অথৌববু পোকপীনি,
মৈতৈ চম্নু নহাক্কি ঐখোই লেমজনফমনি।

ক্ষেত্রি মচা ওইবনা
লাইবক ফবা ওইবনা
অকনবগী মমানা
অথৌবগী মুপীনা
মীওইপোক্কী পুন্সিদা
লেপ্পাইদবা তাইবংদা
মাঙনা তুংবু নাইবনি
অশিবগী লম্বীদা
তাইবং চেংজেল লোইত্তনা
লৈহৌরিবা ঐখোযনা
রাকুবগী কান্নদে
খঙনা খঙনা ঙম্নদে
কপ্পগন্নু ইবেম্মা
ঐখোয় খ্বাইগী ঈমানি
ঐখোই অরা তাবদা
লৌশিং লংলা পূনবদা
মমা শিজ ইবেম্মা
লৌশিং অমুক লাকপদা
"শিব হৌনৈ শিসন্নু
লান্দা থরাই থাবদি
ইপুরোইবা শিখিবা
চহি মতাং চাবনা

লান্দা থরাই থাবনি,
থরাই কংপা কংখনি।
খুদা পিকম তৈনদে,
তে থাবদা লেম্নদে।
শিরোইদবা য়াওবরা,
মাংডোইদবা লৈবরা?
অহান অকোন খায়বনি,
ঐখোয় লোইনা চংকনি।
চংকদবা চংখরে,
অরেম্বদা রানরে।
কপ্পনস্নু তোংজদে,
অরাববু থানদে।
লৌশিং লৈবী নহাক্কি,
কৈরোল লৈকাই য়োকপীনি
নংনা পাম্বে ওইবনি,
নংনা কিশি থোকপনি।"
অমুক থুনা রাম্থখি,
লাউনা খোংনা কপচখি।
রাজ বংশ ওইবনি,
ক্ষেত্রি ঐখোই ধর্ম্মনি।
ঐহাক থোইনা রাকদে,
থোইনা হেন্না খল্লুদে।

খোযুম লাইদি মীনম্বা
মোইথেম তৌমা পুথিবা
থক্ত অমা শাংত্রবা
ঈমাই 'বুঙো লুংশিবা
ল্লাহৈ অসি হায়রুনা
মচা শঙ্গোই কৌরুনা

পাবী শঙ্গোই চাওড্রিবা,
অঙাং নাল্লা ওইবিবা।
খাদা কনা পোমদ্রবা,
পাবী মদোম পোকচবা।'
পিনা ফিজি চোংচখি,
মালেম লৈদা ল্লাম্থখি।

তরুকশুবা পন্দুপ

## প্যাওনাল্লা লাল কুম্বা

আথোকপমগী লানফমদা
যাইস্কুল লাকপই লাঙ্গংদা
মৈতৈশিংবু কিহনা
নিংহন্ননা চেন্দুনা
লাঙথেন্দা লৈদুনা
পাউবু তম্না থাদুনা
মৈতৈ থাংশোই চাখিবা
যাইস্কুল লাকলই লাঙ্গংদা
লাইজ ইল্লোং লাকলাঙম
লাম্মী লিশিং লিপিল্লো

মলেছ মাইথি ফংখবে,
সরকাব তাক্তক শিখবে।
য়েক্ল পুম্বা চেনখবে,
খোংজোম লমদম য়ৌখবে
মতম খরা লানথাওখি,
লাম্মী ইনোং ভাইজখি।
গ্রান্টনা কৌবা কেপ্তেয়িং,
মমাই লৈনা চেমবনি।
মলেছ লাম্মী লাকপনি,
কাংবু ওইনা চম্বনি।

লাঙথেনগী চীংমাইদা
খোংজোমগীদি লমদমদা
রাফম অসি তানখি
মৈতৈ প্রজা মিপাইখি
খাগী লান্দি অকনবা
রাংখৈগীদি মৈরাবা
অরাবগী পাউমিনখোল
য়েরুবগী মাইয়োক্তা
লানগী লানবাউ তাবদা
অঙম অথৌ পুম্বস্ু
দববাব চাউনা তৌদুনা
অঙম অথৌ কৌদুনা
টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ
খুংথেংননা য়াম্নবা
ময়াম্বুংদি নিংথৌনা
লুশিল্লবা কানস্দিা
ময়াম্বুংদি ধর্ম্মবাজ
দুশাসনগী অত্যাচাব
পাণ্ডবকীদি ভীমগুম্না
লানগী লাম্খোং শিন্দুনা
লিক্লাই 'বুঙো মিংথৌনা
মনাও কোইরেং কৌদুনা

লান্থল চাউনা শাবনি,
মলেছ লাম্মী পৈবনি।
সনা কোম্নুং য়োঁদুনা,
লালগী পাউবু তাদুনা।
'থৌবা কয়া তুখরে,
য়াইস্কুল লাকপা শিখরে।
মৈতৈ নাকোং নিনখরে,
মৈতৈ লেপ্পা ঙমদরে।
প্রজা পুম্বা মিপাইরে,
করি তৌসি খল্লরে।
মহৈ মহৈ খন্নখি,
তরা থোক্লা ঙাংনখি।
লান্দা চংকে হায়রুখি,
অকনবনা পামজখি।
সনা য়াথং পীখিদে,
মনাও থাবা ঙমখিদে।
খোঙবী মরাই লুকখিবা,
উনা উনা খাঙখিবা।
রানা খাঙখি টিকেন্দ্র,
লৈখি মৈতৈ বীরেন্দ্র।
সনা য়াথং তাকপিখি,
কোলোই মপাউ মেঙ্গখি।

"লৃশিল্লবা মতমনি
শানৌ 'বুঙো যুববাজ
সনা কোন্নুং লাঙ্গবনি
ঐখোয় খ্বাইগী চংজফম।
শ্রীগোবিন্দ ঙাক্লবা
ইনাও 'বুঙো চংখিন্নু
অঙম অথৌ অপূম্বা
লালগী রাখল খনবদা
'কনবা কনা থাবগা
অখণ্ড অহৈ কনানা
মাঙ্গকৈ ফাংবা লানফমদা
অকন অথৌ কয়ানা
"ইপু থাঙ্গাল মেঙ্গোর
শানৌ 'বুঙো যুববাজ
কা'চুপ চিনচুপ্পত্থনা
হবি মন্দিব কাবনি
রাহৈ অসি তাবদা
শল্লাং তেবা মাল্লবা
"লিক্লাই 'বুঙো নিংথৌবেল
'থৌবা নিপা মহাকপু
লানফম কয়া মাইপাকপা
বোরা চাওবই লানফমদা

মৈতৈ খুদো, থীরবা,
কবম চংলু হায়শিবা।
ঐগীদমক খন্দেদো
শ্রীগোবিন্দ লৈবিদো।
সেবা মতোল লোম্লবা,
থৌগল তৌনা লৈনবা।"
মবাই লৈদা লুক্লবে,
ল‌ংলা লংজিল পুন্নবে।
মৈতৈ পাঙ্গল ওইগবা,
মলেচ্ছ মাইথি পীগবা।
মহৈ মহৈ চংখবে,
লান্দা থরাই কংনবে।
শ্রীগোবিন্দ কমদৌনি,
কবম ধর্ম্ম কনগনি?
খোঙউপ বুটপু তোংত্থনা,
মলেচ্ছগী কাঙবুনা।"
হঙ্গচ্চেদো থাঙ্গালনা,
অহল মতম ওইবনা।
অমতংদি লৈরিদো,
ননাই ঐনা থাজেদো।
রাশক পৈরে চেৎচবা,
কৈশুম শংদা লৈরুবা।

ব্রজবাসী লৈরিদো
ননাই মাবু কৌবিয়ু
লিক্লাই 'বুঙো নিংথৌনা
থাঙ্গাল মেঙ্গোব য়েংতুনা
"রাখল লৈদা মেঙ্গোব
ঐনা পাম্বা রাফমদো
টিকেন্দ্রজিং যুবরাজ
দরবার চোম্না ভিনবদা
"চুম্মি চুম্মি লাইনিংথৌ
ঐখোয় পুম্বা পাম্মিদো
ঙন্না পাউনা থৌরনি
বোবা চাউবই লানফমদা
রাশক পবৈ চেংপনি
লানফম কযা কয়াদা
ঙন্না পাউনা থাবদি
যেক্রুবগী মাইয়োক্তা
রাহৈ অসি হাযতুনা
সনা য়াথং পুতুনা
সনা য়াথং ফংবদা
শ্রীগোবিন্দ খুরুমজ
খুকউ লৈদা তাতুনা
চবণ খাদা হঙ্গচ্চে

পাউনম মচা অথৌবা,
খোংজোম লান্দা থানবা।
চিঙ্গাই মপাও মেল্লকই,
চাংনা লেম্না হাযবকই।
নবৌশিংনা ফম্নাইবা,
নংনা ঙসি হায়বিবা।"
চাংনা লেম্না হাযবকই,
অপাম্বড় ফোংদোকই।
ইপুগীদি রাহৈসে,
হাযবিবিবা রাফমসে।
শাদা লান্দা হৈবনি,
অরা ফমদা তাবনি।
থাংদা তাদা ফবনি,
মাইবু পাকপা মুপানি।
মৈতৈ আশা তৌবা য়াই,
ঐখোয় লেপ্পা ঙম্বা য়াই।"
দোলাইপাবা থাখবে,
ব্রজবাসী কৌখবে।
পাউনা তন্না য়োবকই,
সনা নাক্তা চংলকই।
খুবাং চাংজৌ লোম্বনা,
ঙক্তা চরৈ য়েক্তুনা।

"য়োল্ল কান্দা ভাকপিসি
ফিগাও শানা য়াজবি
পাংদ্রবদি ঐহাক্কি
তোল্লবদি ননাইনি
ইনিংথৌগীদমকতা
শ্রীগোবিন্দই দনত্তা
অসি রাহৈ হায়হুনা
মালেম লৈদা তাখবে
"ইপু পাউনা তাববা
মলেছগী মমাংদা
ইপু লান্দা লেঙবিয়ু
মেঙ্গোর কমথোন কংতুনা
"তবা চমাং চারবা
চাব ফিমাথ লেংলবা
ননাই লান্দা চংচবোই
অতৈ অমা তাকপীয়ু
অসি রাহে হায়ত্তুনা
হঙ্গচ্চৈদে। পাউনানা
পাউনাই রাসি তাবদা
অথৌবনা হায়রকই
"করি রানো অথৌবা
খোইথা লিম্বাংফদে
লাল্ল কান্দ কনবিসি,
সনা য়াথং তাকপিসি।
কবি সেবা ওমগবা,
অবেঙ্দা হিংলবা।
যাইবী থরাই থাজগে,
হকচাং অসি কচ্চগে।"
কো যাং চৈশু ভাগুম্মা,
অথৌবদি পাউনানা।
লাংগী ফিবম ফংত্রদা,
মৈতৈ লম্বা ওমদ্রেদা।
মৈতৈ নি তম ভাকপিয়ু,
ইজাতিবু কংবিয়ু।"
পাউন রাইবক থীবনি,
পাপনা চেনবা ননাইনি।
শ্রীযুত মঙ্গল ওইবাবোই,
থরাই থাবা পাম্মুরোই।
চৈত্রবনু নিংশিনা,
রাবৌবদি রাহৈনা।
খুম্নকইদে। কোইরেংনা,
অকনবং য়েংত্তুনা।
মনাংঙৈগী, রাথোক্তো,
চৌথ্রবদি থৌদোক্তো।

বোবা চাওবই লানফমদা
অরা ফমদা তারুবা
বাবোববা ইপুও।
পুসি যা দো অশাবা
ভৌনবিবা লাফমসি
মৈতৈ নিতম ডারবা
খাইগী ওইবা রাফমদা
ইজাতিগী ওইবদা
লৈবাক্কীদি রাফমদা
অকনবগী শাজংনি
মপু শংবা শারি
ইপা ইপুই শাজাও।
ইবৈবাবপু কনবদা
মৈতৈ অকন অথোদি
মৈতৈ লৈমা নুশিবী
নহাক্কীগু নমানি
মৈতৈ নিতম ফিবালনা
ইপু কবম যেংগগে
মৈতৈ লান্মী পূম্বনা
সবকাব লান্মী মপেনা
নোংদম্বনা মাল ওই
কবন যেনা লৈগগে

অথোবনা য়াওকবা,
কেশুম শংদা লৈকবা।
নোদম্বনা তম্ববু,
খুদি কোঙ্গাই থীববু।
মৈতৈ এথোয় পূম্বইনি,
নতেংতবু নিবনি।
রাবো পুকলো চাউনদে,
পুক্রি কিশি কিনদে।
ইশাই ওইজ তুওইবা,
অথোবনা চংনবা।
লৌশি লৈবা ইপুনি,
অথোবনা খওবনি।
পুকচেল মতা ওইবনি,
ঐগী মীগী কাউবনি।
এহাক্কুগী নত্তেদো,
অমতগী ওইদেদো।
মালেম লৈদা তুবদো,
যেক্কবনা ওংপদো।
অকবদি হাউনা ওই,
লোইবী চীংগী লম্মে ওই
হাইনা হম্মা চাক্লিবা,
নমি মৈতৈ অথোবা!"

রাহৈ অসি তাবদা
নোল্লুকপদি রাহৈনা
"রারৌগম্মু যুববাক
চানবিযুদা ইনিংথৌ
মতম অস্তুক কুইববু
লান্দা চংলু তাকপীদা
ননাই পুরি, নু শিরুই
ইবান য়াইদা লৈবস্তু
মৈতে অকন অথৌনা
লাইবক থিবা ননাইনা
ঐনা পাপপু তৌবনা
নুংশিরবা ইরৈবাক
সনা লৈবাক ঙাকপদা
হিংলুবগী কান্নদে
ইজাতিনা লৈখা তা
িঙাইদনা লৈরিবা
শিহি, হিংবা মহাক্কি
মজাতিগীদমক্তা
ইরৈবাক্কীদমক্তা
মহাক অহু লাইনিদো
লাইবক ফবই ফংবনি
মরৈবাক্কী খুয়াদা

হঙ্চৈচোদা পাউনানা,
খুবাং তবা লোম্লনা।
ননাই লান্দ চৎচগে,
ননাই থরাই থাজগে।
ননাই ঐবু মীবাইবা,
তুংওইননা থম্বিবা।
তরা থোক্লা খঞ্জকই,
লানগী লানবাউ ঙাইজরুই
লানগী মৈবক চোংশিল্লি,
ইবানযাইদা লৈথোকলি।
ইনিংথৌনা মীবাইবে,
ঙাকচবদি ফংদবে।
য়াইবী থরাই থাদ্রবা,
হকচা অসি কৎত্রবা।
মীজাতিনা খোঙনেংনা
অশিবগুম তুমহনা।
কান্নদনা লৈবিবা,
মিংতা ঈবা চেন্দ্রবা।
শিগে হায়না লৈবিবা,
মজাতিবু নুংশিবা।
ক্ষেত্রি ওইনা পোকচবা,
ঈরিক 'মতং কৎচবা।

ক্ষেত্রি ওইনা পোকপনা
অংবেম্বদি মপোক্নি
ক্ষেত্রি ওইবা এখোয়গী
লানগী ঈপাক লানবদা
মীরৈবাক্কী মচানা
মহাক্কুদি মীশানি
ইবৈবাক্কীদমক্তা
মমল মত য়াওদনা
ঙসি কোরৌ মুমিংতা
শ্রীগোবিন্দ পন্দুনা
মলেছ মাইথি পীহুনা
জয়গী ফিরাল পায়হুনা
জয়বু ওইবা ঙমদ্রবা
ইরাংমগী মচানা
রাহে অসি তাবদা
ব্রজবাসী য়েংহুনা
"মুঙাইদকো অথোবা
অকনবগী হৌনশা
ঙসিদগী হৌহুনা
খামেনচংপা শেত্তুনা
সনা খুজী শিজরো
হয়েং ইমুং ঙানবদা

লালগী ঈপাক লুপত্রবা,
থরাই থাবা ঙমদ্রবা।
স্বর্গ থোংজাও হাংলিবা,
নন্দন কাণন য়ৌনবা।
ইরৈবাকপু নৈরবা,
নিঙাইদনা য়েংলিবা।
ইপাম্বোমসি তিংজরি,
ইঙক অসি য়োপ্পরি।
সত্য রাশক শরুগে,
শবি পন্দোল লোন্নগে।
সনা লৈবাক ঙাকচগে,
শ্রীগোবিন্দ কপ্পগে।
ননাই অমুক লাক্লরোই,
মৈতৈ ওংপা উববোই।"
হায়বকইদো নিংথৌনা,
হরাও মোমোন নোক্তুনা।
নতিক চংবা রাহৈনি,
নিংথিবদি শাজংনি।
মেঙোর ফমথোন কাজরো,
রেশম ফুরিং লিংচরো।
দোলাই ফৈনা তোংজরো,
লালগী যাত্রা তৌজরো।"

ব্রজবাসী পাউনানা চৎনবা ফিগাও শাজখি,
সনা যাথং কোক্ত থো হবাং মোংমোন নোকচখি।
মতৌ অসি উবদা প্রজা পুম্বা পেম্নখি,
অঙম অথৌ অপুম্বা পাউনা ফজে শোম্নখি।
মেঞ্জোব ফমথোন কাহুনা ব্রজবাসী হল্লকখি,
লালগী থৌবা তৌনবা মযুম মাইকৈ পাংলকখি।
পাউনা লান্দা কুমদৌবি রাকম অসি শন্দোকখি,
কৈথেল কাবী নুপীনা রাবী ওইনা শানখি।
চীংলেন সনাই মমানা রাকম অসি তাজখি,
মচা চীংলেন কৈডুনা কোলোই মপাও তমজখি।
অহিং মতম আথেঙবা চীংলেন সনা চংচখি,
ঙঝা পাউনাই মকাদা থৌগল তৌগে হায়জখি।
"খাগী লানফম অকনবা পাবী চীংলেন চংকনু,
জয়ব ওইবোই ইবুঙো অমুক ইনগে হায়গনু।"
ঙঝাই রাসি তাবদা হঙ্গচ্চেদো চীংলেম্না,
নোল্লুকপদি রাহৈনা অমেঙবদি খোঞ্জেলনা।
"হাদ ঙঝা ইবুঙো ঐনাই থৌগল তৌজগে,
মৈতৈ নিংতম লানফমদা ঐসু থল্লাই কচ্চগে।
ক্ষেত্রি মচা ওইবনা ননাই শিব কিজ্জদে,
রাজ বংশ ওইবনা থল্লাই থাবা পাম্মদে।
নোংমা পোকপা মচানা নিনি শিব হৌমদে,
ইরৈবাকপু ঙাকপদা নিংহন্নবা তৌনদে।

মৈতৈ বাব মতমদা কান্নচনবা চমদ্গা,
হি লুহুনা কৈদৌনি মেতে ওইনা পোক্লগা।
পোরকমদি ঙমানি স্বর্গদগী হেল্লিবা,
অখণ্ডবনা তাকপিবা ওঝাশি না তম্বিবা।
শিববস্থু শিজাগা ওঝাই থৌগল তৌজগে,
সনা লৈবাক ঙাকপদা থবাই অসি কচ্চগে।"
"তপথখোনে সনখা। ইপাই চৌরেন মু শিবা,
নদি অঙা ওইবনি মাঙবা মতম ওইদ্রিবা।
হন্দক্কীদি লানফমসি মৈতৈ জয়বু ওইরবোই,
মৈতৈ লৈমই নীতম্বা অমুক ঙাকপা ঙম্রবোই।
ইপা অমুক লাব্রবোই সনাতনদি যংগ্রগে,
মাইয়োরবা লানফমদা যাইবী থরাই কংগ্রগে।
ভাবত পূম্বা ঙমগ্রবা সবকাব আকল চাউবনি,
খুংস্থ খুংলাই ফবনি ইরামগী মচানি।
মৈতৈ খুজোক অমনা কবম লাম্বা পাগনি,
জাতি নিতম ফিবালসে হন্দক শোযবোই তুগনি।
পাঙ্গল্লবা মলেছ লাকঙন ফাঙমদবনি,
মবা চেংনা হৌবম্বা নিতম পামেল তুরনি।
চৌরেন নদি নহানি তুংগী আশা লৈবিবা,
তোমখিন শাংপা শীঙেলনি কেনবা মতম চাদ্রিবা।"
"ওঝা বুঙো মুংশিবা কবম লান্দা লেঙদৌরি,
মহে য়াল্লোই থঙলবা কবি থরাই থাদৌরি'

থৌনা লেবা মৈতৈনি
কবো মযাং ঙম্লন্বা
ননাই লান্দ চংচগে
যেক্ল মাইবো যাদ্রুনা
ৱাহৈ অসি তাবদা
চী লেন সনা যেংদ্রুনা
"নহা মতম ওইবনা
পাবী বুঙো মুংশিবা
মালেম লৈকোই পুংসিদা
পৃথ্বী কাচিন কোযাদা
যুম্লোন্নবা কবো।স্ত
ভাবত লেবাক অচৌবা
মৈতৈ খুন্জোক অমনা
মৈতৈ জাতি অপিকপা
চাংলেন লান্দ চংকনু
মৈতৈ জযবু লৈবোইকো
ওঝাই ৱাহৈ তাবদা
ব্রজবাসী মকাদা
"মহৈ যাল্লোই উববা
কাম্লদবা লানফমদা
ওঝা লেঙবা যাববা
ওঝা শিবা মফমদা

করি মাইথিকদগে,
ঐখোয় করি শোনবগে?
ওঝাই থৌগল তৌজগে,
শিববস্থু শিজগে।"
ব্রজবাসী নোক্লকই,
মোমোন নোক্লা হাযবকই।
লমিং তুমিং খঙদ্রিদো,
মলেচ্ছ পাঙ্গল উদ্রিদো।
সবকাব মিংচং লৈবনি,
মলেচ্ছ লৈবাক শনবনি।
মলেচ্ছ মখা পোনবনি,
মলেচ্ছনা পানবনি।
মনি তন্না পাল্লিবা,
কবম মাইয়োক য়াগবা।
যাইবী থব্রাই মাঙগনি,
নদি নহা ওইবনি।"
খুম্লকইদো চী লেন্না,
হ জবকই নহানা।
ওঝা কবম লেঙদোবি,
যাইবী থব্রাই থাদোরি?
ঐস্থু যাফম থোকইনা,
ননাই ঐস্থু শিনিনা।"

মহে যাল্লোই খঙলস্নু
মহে যেংনা তৌবব্
হয়ে কবি ওইগনি
হৌজিক তৌফম থোকপড়
চী লেন নংস্নু খল্লুদো
তাইব পান্না নোকথিনি
ঙম্বা মখে হাংননি
অবোইবগী মতমদা
থৌনা লৈবা লান্মীদি
মাইথিবদা তাবস্নু
ঐখোয় কযা শিগনি
ঈ-না লৈমাই চোংলগা
যেক্লববু কিত্না
মৈতৈশিনা তৌনদে
জাতি-ইজং ঙাক্লবা
মলেছগী মাইযোক্না
ঐখোই ঈ-না ঙাঙলব
মলেছনা পাল্লনি
মেতৈ মীখা পোল্লবা
মতম তুফাও লৈহৌখো
যেক্লবগী কাঙবুনা
লোন্না লোন্না লাম্লেংনৌ

থবক থাবা যাদ্রদো,
থবক হৈবা কৌদদো।
মত্ত ঐখোয কাউথোকসি,
থুনা যাঙনা লোইথোকসি
লানফম অসি তৌদ্রবা,
হায়নি মেতে পাঙদবা।
যেক্লববু থি গনি,
যাইবী থরাই কংকনি।
শিনি খঙনা শিবনি,
মাইবু লৈদে খঙগনি।
যেক্লববু থিংগনি,
মৈতৈ মীখা পোনগনি।
খোঙ্গাঙ্গ শংনা লৈনবা,
নিঙঙাইদনা লৈনবা।
মৈতৈ লিশিং শিগনি,
ঐখোয় পূম্বা লেপকনি।
মৈতৈ লৈমাই থকসিদা,
চাক্ল মলেন থকসিদা।
মলেছনা ওংলবা,
মৈতৈ সেবা তৌনবা।
মনিং তম্না ওংলবা,
অরা-অনা কন্নবা।

নহা লাম্মী খোমজুনা
মলেছ শাসন কায়নবা
“তাকশীগদু ওঝাবু
অরাবশী মতমদা
মৈতৈ নীংতম মাঙথগা
য়েক্লবনা ওৎপবু
ক্ষেত্রি মচা ওইবনা
রাজ বংশ পোকপনা
মাইয়োক্লবা লানফমদা
য়েক্লা তুম্না হাংতুনা
মমাংঙৈগী মতমদা
সত্য রাশক একখিবা
খুদোং থীবা মতমদা
অরাবগী মতাঙদা
মৈতৈ ওইবা ঐখোয়গী
সনা লৈবাক ইমাগী
অসিগুম্বা মতমদা
অরাবগী কানসিদা
“ফরে ফরে সনখ্যা
নহা মতম ওইবনা
ঙসি মপুং ফাহনগে
ঙসি কোরৌ মুমিংতা

লোম্মা লানবু তৌজুনা
রায়েল মবা চেৎতনা।”
ননাই থৌগল তৌজগে,
ঐসু শরুক যাজগে।
কবম হিংনা লৈহৌনি,
মিংনা কবম য়েংগনি।
য়েক চৈফু য়েংজরোই,
মীথা পোম্না হিংজরোই।
যাইবী থবাই থাজগে,
জয়বু ওইবা ওম্জগে।
হৈবোক চীংগী চীংখোঙদা,
ওঝাগীদি খুরাদা।
শিমিন্নসি হায়নবা,
রামিন্নসি লেপ্পবা।
অরাবগী মতমনি,
লুররুবা তাঙ্গানি।
ওঝাই তুংইন চৎচগে,
ননাই থৌগল তৌজগে।”
ইপাই চীংলেন মুংশিবা,
বিত্থা মপুং ফাত্রিবা।
মহৈ মথাক থম্নরোই,
খঙবা নথৈ থুপ্পরোই।

খুংসু থাংদি পাযরকণ্ঠ
অবোইবদি ফুমিংনি
অসি রাহৈ হায়তুনা
তাংলে লৈনা থেংবদা
পন্থৌ শুমাং মথৌবু,
বৃন্দাদেবী মখোঙদা
নিংথিজবা অনিনি
থাবতনা মরাংপা
খুংলাই তম্বা লোইবগা
কোংয়াং চৈশু তাগুম্না
"মঙ্গল ওইয়ু ইবুঙো
নমাই লৈবা ওইগনু
নরৈবাকপু ঙাকপদা
য়েরুবগী মাইয়োক্তা
অসি রাহৈ হায়হুনা
রাহৈ লৈশি-সৈথোম্না
চীংলেন সনা হনগ্রবা
হৈবাং খোংজা লাকচখি
"ওঝা 'বুঙো মুংশিবা
রাংলেন মীকুপ অমত,
হয়েং লেংবা লানক্রমদা
ঈমা লৈবাক ঙাকপদা

ঙসি খুংলাই ওঁরাইসি,
নহে মপুং ফাইনসি।"
খুংলাই তম্বা হৌখবে,
লানগী থৌরাং তৌখবে।
থাংগী জগোঙ্গ শাখরে,
থাংলৈ নোংথাং কুপখরে।
কাওন য়েনগী মওংশুম,
তুন খুনু মতৌগুম।
ওঝাই চবণ শোকচখি,
খুয়া খাদা তুজখি।
নিংতম্বগী লানফমদা,
নজাতিবু কনবদা।
থরাই থাবা কিগনু,
নিংহন্নবা লৈগনু।
চীংলেন সনা কোনবিখি,
মঙ্গল ওইয়ু হায়বিখি।
অহিং তাংলৌ থেঙবদা,
ওঝাগীদি শঙ্গাইদা।
থোঙগী নাতৈ কাঙবিয়ু,
খোমলেন মীকপ থোকপীয়ু।
ননাই থৌগল তৌজগে,
ননাই শকক য়াজগে।"

"পারী হৈরাং খোংজাও
মঙ্গল ওইরোই ইবুঙো
ঙসি সনা কৈথেন্দা
নাকন্দগী থাংশাংনা
ফবা খুদম ওইররোই
হন্দক চংপা লানফমদা
তোয়না খাম্বা য়াদ্রবা
হয়েং ইমুং ঙানবদা
নোংঙাল্লমদাই য়ৌরকপা
মালং লিরি হুল্লকপা
ব্রজবাসী তৌগংলি.
ব্রহ্ম মকোক য়াওরমদে
লৈচিন পোমাই য়েংবদা
অরাং লৈচিল মুরম্মি
"হাদ বিধি বিধাতা
তমথিরবা নোংদম্বা
ইমুং শোরা তৈবদা
তরা লুকোই হাতুনা
খামেন-চংপা শেৎচল্লি
সনা খুজি শিজিল্লি
কুন্দো নাইন চিনখরে
দোলাই ফৈনা তোংদুনা

লানফম অসি চংকমু,
ঈপাই তুংবু ইনগমু।
লাইরেম্বীবু খুরুম্বা,
থম্মোইদবু থিনখিবা।
ঐগী মঙ্গল লৈররোই,
হৈরাং নংবু পুররোই।"
হৈরাং চংপা মত্তাখি,
লাকউ হায়না তাকপিখি।
শজিক থাবা ঙাল্লকপা,
চীংখৈ ফিতুপ হুল্লকপা।
ব্রহ্ম সাধন তৌরকই,
দুর্গা মমাই লৈথোকই।
খাগী লৈচিল ঙৌরম্মি,
ফত্তবতা উরম্মি।
মঙ্গল ওইনু তমগ্নরোই,
মৈতৈ ব্রাওদি হায়গ্নবোই।"
লানগী থৌরাং তৌখরে,
চরৈ নমখাং থোনখরে।
রেশম ফুরিৎ লিংশিল্লি,
লমথাং খুলক য়েংশিল্লি।
হিদাকফুনা পুমফানি,
সনা কোমুং পাংবনি।

লিৱাই 'বুঙো নিংথৌগা
শ্রীগোবিন্দ খুৰুম্মে
'হা গোবিন্দ প্রাণনাথ
পাপনা চেনবা ননাইনা
পাপী কংস হাংখিবা
কুরু-ক্ষেত্র হৈবকত
খুৰুমজবি ইবুঙো
থৌজানবিয়ু মপুঙ
য়েকুবগী মাইয়োক্না
পীনবিয়ু ইবুঙো
ঙল্লে জয়বু পুবক্কে
থৌজানবিয়ু ননাইবু
মৈতৈ নিংথৌ লাইনিংথৌ
লাম্মী চাত্রেং লোইননা
টিকেন্দ্রজিং অথৌবা
লাম্মীশিংবু যেংতুনা
"মৈতৈ ইচিল ইনাওশা
জাতি নিংতম ঙাকুবা
নখোয় শিশিং লিশিংগী
ইমা লৈবাক কনবিয়ু
ঈপা ঈপুই হাক্নকতই
মীথোই মীহেন পাঙবী

পানা খুদপ লানখবে,
ভক্তি লৈবা কংখৱে।
খুযা খাদা ভুজবি,
মালেম লৈদা তাজবি।
কালী লীনবু লাকশিনবা,
লংগী দোলাই থৌখিবা।
চক্র খুত্তা লৈতেবা,
গদা চেংপাইনবিবা।
মাইব ওন্না চেন্দবা,
থৱাই থাবা ঙমজবা।
ঙমদ্রে থৱাই থাজগে,
অসিতদি নিজগে।"
চংলো যাথ পীখবে,
পাবং শানা লেপখবে।
কোল্লোই মপাউ মেল্লকই,
ৱাফম অসি হায়বকই।
হৈরৈবাকসি শিন্নরি,
থৌদা অসি পীজরি।
য়াইবী থৱাঈ থাতুনা,
হৈগী খুজোক কত্তুনা।
নিংতম লাকপা ঐখোয়নি,
সনা লৈবাক ঈমানি।

মলেছগী মাইয়োক্তা
মৈতৈ নিংতম ঙাক্নুনা
মৈতৈ লান্মী পৃম্বনা
পান্থোম লিশিং থাঙ্গৎনা
বঝাই খোংবা মাদা থা
যাত্রা তন্না তৌখরে
দোলাইথক্তা ঙান্থোইরি
লৈবাক ঙাকপা চংচবি
অসোমদদি কমদৌরি
মমা শিজই মফমদা
"হাদ ইমা শিজঙ।
বর মতং নিজগে
"হায়য়ু পারী মুংশিবা
চীংলেন নংঙীদমক্তা
"সত্য রাশক শকপীয়ু
ঙম্মোই রাহৈ হায়রদি
"নিয়ু পারী কৈদৌগে
সত্য সত্য শবিশো
"ঙমা শিজ ঙীবেম্মা
ঙঝাই থৌগল তৌছনা
রাহৈ অসি তাবদা
থুম্নকইদো মমানা

থবাক লোংনা য়াবিসি,
"মিংচং যুম্বী মুংশিসি।"
তুর্গা মাঙ্গম্ব লাউখরে,
থাগী নোংথাং কুপখরে।
থাংলেন লেঙদা খোংছনা,
মৈতৈ লান্মী চাত্রেংনা।
ব্রজবাসী পাউনানা,
মেঙ্গোব ফমথোন কাত্না।
চীংলেন সনা কৌফনা,
হাযজবকই নোল্লুকনা।
লাইবক থিবা নচানা,
পীনবিযু ইমানা।"
অপাম্বত্তা নিযুনা,
থব্রাই ফাওবা থাগেনা।"
হোবেল ঙম্মোই হায়গনি,
নচাই নিংবা কায়গনি।"
ননা পান্বা তৌগনি,
ইচাই নিংবা থুংগনি।"
নচা লান্দ চংচগে,
লানগী মাইকৈ পাংজগে।"
শাউবা লুত্তোন কাপ্রবী,
মচাইদমক রাহবী।

"ঈমাই 'বুঙো মুংশিবা
পারী নংবু থাদোক্লোই
খোংজোম লানফম অকনবা
লাম্মী কয়া চংখরে
লানগী লানগ্ং অমনি
পারী 'বুঙো মুংশিবা
ইচা ইদোম পোকপনি
নাইতোম শাংপা লৈরাংগুম
চীংলেন নংনা চংপ্রগা
মুমিং থাগুম য়েংজবা
"লান্দা হৈদি শিংলবা
শোইরোই মাঙ্গবু পাকনি
লান্দ জম্বু ওইজুনা
করি অতুক রাবগে
ঐখোয় অঙাং ওইবনি
লানগী লানগ্ং খঙনবা
ক্ষেত্রি ওইবা ঐখোয়দি
ঙসি নংত্রে হায়েং লৈ
লানগী লানগ্ং খঙহৌগে
ঈমা য়াথং পীবিয়ু
লৌশিং লৈবা চীংলেন্না
চংনিংবগী ময়াইনা

ঈমা রাশক ঙাক্লরোই,
লানগী বিদায় পীররোই।
চংখি চংখি হল্লক্কে,
জয়গী পাউদি পুরক্কে।
মহৌশাগা মান্নদে,
লান্দ চংকে হায়ফদে।
থক্তা অমা শাংত্রবা,
খাদা অমা পোমদ্রবা।
ঈমা কবম হিংহৌনি,
কনা য়েংনা লৈহৌনি।"
ওঝা পাউনা য়াউরিনা,
করি রাবি ঈমানা
ঐহাক তন্না লাকনি,
ঈমাই সেবা তৌরনি।
লানগী লাঞ্জিন থংলোইকো,
লাম্নিংদতা লেপনিকো।
লাম্না ইথৌ ওইবনি,
থাফদবা থবক্নি।
কুম্মৈ ওইনা য়েংলুগে,
নচা লান্দা চংচগে।
হন্না হন্না হায়জখি,
লাঞ্জিন থংলোই মীনমখি।

"ফরে চংলো ইবুঙো
লাঙ্গিন থংলোই হায়ববদি
ঙরাং পোকপা ঙাখানা
নহান থুবা যেক্লুম্না
পারী মতম চান্দ্রিকো
নোংমৈ গুলী মবক্তা
লানফমদগী লাপ্ন লেপ
অশোক অপন য়াওবদা
মমাই য়াথং ফংতুনা
চরৈ নমথাং শেংতুনা
খেরো ফৈজোম ফজবা
চীংনা লেম্বা চীংলেন্নি
মমাই থুয়া শোক্তুনা
মচাই কোকতা নান্দুনা
"হরিনামবু নিংশিংউ
ঈমাই বুঙো নুংশিবা
চীংলেন সনা মাদ থা
শোরোক লমশাং চংলকই
চীংলেন সনা উবদা
নিংথি ফজৈ হায়ডুনা
পলেমশিনা হায়নৈদো
পাবী মদোম ঙাঙ্গবদু

ঈমা বিদায পীবগে,
চংকে হায়বা য়ারগে।
খোংবান লাল্লম খঙদগুম,
য়েক্লুম চিন্নাইদবগুম।
নংদি নহা ওইরিদো,
চংবা মতম নংত্রিদো।
লানগী লানওং য়েংলুচো,
সেবা লাংবা তৌক্লচো।"
তরা লুকোই হাখবে,
লানগী যাত্রা তৌখবে।
বেশম ফুবিং নিংথিবা,
চুঙ্গোই থানা লৈতেংবা।
লানগী বিদায় লৌখবে,
বিদায় তন্না পীখবে।
শ্রীগোবিন্দ কাউগন্নু,
নতু নাম তেকন্নু।
তুংদ নমা শিজনা,
সনা কোন্নুং পাংতুনা।
অউবনা থাগংখি,
মীপুম থুদিং শোন্নখি।
মমা শিজ করিনো,
কবি মতৌ কৌবগে।

নহা মতম ওইরিবা    পাবী নংনি চাওদ্রিবা,
যেরুবগী লানফমদা    মতৌ করম থারিবা।
পম্বৌশিংনা থাগৎনৈ    "ইচাই মঙ্গল ওইসনু,
যেরুববু ঙমহুনা    নমা লৈবাক কনসনু।
নুপা থোকপা শাজংপু    পাবী নংনা চংলিদো,
বাজবংশই ইজংপু    চীংলেন ন না ঙাক্লিদো।
যেংউ মৈতৈ মচাশা    এখোই মৈতৈ পাখঙসে,
লৈবাক ঙাকপা চংলিবা    চী লেন কৌবা নহাসে।
থুবোম মতা ফজবা    থবাক মকা লামজবা,
চেংলপ তাবা খ্বাংসিনা    নো শা শাবান মাল্লিবা।
চবাম্নবা নোংশানা    শজি শঙাই থিগুম্না,
সনা সোবোক লৈতেংলি    পাম্বা শাথোক ফগুম্না।
'সুম্বা নচা লৈবিঙৈ    মালেম লৈমা ঈমানা,
কবি ঈবা চেনগনি    'কনবা পোকপী পলেমনা।
অভিমন্যু মতৌগুম    বাহু তম্ন চংলিবা,
চীংলেন সনা অথোবা    লানগী মাইকৈ পাংলিবা।
মালেম লৈমা ঈমানি    অকন-অথৌ পোকপীনি,
'কনবা লৈত্রে রাজবী    'থোবা মাংখ্রে কপ্পীনি।
কপলগনু ঈমাও    'কনবা নচা লোইদবি,
মৈতৈ লৈমা ঈমাগী    'থোবা পাবী খমদবি।
মলেছ ব্যহু চঙহুনা    সপ্তরথী নৈদোবি,
যেংউ নোংশা মচাসে    শামু শরুপ তানদোরি।"

নিতাইবাংকী চুথেক্তা
লাম্মী চাত্রেং লোইননা
চীংলেন পোকপী মমানা
মচা চীংলেন শিন্নজে
"ওঝা নংগী নকাদা
মেঞ্জোর নংগী নখুংতা
লৈরাং লৈনম চংন্ত্রিবা
ঙরাং পোম্বা লৈরাংনি
লৈরাং মদোম পোমজবা
থক্তা অমা শাংত্রবা
মালং শঙুম লাকপদা
লৈরাং লোংনা থমজবা
নোংদম তিন্না চিকখিনি
খঞ্জবদা রাজেদো
লানগী খাম্বী মৈরক্তা
খাম্বী মৈনা রাঙ্গৈরবা
ঙরাং কোকপা য়েকুমগুম
মতু নাম তেকখিনি
শরেপ ফারে খন্দুনা
কাংদোং ফারে নিংতুনা
মমা ঐগী মীৎয়েংদা
পালেম ওইবী থম্মোইদা

ব্রজবাসী ঙাইরম্মি,
চীংলেন লম্বী য়েংলম্মি।
ওঝা মাগী মকাদা,
লৈবাক মীয়াম মমাংদা।
ঈচা চীংলেন শিন্নরি,
পারী লৈবাং হাপচরি।
শীঙেল লৈহী চেন্দ্রিবা,
লৈকা ফম্না শাংত্রিবা।
মনা-লক্তা লোংচবা,
খাদা অমা পোমদ্রবা।
কনা উনি মিপাইবা,
থম্মোই চেংনা কোঞ্জবা।
মতম চাদ মাঙখিনি,
পারী লৈরাং কেনখিনি।
ইচা লৈরাং চাকখিনি,
ওঝা নংনা কনবিনি।
ইথানুংদা কোঞ্জবা,
মমা ঐনা রাজবা।
শামান্নবা থিবক্লে,
লাম্মান্নবা য়েংলক্লে।
লৈরাংগুম্না উরিদো,
শীঙেলগুম্না থোংলিদো।

ঙরাং পোকপা ঙাখানি
নহান থুবা য়েকৃমনি
শাগী শারম খঙদ্রিবা
অঙাং ওইবা ঈচানি
ঙা বা কাশা পাউভাকয়েন
চিংশা মানবা থৌনিয়েন
কৌক্রু সনা পুরুময়েন
পারী চীংলেন চাওদ্রিবা
ওন্না মচেম শাংত্রবা
থে না মনাও পোমদ্রবা
পারী কায়না মৈচাক্লা
লৈনা লৈনা নিংলকপা
লাইবক থিবী ঐহাক্লা
হাইনা হুম্না খাঙলমগে
"মমা শিজ রাবিন্নু
চীংলেন সনা ইচাবু
শ্রীগোবিন্দ কাউবিন্নু
নচাই মঙ্গল ওইনবা
মতু নাম তেক্কনা
খুদি খুবৌ চেন্দনা
রাহৈ অসি হায়তুনা
ব্রজবাসী মেঙোর

খোংবান লাল্লম খঙদ্রিবা,
য়েক্লম চিন্নাইদরিবা।
লানগী লাল্লম উদ্রিবা,
পারী কাংদোং ফাদ্রিবা।
মুবা লোইমোম ফাওগৌয়েন,
ভাজানবা উশিনয়েন।
চায়োক ফবী য়েমগুন্না,
কোনবিয়ুকো ওঝানা।
পাবী মদোম পোকপনি,
তোমথিন শাংপা ইচানি।
মালং শত্থম ওইহুনা,
চংবী লারাক খায়হুনা।
চংবী লারাক ওইহুনা,
অরা মৈশা লাংহুনা।"
ননাই পাউনা য়াওজরি,
ইকম থুপ্পা থমজরি।
লাইনিং পরৈ চেংপিয়ু,
মপুই কোলোই শোনবিয়ু।
নচা চীংলেন লাকনি,
শিজই নাক্ত য়োগনি।
বিদাই তম্না তৌরম্মি,
ব্রাদনবা হায়রম্মি।

ব্রজবাসী চংখবে
চী লেনসংগ লোইননা,
মৈতৈ লান্মী পুন্থনা
বঝায বেঙ্গল খোংন্থনা।
মমা শিজ হাবেম্মা
কপ্পা কপ্পা লৌহৌই,
মচা চী্‌লেন কৌন্থনা
হিক্লা ভেংথাজহৌই।
"পাবী চী্‌লেন চংখরে
যেরুবগী লানফমদা,
নোংমৈ গুলী মরক্তা
শঙ্গিনগীদি চিন্দান্দা।
ইমাই বুঙো মুংশিবা
ঐবু কবম খাঙশিবা,
লাইবক থিবী নমাদি
কনা যেংনা লৈশিবা।
লমদা থাগী থামৈদা
শজিবগী থামাংদা,
লৈরাং লৈকা ফঙ্গবা
তাংখুল শরম পাখঙবা।
য়োংলা লেংদা থোংন্থনা
পামব যানবা লাকখিবা,
পামেল উবাং চাউববু
শীংজঙ যাবাই তাখিবা।
পামেল উবাই শিবদা
চোংথোকখিবা থাঙমৈনা,
শীঙেল ওইনা শায়োনবা
লৈবা নিস্থ মহাকনা।
লমজাও লাম্মৈ খাঙবা লৈ
লমজাও লাম্মৈ চাকথ্রগা,
কাওবেল ষণবু কিবনা
নৌবা হানৌ ঙাইবা লৈ।
লৈরাং মানা শাংপদি
লমদা থাগী থামৈদা,
শজিবু য়েন্দা নংনবা
লৈবাং পোমবোম শাংপা লৈ।
মুরা ওইবী শিংন্থনা
লৈরাং থিবা লাকচবা,
শামাম্নবী উবদা
শীঙেল মোমোন নোকচবা।
মলেম লৈমাই থক্তুদা
লৈবাং নেমনেম শাংচবা,
শীঙেল লাইবক থিবীনি
খোঙপাক চেনগাওনজবা।

লুখ্রাশীংদা চনবীনা
শ লৌ লক্না তিনবা লৈ
শীংভেল মাগী কোলোইদি
পোইৱৈ নিংথৌ পাইখোম্বা
পাইখোম্ববু থিবদা
যাওবকপনি হাযত্বনা
শীংভেল লাইবক থীববী
নমা নৈদি বারেদা
পাবী চীংলেন নত্রাবা
নমা লাইবক থীবীনা
কোবৌ মৈশা কণ্ণবা
মাল ইপোম লাকপদা
লৈবাং নশুংলাংগীনি
চীংলেন নংগীদমক্তা
পাবী নংবু যাউদনা
নো দম থীবা বিধাতা
মালেম লৈমাই থক্তুদা
কালেন মুংশা মবক্তা
চীংলেন পোকপী মমানা
মচা চীংলেন কৌত্নুনা

শংলে মথেল লাংডবদা,
লৈবাং নো দম থীবা লৈ।
তুবী লাইবেল মৈদিঙু,
শামু যাইশ থাত্নুনা
লাঙ্গোই শাম্ন যাত্তোন্দা,
শীংভেল যাইপল বোৱা লৈ।
লৈবাং যাইপল গুমত্নুনা,
পাবী কাযনা মৈচাক্না।
'পোম্বা লৈবাং ওইত্নুমা,
থম্না খেঙ্গো শাত্নুনা।
নোংগী নোংলিক খণ্ণবা,
হাইনা হুম্না ডাকচবা।
থম্না খেঙ্গো চোংজবা,
নমা ঐনি হিংজবা।
ঐবু কবম হিংশিবা,
অস্তুম বাওবু তম্নম্বা।"
লেমলৈ ডানা চোংবগুম,
লৈবাক লৈমা তিনথ্রোককুম
ওন্না থোইনা লৈহৌই,
হন্না হন্না কপাহৌই।

তরেৎশুবা পন্দুপ

# চীংলেন সনা তুবা

ব্রজবাসী পাউনানা
খোংজাম মাইকৈ পাংলক্লে,
লাম্মী চাত্রেং পুত্থনা
লংগী যাত্রা তৌবক্লে।
বঝাই বেঙ্গুন খোংত্থনা
দোলাই ফৈনা তোংত্থনা,
মুকপ্রৗবীদি শঙ্গুগুম
ককচেং শংযাম শাগুম্না।
নোংমৈ পাষবা মাঙদ থা
থানা তৃংদা চৎত্থনা,
নোংমৈনদি পুমম্মু মু
শক্তিম্নদি লংদনা।
ফিমুনস্থু লৌতে বা
মৈতৈগীদি সিফাইনি,
অবংবদি থাংশাংনা
নোংথা গুম্না কপ্পনি।
খোংগী খোঙথাং মান্নবা
খুংকী খুংত্থাই তিন্নবা,
উফুলনদি পুমম্মম-মম
ফৃইনা হৌবা নোংগুম্না।
পাণ্ডবকীদি লাম্মীনা
বুক লমপাক পাংবগুম,
ফুইনা হৌবা নোংহৌনা
লাউনা খোংনা পাইবগুম।
তুর্গা মাইদি লাউত্থনা
লাইজ ইথক হৌগুম্না,
চংশিন্নকই লাম্মীনা
লাইজ থিঙেল কাযগুম্না।
লৈবাক প্রজা পূন্ননা
থোঙ্গান ধুপপু থাবম্মি,
মৈতৈ জয়বু ওইনবা
লফু পাম্বী য়ুংলম্মি।
শোবোক কাগুপ লেপত্থনা
পবিং শেন্নাং তোংগুম্না,
জয়গী ধ্বনি লাউরম্মি
থোঙ্গাল খুদিং লেপত্থনা।

লংথবান্দি তুংওইনা লিলোং তন্না য়ৌরকই,
রাইথৌ লমদম তুংওইনৈ শোরারেনবু খুরুমই।
খুবাং তন্না লোন্দুনা লুপা কোন্দা হুল্লম্মি,
খুকউ লৈদা তাত্তুনা সনা কোন্দা হুল্লম্মি।
অথোকপমদি য়োবদা য়াইস্কুল লাকপা তুফমদা,
চরৈ নমথাং থারম্মি বিদায় তন্না লৌবদা।
অথৌবগী মগুনবু অথৌবনা খঙবনি
অকনবগী মিংচংপু অকনবনা শকপনি।
অথৌবগী মংলেন্দা মিংকী পিনা থিকলম্মি,
খুকউ লৈদা তাত্তুনা ভক্তি লৈরাং কংলম্মি।
য়াইস্কুল লাকপা কৌত্তুনা পারী শঙ্গোই নিংশিংনা,
অকনবনা কপলম্মি অকনববু কৌত্তুনা।
নুপা তুগী মংলেন্দা শহীদ মিংলেন লৌগ্রবা,
নুপাসিনা ভাঙ্গোইরি শহীদ ওইবা চংলিবা।
য়েংউ মৈতৈ মচাশা পূক্লিং তূবা দৃশ্যসে,
অথৌবগী মংলেন্দা অথৌবনা কপলিসে।
মফম ঈখঙ খঙদনা পিগী ঈথক হৌরিবা,
মৈতৈ লাম্মী পূম্বগী মিংলু নাপোম থুল্লিবা।
করম মকোক নোংগনি লৈবাকসিগী মীশিংনা,
অথৌবদু পোক্লিবা সনা লৈবাক অসিনা।
মজাতিগীদমক্তা পিগী মরিক তারিবা,
লৈবাকসিগী মীশিংনা থল্লাই থাগে লেপ্লিবা।

মরৈবাকপু ঙাকপদা
লৈবাকসিগী মচানি
থৌবাংগীদি লানফমদা
চোংথামিয়া য়েঙ্খোইবা
ব্রজবাসী পাউনানা
নিংথিবদি রাহৈনা
"ময়াম সিদা লৈবিহৌ
ইশেন চোংথা ইবানি
রাংখৈরাকপা সনথ্যা
য়েঙ্খোইবদি ইবাইস্নু
রাহৈ অসি হায়ড়ুনা
মৈতৈ লাম্মী পুড়ুনা
লাম্মীশিংগী মরক্তা
ঙখাই থৌগল তৌড়ুনা
পাউনা চোংথা অনিনি
লাম্বল কৈদা শাশিগে
কোদোম পোকপী লমদমসে
লাম্বল শাবা য়ারোইদো
ব্রজবাসী পাউনানা
লাম্বল শাফম থিগ্রিঙৈ
চোংথামিয়া মেঙোর
খোংজোম তুরেল তোর্ব্বান্দা

ঈগী ঈখোং চেল্লিবা,
নোক্লা নোক্লা শিরিবা।
মৈতৈ লাম্বল শারম্মি,
রাংখৈরাকপা লৈরম্মি।
হায়জরকই ময়ামদা,
অঙম্বগী মকাদা।
ঐখোয় খোংজোম পাংলগে,
সরকার লাম্মী থে নগে।
মফম সিদা লৈবিহৌ,
পন্নিংসিদা পুবিহৌ।"
খোংজোম মাইকৈ পাংজখি,
খোংজোম তোব্বান য়ৌজখি।
চীংলেন সনা য়াউরকই,
হৈরাং খোংজা ইল্লকই।
মেঙোর অনি থন্নখি,
মহৈ মহৈ ভানখি।
লাইফম য়াম্মা কনবনা,
মৈতৈ লাম্মী ঐখোয়না।
খাঙবোক কালারাজগা,
ফবা মফম থল্লগা।
লাম্বল যাত্রা হুল্লম্মি,
লালগী থৌরাং তৌরম্মি।

মতৌ অসি উবদা
শাউবা লুতোন কাডুনা
"লৈবাক মাইবা কনানো
লাম্বল যাত্রা হুন্নবা
ফৎত্রবদি মফমনি
মফম 'সিদা লৈরদি
তমদা পোম্বা লৈরাংনা
চীংমী তম্মী অনিনা
লোইবী চীংগী চীংমাইদা
শীঙেল কা দো ফাবদা
লৈরা মাগী লৈংন্না
শীঙেল মাগী মগুন্না
মৈতৈ ফম্বাল থক্তুদা
মালং শল্লম ফংবদা
লোইবী চী গী চীংমাইদা
লৈরাং মদোম শাংচবা
অযুক কোবৌ মংক্তা
তময়া কোবী চেনবদা
নিংথম উন্না লোইথ্রগা
মালং ঈপোম লাকপদা
মালেম লৈদা পোমদবা
ইবোনতুংদা শাংতবা

হায়রকইদো পাউনানা,
অয়াকপদি ব্রাহৈনা।
নিংথৌ মাইবা কনানো,
কনা য়াথং পীবনো?
লাম্বল শাবা য়াদবা,
মাইথিবদি শোয়দ্রবা।
লোইবী চীংদা শাংখিবা,
শীঙেল মাবু থাখিবা।
লৈবা মোমোন নোকখিবা,
নিংথৌকোন্দা ঙানখিবা।
কবো কাছার শিনখিবা,
তখেল অৱা শনখিবা।
হাইনা হুম্মা পানখিবা,
লৈরাং মোমোন নোকচবা।
পামেল ফৈরা মথক্তা,
কোবৌ নোংদোন মথক্তা।
লৈরাং মোমোন নোকচবা,
শীঙেল মিপাই থিজবা।
কালেন মুংশা নংজবা,
হাইনা হুম্মা খাঙজবা।
পামেল থক্তা ঙাঞ্জবা,
উনা রক্তা লোংচবা।

খোঙমেলৈ লৈরাংগুম
থাঙ্গাল হাওগী হাওখুন্দা
চীংগী মুরা ওইবীনা
নিঙোলগীদি নাপদা
শামান্নবা মমাংদা
শীঙেল রা না শাংপনা
লৈরাং মানা পোম্লিঙৈ
ফৈরা থক্তা পম্লিংবা
চীংগী পন্থৌশিংভুনা
থজাই লেঙোন চুপ্তুনা
পলেম মাগী গর্ভদই
খোম্লাং মায়োক্লদ্রবা
পলেম ফৈরা থক্লুদা
পন্থৌ পাম্বোম মোলাংবু
মৈতৈ পাবী অথোবা
নিংথৌ লকুই অথোইবা
মৈতৈ নিংথৌ লাইনিংথৌ
পামহৈবদি মিংথোনবা
লাযববদা চানবীবা
তখেল ঙম্মি হায়ভুনা
নিংথৌ মানা চারিবা
খোংজোমগীদি প্রজানা

তোমখিন ওইনা শাংচবা
লৈবাং তোমশাংনখিবা।
লৈবাং মাবু হেকনিংবা,
শীঙেল মাবু থেংনিংবা।
লেম্নজগে নিংজবা,
নিঙোল আশা কাযজবা।
পলেম ওইবীশিংভুনা,
পাবীনিঙ্গু খন্দুনা।
শমু নমদা পোনিংবা,
মথাম্নুংদা কোন্নিংবা।
মালেম লৈদা তাবদা,
অবাম খৌবাং রাবদা।
লৈবাং মোমোন নোক্রবা,
শীঙেল মানা খাওদ্রবা।
গবীব নিরাজ যাইফবা,
লানফম খুদি জয় ওইবা।
চবাইবোংবা নিথৌনা,
পাম্না ফংই হাযভুনা।
গবীব নিরাজ কোলোইবা,
তখেল ঙম্বা কৌখিবা।
প্রজাশিংনা পীদ্রবা,
হবাও হবাও তৌদ্রবা।

রাবৌববা নিংথৌনা
চাকতোন ফিদোন লোমতুনা
অসিগীসু মথক্তা
জোম'দি হায়বা রাহৈনা
পাউনাই রাহৈ তাবদা
শীংলি পাবল হৌতুনা
"এৈনা যাথং পীবনি
নংথৈ কবি লৈবগে
ঙবাং মেঙোব ওইবগা
ঙসি লান্দা লাক্লগা
লান্দা হৈমন শিংমনবা
চবৈ ফিমাং শেংতুনা
রাহৈ অসি তাবদা
চবান্নবা নোংশাগুম
"খুংলাই পায়যু মেঙোব
যাইবী থরাই লৌনসি
রাগী রাবু হাযযুনা
অরাফমদা তাকবা
তাগী নোংদ্রেন চাইনবা
হাযনিংবতা হায়বিযু
সাহেব খুংলাই ফবনা
তমদা মৈতৈ লৈবগা

শাগুনা শাপপু তৌরম্মি,
রানা হি উ হায়বম্মি।
লমলেল লমদম অসিদা,
কোল্লি মাগী মিংখৈদি।"
খুম্রকইদো চোংথানা,
অশাগুবদি রাহৈনা।
তৌগে হাযনা তৌবনি,
তৌনিংবতা তৌবল্লি।
কবি অতুক চাউথোকপা,
রাঙাং কবাম চাউবকপা।
তবা চমাং চাকবা,
কৈগুম শংদা লৈরুবা।
পাউনা মৈগুম হৌখরে,
খুংসু থাংদি শংখবে।
হান্না চাংবু য়েংনসি,
অঙম অঙম হাংনসি।
চৈনিংবসু চৈযুনা,
পনফম থোক্তে খল্লিনা।
থাংগী বাকতা লৈনবা,
মেঙোবনা পাম্বিবা।
চীংমাই থক্তা তোংবনি,
কবম মাইয়োক যাগনি।

খেবু চীংগী চীংচেপ্পা
খুন্নুদাগী চীংশাংদা
চীংগী চীংমাই লান্দুনা
লোইবী চীংমাই কোয়তুনা
রাখল ইতৌ তৌদনা
খণ্ডবা ঐনি মতাঙ্গুম
খুৎসু থাংদি শংখরে
থাংগী নোংথাং কুপখরে
চরান্নবা নোংশাঙ্গুম
অহাংবদি য়েংতুনা
শামান্নবা অনিনি
চোংথা পাউনা অনিমক
কুরু লম্পাক ময়াইদা
সাত্যকীদি অথৌবা
খোংজোম তুরেল তোর্ব্বান্দ
ময়াই কাবা শামুগুম,
মৈতৈ লাম্মী অপূম্বা
খোঞ্জেল 'মত ওইতুনা
চীংলেন সনা চঙলকই
চীংজাউ 'নিগী কারক্তা
'শংবা মনা মরক্তা
চংবী লারাক কারক্তা

মৈতৈ লাম্বল শাসিনা,
ঐখোয় লানবু চংশিনা।
খুংথেংননা য়ান্নসি,
মাইয়োক্ননা থেংনসি।
করম যাত্রা হুল্লিবা,
তৌনিংবতা তৌবিবা।"
অথৌবদি অনিনা,
মেঙ্গোরদি অনিনা।
মিং কুপ্পনা য়েংনরে,
থাংগী থাংফম থিনরে।
লেংমান্নবা অনিনি,
মেঙ্গোর ফমথোন কাবনি।
থাংগী লান্দি তৌখিগুম,
ভুরিশ্রবাই মতৌগুম।
'থৌবা অনি লেপ্পবি,
য়াথিন্নগে ঙাইনরি।
মিংকুপ্পনা য়েংলকই,
মাঙলে মাঙলে হায়রকই।
ময়াই লেপ্পা খামজখি,
'ঙৌবা ফুরা মাঙখি।
লৈরাং পোমশাংনবগুম,
পোমশাংনবা থরোগুম।

লৈরাই চাংজো মরক্তা
'অমুবা লৈচিল মরক্তা
"ইপৃ 'অমুক্তা ভাইবিখো
মফম মতম চাদ্দি
অস্তুক লুর মতমদা
কবম লৈবাক কনগনি
য়েরুবনা উরগা
পুক্তিন্নদা উবদা
জাতি কনবা কাউত্না
করি লৈত রাফমদা
ইজাতিগী রাফম্না
ইরৈবাক্কী থবক্না
লৈবাকসিগীদমক্তা
মৈতৈশিংগীদমক্তা
ঈগী থুজোক থুজোক্না
নিংতম ঙারু লানফমদা
মরৈবাক্কীদমক্তা
মখোয়ত্না উবগা
লান্দা থরাই থাখিবা
মৈরাবদি অথোবা
মৈতৈ লাম্মী কয়ানা
পুন্সি লৈরাং কয়ানা

তপা চেনবা ঈচেনগুম,
মুনা য়েংবা থাজগুম।
ভক্মা রাখল তৌবিখো,
পুক্কি লৈতাবিরকখো।
অহন অনি শাউনবা,
য়েরু মাঙদা লেপ্লবা।
করি হায়না হায়খিনি,
মলেচনা নোকখিনি।
ঐখোয় মশেল হাংনবা,
মৈতৈ মশেল খংনবা
তুংগইননা থনম্বা,
নিঙাইদনা খল্লবা।
য়াইবী থরাই কংখ্রবা,
কোরৌ নোংদোন কাথ্রবা
মরৈবাক্তা কংখ্রবা,
পুন্সি তুমখুন তানখ্রবা।
মিংকী পিবু কংদ্রবা,
ঙসি করি হায়গবা।
পাবুং য়াইস্কুল লাকপনি,
সঙ্গোই সনা ইনাওনি।
খাঙ্থক্তা কেমখ্রিবা,
পোমশাংননা কেনখ্রিবা।

অরেম্বদা শিখরে কান্নদনা মাঙখবে,
অনিমকস্তু লেংবিবো ঐখোয খুৎলাই থাজবে।
ময়ামগীদি থবক্তো ইশাই ওইজ থাঙমদ,
লৈবাক্কীদি রাফমদা পুকচেল খোইজেল তিন্নদা
পম্হৌশিংনা শেম্লম্বা সনা লৈবাক মাঙলনি,
অকনবনা থাবম্বা নিংতম পামেল তুরনি।
মৈতৈ লৈবাক ডাকখিসি শ্রীগোবিন্দ কনখিসি,
ইশাই ওইবা রাফমদি হয়েং তুদা থন্নসি।
ওঝা অমা মাঙবদা কযা নযেং তাগবা,
ইপু অমা শোয়বদা মৈতৈ কবি ওইগবা।
চীংলেন রাহৈ তাবদা 'থৌবা অনি হন্দোক্লে,
শক্তোকলুবা থাংশাংতু অমুক হন্না হপ্তিন্নে।
মৈতৈ লাম্মী ময়ামস্তু অঙম অথৌ পুম্বস্তু,
মহৈ মহৈ খামজিন্নে নহা অহন খুদিংস্তু।
হায়বকইদো পাউনানা "অশাওবনা মাঙওইবা,
রারোনবা য়াদেদো রাহৈ কাবন চনখিবা।
খুম্নকইদো চোংথানা "কবি রানো অথৌবা,
খোইথা লিন্থানগুমসি হাযবোযদবা হায়খিবা।
রাহৈ অসি হায়তুনা 'ঙম্বা অনি কোম্নখি,
শাওবা মৈবু মুৎতুনা মহৈ মহৈ ঈংনখি।
লাম্বল শাবা লোইতুনা লানগী লাম্তোং শিনখরে,
কোরৌ মঙ্গাল উদরে অহিং মতম ওইখবে।

হাওনা পোপতেক লোম্ব লম    খিকলোই নাহুই শারিবা,
হৈরাং খোংজা লাল ঙাকখি    লৌশি চীংজেন ফজবা।
শোরা চীংগী চীংজিন্দা    চীংলেন সনা লান ঙাকখি,
পাউনা ব্রজবাসীনা    লানগী লাম্হোং শিঞ্জখি।
"মৈতৈ লাম্মী অপূম্বা    মিংকুপ নাহুম শিংবিয়ু,
সরকার আকল চাউবনি    অহিং মিংশেল খাংবিয়ু।
সপ্র মৈনা পঞ্জাবী    গোরা সিফাই ময়ামনি,
গুর্খা সিফাই কাঙলুপ্পি    লান্দা হৈবু শিংবনি।"
অহিং নোংয়াই অথেংবা    চীংলেন সনা লাকচখি,
ব্রজাবাসী পাউনাদা    নোল্লুক্কবু হঙ্গংখি।
"তেকচম তেম্হাই কাওরেম্না    পুম্মু মুনা কারক্লে,
ইরেং শলাই যনবীনা    'নৌবা হানৌ থিরক্লে।"
"পারী চীংলেন পঙগম্মু    কৈদই যনবু ওইদগে,
সরকাব লাম্মী শঙ্গুবু    করি ওইনা উক্লগে।
নমিং ননা শিংউকো    সরকার লৌশিং শিংবনি,
চীংলেন নংবু শোয়গনি    মলেছ লান্দা হৈবনি।"
ঙাইহাক পুঙ্গাই লৈরগা    হৈরাং খোংজা চেল্লকই,
নোল্লুকপদি ব্লাহৈনা    'ওঝা য়েংনা হায়রকই।
"ওঝা 'বুড়ো করিনো    লাইফম য়াম্মা কনখ্রেনা,
প্রোকপ্রোক শ্বাইশ্বাই লাওবনা    মফম অসি নিল্লেনা।"
"সরকার লাম্মী চংপদা    খোঙউপ বুটনা নেংপদা,
শ্বাইশ্বাই লাউবা খোঞ্জেলনি    লৈচেং চেম্থরকপদা।

হ'ওনা মরু নেংপদা
পাবী হৈবাং চেকশিল্লু
ব্রজবাসী পাউনানা
শকপ পুবা শামুগুম
নোংঙাল্লমদাই মতমদা
মাইয়োক্লনা থেংনখি
নোংমৈ কাপ্পা নংনদে
শঙ্গীন শঙ্গীন থিন্নখি
হাংলো তুপ্পো খোঙ্গেলনা
থাংগা থাংগা য়ান্নবা
শঙ্গীন শঙ্গীন থিন্নবা
অফং অফং থিন্নরে
লাই-হিংচাবই লানগুম্না
রামনা রাবণ মতৌগুম
ঙাইহাক পুঙ্গাই থেংনবা
মৈতৈ থৌই খঙলক্রে
চীংলেন সনা অথোবা
চরাম্নবা নোংশানা
ওইদ চোংলে য়েংন কক
য়েংতা চোংলে ওইন কক
লাম্মৈ মৈরি উবদা
পোম্বী চেক্লা শঙ্গুনা

প্রোকপ্রোক লাওবা খোঙ্গেলনি,
ঙসি খুদোং থীগনি।"
হাইনা হুম্না চংলকই,
কোয়না কোয়না য়েংলকই।
লাঞ্জাবদি সরকারনা,
চীংলেন সনাই মাইকৈগা।
হাকথেংননা থেংনখি,
থাংগা থাংগা য়ান্নখি।
মায়কৈ তরা নিন্নখি,
মৈগী মৈবিক হৌনখি।
'বংবা নোংথাং কুপখরে,
অঙম অঙম হাংনরে।
অঙকপগী মশক্তি,
পুক্তিং হুবা লালওংনি।
সবকাব মমাই লৈবক্লে,
মলেছ কাঙ্গনা চেল্লক্লে।
তান্নদনা হাংলক্লে,
শজী তানগুম তাল্লক্লে।
পাম্ব চৈগপ চোংগুম্মি,
য়েন্দেম থরাক শোইগুম্মি।
শজি শঙাই চেনবগুম,
শমজি খাইনা পাইবগুম।

চীংলেন খাম্বী উবদা
থৱাই খুবাক হাপ্তুনা
সরকার লাম্মী পূম্বনা
মীশিং য়ামদ মৈতৈগী
পীক্ক সনা লৈবাকসে
মৈতৈ খুজোক অমসে
হাকথেংননা য়ান্নবা
মহৈ মহৈ খন্নখি
অহিং মতম হৌখরে
অয়ুক লৈনম পুহুনা
অয়ুক মালং ঈপোমদা
'নৌবা থৌনা পোক্করে
মলেছগী লাম্মীনা
মৈনা ফ্রি ক্রি কাপ্পুনা
বোম্মা লাকপা উবদা
শিবা কিবা মীশিংনা
চীংকুং ইফুং ফাওবগুম
মৈতৈ চোইজাইনখরে
মতৌ অসি উবদা
লৈবাক প্রজা কৌহুনা
"লৈবাক প্রজা চেনবিন্নু
শ্রীগোবিন্দই কৃপাবু

মলেছ শজী চেল্লক্লে,
সরকার পোম্বী পাইরক্লে।
মৈতৈ লাইনি খনখরে,
মশিংখাদি উখরে।
লোইবু চনবা ৱাগনি,
মাইথি পীবা লুগনি।
মৈতৈদনা ঙমগনি,
করি উপায় তৌগনি।
ইন্নু তৈনা ঙাল্লক্লে,
মালং খোঙদোই হুল্লক্লে।
তেকখংলবা হকচাংনা,
লাংগী তেঙ্গোল অনিনা।
বোমপু তন্না কাপলকই,
মৈতৈ লাম্বল তমলকই।
মৈতৈ লাম্মী কাঙ্গনরে,
শমজী খাইনা চেন্নরে।
লাইজ থিঙেল কায়গুন্না,
পোম্বী চোইনা পাইগুন্না।
লাউজরকই পাউনানা,
থাংশাং ৱাংনা হাইগৎনা।
বোমগী মৈনা ককচগে,
ঐহাক কংব্রা য়েংজগে।"

ৱাহৈ অসি হায়রগা
দুর্গা মাঙ্গবু লাউদুনা
পাম্বা চৈগপ চোংগুম্না
থাংগী নোংথাং কুপতুনা
মৈতৈ লাম্মী পূম্বনা
জয়গী ধবনি লাওদুনা
মতৌ অসি উবদা
বমণ্ডার মৈনা ককঙম্বা
মৈনা ককপা ঙম্লিবা
হন্দক অনি কাপশিল্লু
তান্ন হিগী মতৌগুম
মতৌ অসি উবদা
"মৈতৈ ইচিন ইনাওশা
বমণ্ডার অনি কাপল্লে
হিংনা পাম্বে য়েংবিরো
বোননা পোকখায়দ্রিঙৈদা
ৱাহৈ অসি তাবদা
"অমা লাইবক য়েংজগে
পাউনা চীংলেন অনিনা
মৈতৈ লাম্মী পূম্বনা
লাঙথেনগী চীংদোন্দা
সাহেব দুর্বিন থাদুনা

তুংদা খোঙথাং হন্দোকই,
মাংদা অমুক চংলকই।
ব্রজবাসী চোংখংলি,
বমণ্ডার মৈনা ককথংলি।
পাউনা লাইনি থাগংনৈ,
মহৈ মহৈ হরাওনৈ।
সরকার খুবী চীকখরে,
মৈতৈ লাইনি হায়নরে।
'থৌবা কয়া শুবগে,
য়েংসি করম তৌবগে।
বোনদি অনি পাইরক্লে,
পাউনা জ্ঞানবু মাঙলক্লে।
প্রজা কনবা ঙম্নরোই,
ঐগী গতি লৈররোই।
কৃষ্ণ নামবু শোনবিরো,
লাম্বল থাদোকপিহৌরো।'
চীংলেন সনা চোংথোকই,
পাম্বোম তিংনা হায়রকই
মৈনা তন্না ককখরে,
পুক্লিং মকা লামখরে।
খুনুদাগী চীংমাইদা,
য়েংলি বোমবু ককপদা।

হন্দক অঙম কাপ্রকই    পাংইনা চীংলেন অনিদা,
পাটনাই একুক অনিনি    অমা থুংই চীংলেন্দা।
অনি ককাকে খনরে    চীংলেন সনা নহানা,
তানফম শোযনা চোংখংলে    খুংলৈ থুমনখিবনা।
শনাম মাইকৈ পা তুনা    বোম্মা চীংলেন চেনখরে,
মৈনা ককপা ঙনখিদ্রে    মালেম লৈদা ওনখরে।
মৈতৈ নহা আথোবা    চীংলেন সনা তুখরে,
পোকখংইবকপা মৈনিনা    মৈতৈ লাম্বল চাকখরে।
ব্রজবাসী পাটনাদ    চীংলেন সনা কোনখংলে,
বোমগী মৈনা লাংবনা    চীংলেন জ্ঞানবু মাঙলমলে
ঙাইহাক পুঙ্গাই লৈবগা    হায়জরকই চীংলেননা,
মতং ওইবা রাহৈনা    ওঝা পাউনা কৌতুনা।
হাদ ওঝা মুংশিবা    নাই লাইবক থিবনা,
ওঝাই মাংবু থাজরে    ভাইবং চেংজল লোইবনা
হৈনা নতুং ইম্মিংবা    ওঝাই থোৗগল তৌনিংবা,
ঐগী নোংদম থীবনা    মাংবু থানা চংম্লিবা।
ভাইবং লখী মমলাক্রে    কোবৌ নোংদান ঙাম্রাক,
গুরু বিদায় পীখিবা    পুন্সি থাউমৈ মুংলাক্রে।
ঐবু পোকপী ঈমাদা    তম্বিয়ুকো ওঝানা,
অরাবগী পাঙ আসে    খেমজিনখদি রাহৈনা।
নচা চীংলেন চংখরে    মায়োক্নবা লানকম্বদা,
ক্ষেত্রি ধর্ম্ম ঙাতুনা    ইরৈবাকপু কননদা।

বৈতবণী তোর্ব্বান্দা
তম্লিয়ুকো শুঝানা
ঈমাই লম্পল শিংলমদে
রাখল অসি খনবদা
ঐগীদমক রাবব"
লাইবক চাউবী ঈমানি
চোইজাইন্বা শম্লাংনা
পিগী ঈথক হৌদনা
হৌখ্রবনা শাংলবী
পাঙ্গল ময়েং তারবী
ব্রজবাসী পাউনানা
মিংকী পিরাং খিক্তুনা
"চীংলেন সনা নুংশিবা
পাবী নংদি হল্লোকো
চীংলেন নহাক য়াওদনা
ঙাইহাক পুঙ্গোই ঙাইরম্মু
ঙসি কোরৌ নুমিংতা
য়াইবী থৱাই থাদুনা
নংবু পোকপী নমানা
ওম্না থোইনা কপ্পদো
নংগী খুজেং পায়ত্তুনা
চীংলেন নংবু য়াওদনা

পালেম মাবু ঙাইরমগে,
ঈমাই লম্বী য়েংলমগে।
পালেম সেবা তৌরমদে,
ঐগী থম্মোই পুডমদে।
চিন্দা পোংলুম পুরবী
মিংকী পিবাং কংদ্রবী।
হৃদগী নোংহৌ মালহৌই,
মিংলু চাংজৌ থুমহৌই।
পুন্সি লমদাং তেল্লবী,
ঐগী দমক রাববী।"
চীংলেন য়েংনা হাযরকই,
কোলোইই মপাউ মেল্লকই।
তাইবং কৈথেল খম্বনা,
পুন্সি চেংজেল লোইবনা।
ঐদি কবম হনগনি,
ঐস্সু নতুং ইনগনি।
য়েক্ক লমল খুম্লগে,
ঈমাই লমল কোরুগে।
কোব্বী শমলাং ফোঙ্গইদুনা,
পারী নংবু কৌত্তুনা।
শিন্নবনি ঐঙোন্দা,
করম হন্নি ইয়ুন্নদা।

নবৈবাকীদমক্তা
নংগী লাইবক ফবনা
নোক্রা চংলু ইবুঙো
কবি মিংলু ঈরানৈ
ঐস্সু নতুং ইনগনি
ঙাইহাক পুঙ্গোই লৈবদা
"মৈতৈ লৈবাক ফজবা
অমুক উবা ফংলরোই
শংবানবা হানৌনা
থেক্লা খোঙ্গবা তুরেলনা
পোম্বী চেন্না অনিনা
হৈরাং লৈরাং নপেনা
রাহে অসি হায়দুনা
মৈতৈ লৈমই থুয়াদা
চংখ্রে মৈতৈ অথোবা
কোরৌ নোংদোন পাংখরে
লাইগী জগোই শাবীনা
অথোবনি খঙদুনা
মৈতৈ লাম্মী পুম্বনা
অকন অথো ময়াম্না
রাগী দোলাই শাদুনা
চীংলেন সনা খিলহৈনখি

য়াইবী থরাই থাবনি,
অম্সুঙ্সি ফংবনি।
বিদায়গীদি মতমদা,
অমুক লাইবক ফবদা।
খুং শন্ননা চংকনি,
ঐস্সু শোয়রোঙ্গ লাক্কনি।"
চীংনা কোয়না পনশাবা,
সনা লৈবাক মুংশিবা।
পলেম চরৈ ওইরিবা,
ঙক্কী লিক্লা শিরিবা।
পলেম মগুণ শক্রিবা,
ঈমাই লৈতেং ওইরিবা।"
পুন্সি তুমখুল তানখরে,
চীংলেন পুন্সি কংখরে।
লৈগী দোলাই তোংদুনা,
তাইবং লম্বী থাদুনা।
তরাম তরাম ওকখবে,
লৈগী পারেং হুকখরে।
পিনা বিদায় পীখরে,
চীংলেন মগুণ শকখরে।
ফিজং লৈনা খন্দুনা,
মৈতৈ লাম্মী থাদ্রুনা।

চীলেন তুবই পাউসিনা
মৈতৈ পূম্বই থাম্মোইনা
মালং-তুম্বা খাম্বীগুম
অরাবগী পাউনিনখোল
মচাই পাউনা তাশোন ওই
মমা শিজ ইবেম্মা
নোংলৈ নু শিং অকনবা
মমা শিজ তাখরে
সপ্ত বথী মখুংতা
সুভদ্রানা তে থাগুম
"ঈমাই 'বঙো নুংশিবা
এনা খাম্বা যাদবা
খমনুং কৈকোই লৌওনবী
তাওজিং কৈবাং পীববু
হাদ কৈকোই লৌনম্বী
পুববা ইচাবু
খোযুম লাইও মীনম্বা
লাইবক থিবী এহাক্কী
শয়াং চোইজাইনদুনা
শোবোক যাংবী মথক্তা
ব্লাগী দোলাই মথক্তা
উকরেদো মচাবু

খাংজি ইবু চেইথারে,
কৈরং হাংনা চেইথারে।
মাইকৈ শরা শনখারে,
লাকচং থারা যীথারে।
থাম্মোই ফাংনা থিংগথারে,
মালেম লৈদা লাথারে।
পামেল উজাও ফককম্মা,
মালেম লৈদা লৈদুনা।
অভিমন্যু তুবদা,
কুরুক্ষেত্র লানফমদা।
কবি থাত্র হৃজিক্কি,
মাঙলেদাকা চৈতাক্কি।
কৈকোই লৌনম তৌদুনা,
চারুববা ইহারা'
পালেম নঙ পালেম শা,
মমা নঙ মমা শা।
পুখিগন্নু ইচাবু,
মত চাইবা মণিবু।
অঙাওবীগুম চেল্লকই,
নুং থোইনা খাঙলকই
চৌবা ফিরুক খুম্নিবা,
পুন্সি তুমখুল তাল্লিবা।

মপাল ঙাংনা শারবা    প্যাঙ্গাং পাম্বী তুগুন্না,
লৈবাক্নমদো চীংলেন্না    ঈঙা পাক্লেনহুনা।
মচাই চেংলৌ চীংনা য়েং    কপলকইদো মমানা,
হাকন চাঙবী বনবীগুম    চীংলেন সনা কোন্দুনা।
চীংলেন মাইথো থাজন    শগ্রা লৈচিল কুপ্লিবা,
পোমলাংনবা থম্বালনু    থম্না খোঞ্জোং খল্লিবা।
চবাম্নবা লোংশাংহুন    লিনগুম মণি মুনথ্রবা,
অমুক শাঙনা হয়বকই    মচা কায়না রারবী।
"অহি লোন্না পাজবা    হুবান লান্ন হৈনবা,
সনকাদ পাম্মী তমথিবা    পাবী ইচা হাংলিবা।
খ্বাজেৎ মাচ লাগুন    ইচাই হৈনা তুংইনগে,
তেমনা খুংতা পায়হুনা    এম্ম কোরৌ খুংকুমগে।
লাংগী ঈপাক ময়াইদা    য়েক মাইয়োক য়ারগে,
মৈতে চনু ওইবগী    নুপী থোদাং য়েংলগে।"
রাহে অসি হায়হুনা    অঙাওবীগুম চেল্লকই,
কেবোল লৈকাই খিবিক্লা    মমা শিজ ফারক্লে।
ঈমাই নঙো নুংশিবা    এনা খান্বা য়াদবা,
তাহব চেংজল লোইহুনা    লাইরৈবাকপু পাংলিবা।
তাইবং কেথেল খমদাবি    নমান্নবা হন্দরি,
তরা মচা পৃথনা    ঙসি পোংশিং তান্নরি।
পুন্সি কোরৌ অঙানবা    লোংচুপ মাইকৈ পাংদরি,
অয়ুক শাংপা থম্বালনা    অরা মৈশা লাংদরি।

শামান্নবা লৈরাংনা
ঙসি তাইবং লৈকোন্দা
ঙরাং পোম্বা লৈরাংনা
নহান থুবা য়েরুম্না
কোরৌ ময়ুম চংদরি
কবি মিপাই চাওতুনা
লুমাং শমজি লৈরগা
লুতুং শম্না য়াল্লগা
হাওশম কুমনা য়াল্লিবী
নমাই ফিজি য়াল্লোকো
বৈতরণী তোর্ব্বান্দা
শমু পাঙ্গল লৈত্রবী
বৈতরণী ঈমাইদা
খুংশম্না লাল্লুসি
পাপকী মৈনা চাক্লগা
'ফবা মহে ফংলগা
লাইরৈবাকী নুংঙাইবা
স্বর্গ নন্দন কাননদা
অযোধ্যাগী কৌশল্যা
কুমজা তরামরিদা
লাইবক ফবী সুমিত্রা
শক্তি শেলনা পাল্লুবা

পোমশাংননা নোক্লিবা,
পাবা নংত ব্রাংলিবা।
শীঙেল লৈশাং তমত্রিবা,
য়েকুম চিম্নাইদরিবা।
থাজ শৈশিল লাক্তরি,
পাবী তুমথুন তানখরি।
ইপা কৌবা হাওখুদ্বী,
ঈমা কৌবা হোইয়াবী।
খমনু কৈকোই লৌওনবী,
পারী নংবু থেমলিবী।
নমা ঐবু ঙাইরম্মু,
ঐগী লম্বী য়েংলম্মু।
শমলাং মনা থোংবু ওই,
শমলাং নামা পাম্বে ওই।
পারী নহুৎ শিনগেকো,
চাংলেন নংগী ওইযুকো।
পারী নংগী শকক্লি,
শান্নবনা নংগীনি।
পারী রামবু ফংজখি,
কাঙনা মৈচাক কোকচখি।
হরাও মোমোন নোকচখি,
মচা লক্ষ্মণ উম্নখি।

নোংদম থিবা বিধাতা
কবি পাপপু তৌহুনা
পাবী চীংলেন লৈবাংনি
তোমথিন পানবা হৈবাংনি
মুংশী হৈত নোংদম্বা
ঈচা লৈবাং কেম্লিবা
অৱাবসি ফংনবা
পেল্লো পেল্লো বিধাতা
ফিজি মণি মুল্লিবা
লাইবক থিবী ঐহাক্কী
বিধি নংগী খুযাদা
মপোক লাংলোন খুদিংদা
পাবী ঈচাই তুংইন্না
লাইবৈবাক্কী লম্বীদা
হিংবই মহৈ যান্দ্রবা
অমং যাইথোং কুম্বনা
তাইবং ইবাং উবৱোই
মপুই লীলা মুংঙাইবা
ঈচা সনাই লম্বীদা
তাইবং ঈপাক ৱাংমদা
পাবী ঈচাই মনাক্ত
স্বর্গ পাতাল ফাওবদা

ঐবু কবি কপহনবা,
পাৱী ঈচা মুল্লিবা।
শীঙেল লৈখোক লোঈদ্রিবা,
তাওজিং মমুন ফাদ্রিবা।
নংনা তীনবু ওইহুনা,
ঙস্নি মতম চাদনা।
নোংদম্বনা শেম্নম্বা,
ঐগী ৱাবা যেংলিবা।
চেংনা লুনা থমজবা,
যাইবী থৱায শক্লিবা।
অসিমদি নিজগে,
লমল তোনবা শকচগে।
ঐস্নু ঙসি চংচগে,
ঈমা ঈচা লোইনগে।
মপোক অসি পামদবে,
পোংথানফম ওইববে।
মালংপান্দ লৈবৱোই,
ইমিং সিনা যেংলবোই।
ণবু নংনা পুবিযু,
বিধি নংনা লানবিযু।
ঐস্নু নোক্না চংচগে,
ঈমা ঈচা লোঈনগে।"

ৱাহৈ অসি হায়তুনা রাস্তুনা তাখরে,
মচা চীংলেন কৌতুনা মালেম লৈদা ওনখরে

---

## নিপানশুবা পন্দুপ

# ব্রজবাসী তুবা

চীংলেন সনা চংখরে লাম্মী কয়া শিখরে,
য়েক্লুবগী মাইয়োক্তা য়াইবী থৱাই কংখরে।
মৈতৈ লাম্বল অপূম্বা বোমগী মৈনা চাকখরে,
মৈতৈ লাম্মী অয়াম্বা অৱাবদা তাখরে।
মহুম কায়বা ককচেংনা লম্বী ফাংনা চেনবগুম,
মকোন কায়বা চেক্লানা চোইজাইননা পাইবগুম।
মৈতৈ লাম্মী অপূম্বা শংমজী থাইনা চেন্নরে,
লাইজ থিংঙল কায়বগুম মৈতৈ পুম্বা কায়নরে।
মতৌ অসি উবদা লাউরকইদো পাউনানা,
মৈতৈ লাম্মী চেনগনু চেনবা মতম নংত্রিনা।
চোংথা পাউনা অনিনা পোম্বীগুম্না চিল্লোক্লৈ,
'থৌবা অনি তিম্নবা নাপ চীক্লা ৱাতানৈ।
ঐখোই খুংলাই সিনদি মাইয়োক্লবা য়াররোই,
য়েক্লুবগী বোমমাংদা মৈতৈ খাঙবা ঙম্লরোই।

পম্লিংগীদি লান্মীদা
অথোকপমগী লাম্বলদা
ব্রজবাসী পাউনানা
লান্মী পীয়ু হায়রুনা
পম্লিং পুবা লান্মীনা
লৈরিবদি লান্মীস্তু
মতৌ অসি উবদা
খোংজোমগীদি লান্মীনা
শগোল লান্মী থাহুনা
নিংথৌগীদি খুয়াদা
তোপনা 'মতং য়াওবদা
মলেছ করি হেনগনি
পাঙ্গন্দস্তু ৱাংলোইদো
খুংথেংননা য়াম্নবা
'ঙম্বা য়াথং পুহুনা
শগোলতোংবা লান্মীনা
মালং-মাংদা থাহুনা
তাম্না হিগী মতৌগুম
লিক্লাই 'বুঙো নিংথৌগী
খুবাং তরা লোম্ননা
"তাবিয়ুনে ইনিংথৌ
মৈতৈ লেপ্পা ঙমদ্রে

তোপপু অমা য়াওহৌই,
মৈতৈ খুংলাই লৈহৌই।
তোপপু লৌরু থায়কখি,
পাউবু তন্না পীরকখি।
তোপপু পীয়ু য়ারক্কে,
খোংজোম মাইকৈ পাংলক্কে।
মৈতৈ পুম্বা ৱানখি,
আশা কায়না লৈনখি।
সনা কোম্নুং য়ৌহনসি,
তোপপু তন্না নিজসি।
মাইয়োক্নব ঙমগনি,
মৈতৈ করি নোপকনি।
থৌনাদস্তু তারোইদো,
থাংদ তাদ নোপলোইদো।
সনা কোম্নুং পাংখরে,
য়াঙ্গোই খুরুপ থৌখরে।
য়াঙ্গোই শগোল চেল্লকই,
শেম্বাং পাইবগুম পাইরকই।
খুয়া খাদা তুজখি,
'ঙম্বা মপাও তমজখি।
য়েক্নবগী তোপমাংদা,
মাইয়োক্নবা লানফমদা।

বোমগী মৈনা চাকুনা
মৈতৈ লাম্মী অপূম্বা
ননাই ব্রজবাসীনা
খুয়া খাদা য়ৌনবা
"কবি রানো লাম্মীশা
নুংশিববা লাম্মীনা
লাম্মী কনা লৈবগে
অমুক থীনবা তৌদনা
লানবা ও লাকপা লাম্মীশা
নখোই রাসি তাবদা
য়েক্লবগী মাইয়োক্তা
বমড়ারগীদি মৈরিনা
নোংলৈ নুংশিং মবক্তা
রাবমগনি প্রজাশিং
থৌনা লৈবা মৈতৈদা
হায়য়ু লাম্মী খুদিংদা
ঈমা লৈবাক কনবদা
মৈতৈ ঈপা ঈপুগী
ঈপা ঈপু হক্তকতই
ঙসি ঐখোই মীবোন্দা
নখোই মঙ্গল ওইনবা
জয়গী যিস্কাল পায়রকপা।

মৈতৈ লাম্বল ভুমখবে,
অরা মৈনা চাক্লবে।
তোপপু মতং নিরকই,
ননাই ঐখোয় থারকই।"
মৈতৈ লাম্বল চাক্লবা,
অরাবদা তাববা।
তোপপু থুনা চিংথোকল্লু,
শযাং থক্তা হাপকৎল্লু।
ঐদি থম্মোই কায়রেদো,
খাম্বী মৈগুম চাক্লেদো।
মৈতৈ লেপ্পা য়াববা,
মৈতৈ লাম্বল চাকথ্রবা।
মহুম কায়বা চেক্লাগুম,
চোইজাইববা পোম্বীগুম।
তম্মু ঐগী ইপাওসে,
ঐগী রাহৈ খরসে।
নিংহন্নবা লৈগনু,
মিংচৎ অসি কাউগনু।
মীখা থাদ লাকপনি,
কবম মীখা পোনগনি।
লাইনিং পয়ে চেৎলমগে,
ঐনা লম্বী য়েন্সমগে।"

সনা যাথং ফংবদা
শযাংথক্তা হাপভুনা
মতৌ অসি উবদা
শাদ লান্দ চৈশিংবা
"সনা কোম্বুং ঙাক্নবা
তোপপু ফবম পীবিবা
শগোল তোংবা লাণ্মীনা
ব্রজবাসী মকাদা
খৌগংলবা নোঙ্গৌবী
মীৎকুপ্পুনা যেংনখি
কুমগী নোংবু ঙাইথগা
লৈবাং হেকপা চঙলগা
তোপপু ফংদ্রে তাবদা
অকন অথৌ অপুম্বা
ডুতকী পাউসি তাবদা
থৌদোক অসি খনবদা
"মৈতৈশি গী নিংতম্বা
যেক্নবগী মাইয়োক্তা
বিধাতাগী নোংদমনা
ঐগী লাইবক থীবনা
খুংলাই মতেং যাওদনা
খুংলাই ফবা মলেছ

লাণ্মী খৌরাং লোইখরে,
শনথোংদি য়োখরে।
হংলকইদো থাঙ্গালনা,
অহল মতম ওইবনা।
তোপকী মশিং যামদনা,
ঐগী রাদি যাওদনা।"
খোংজোম তোর্ববান যৌখরে,
কোলোই মপাউ তমথরে।
কুমগী নোংবু ঙাইগুম্না,
মৈতৈ লাণ্মী ময়াম্না।
বজ্র মাইযোক্নবগুম,
তিংখ খুবৌনবগুম।
মৈতৈ লাণ্মী রানখি,
মহৈ মহৈ শাউনখি।
পাউনা শাওবা মৈহৌই,
পাইমা নুংওনজবকই।
ঙাকপা ঙমনি খন্দবে,
লেপ্পা ঙমনি উদবে।
অসুম থোকউ তম্বনি,
অরাবসি ফংবনি।
কবম নিংতম ঙাক্কনি,
করম লাম্বা পাগনি।

শগোল তোংবা মুপাশা
ইনিংথৌদা তম্মুচো
লৈবিবদি তোপতুনা
অফবদি খুৎলাইনা
লাইবক থিবা পাউনাদি
চোংশিনখরে তম্বিয়ু
থাংশাং রাংনা হাইগংনা
মৈতৈ লাম্মী য়েংতুনা
"তাখো মৈতৈ লাম্মীশা
ইরৈবাক্কীদমক্তা
গোবিন্দনা থৌজান্দ্রে
খুয়া খাদা নিকবা
হন্নিংবনা হনবিরো
লালগী লানওং চাররোই
পাউনা ঐদি হল্লরোই
মুনবা ঙমদ থোক্লগা
পাপনা চেনবা থবাইসি
তমথিববা মলেছ
মৈতৈ লাম্মী পুম্বনা
থাংশাং রাংনা হাইগংনা
নত্তে নত্তে মেঙোর
য়েক্লবনু কিতুনা

অমুক তম্না চৎতুনা,
রাহৈ অসি হায়তুনা।
সনা কোম্মুং ঙাকপীয়ু,
শ্রীগোবিন্দ কনবীয়ু।
য়েক্লবগী তোপমাংদা,
মৈতৈ লৈবাক ঙাকপদা।"
পাম্বোম তিংনা লাউরকই,
ব্রজবাসী হায়রকই।
ঈচিন ইনাও অপুম্বা,
থরাই থাবা পাম্নিবা।
ইনিংথৌনা মুংশিদ্রে,
তোপপু 'মত পীবিদ্রে।
ইযুম মাইকৈ পাংবিবো,
অপাম্বত তৌবীবো।
সবকাব তোপপু মুম্লগে,
থরাই অসি থাবগে।
পুতুনদি হল্লবোই,
মৈতৈ ওৎপা য়েংলরোই।"
খোঞ্জেল রাংনা লাউবাকই,
'মত ওইনা হায়রকই।
ঐখোয় অমুক হল্লরোই,
মাইবু অমুক লৈররোই।

ঐখোয় নতুং ইনগনি
'চৌবা তোপকী মমাংদা
মৈতৈ ঐখোই শিংলিদা
মলেছ মনিং তৌহল্লোই
সরকার তোপপু কাপসন্নু
শিহৌদবা মৈতৈনা
মৈতৈ নিংতম' ফিরালনা
ইমিংসিনা উজ্জরোই
ৱাহৈ অসি তাবদা
থাংশাং ৱাংনা হাইগংনা
"মৈতৈ ঈচিল ঈনাওশা
মলেছ লাম্মীশিংসিগা
নোংলৈ খুংশিংকুমহুনা
মৈতৈ জাতি নিংতম্বা
ৱাহৈ অসি হায়হুনা
থাংগী নোংথাং কুপতুনা
থাংশাং পায়বা তুংদ লেপ
নোংমৈ পায়বা মাংদা থা
পাউনা চোংথা অনিনি
মাইকৈ মাইকৈ পুনরে
লাঙথেনগী চীংদোন্দা
মৈতৈ থৌরাং উখরে

য়েক্লববু হাংকনি,
থবাক লোংনা য়াগনি।
ঈরিক 'মতং লৈরিবা,
লাম্মী 'মতং হিংলিবা।
গুলী নোংলিক চুসন্নু,
মলেছ মঙক ককসন্নু।
মালেম লৈদা তুবদো,
সরকার খোঙনেংনবদো।"
হায়জরকই পাউনানা,
লাউজরকই মেঙ্গোরনা।
হকথেংননা য়াম্নসি,
খুংথেংননা থেংনসি।
য়েক্লা তম্না ফুজিনসি,
ঙাকপা ঙম্বা য়েংলসি।
দূর্গা মাঈবু লাউখরে,
নোংমৈ কবোক পোকখরে
পরিং শেম্বাং তোংগুমই,
ফুজিন্নবা থৌরাংই।
হৈরাং খোংজা লোইননা,
শকক তানা য়েন্দুনা।
মলেছ লাম্মী ময়াম্না,
হুর্বিন তম্থা থাহুনা।

মৈতৈ মতৌ উত্থুনা
নোংমৈ মচাক হান্দুনা
নোংমৈ থিংকাপ কাপ্পরে
নোংমৈগীদি খোঞ্জেন্না.
ফিমু শেংপা মৈতৈনি
থাংগী থাংহাই খুদিংদা
সরকার লাম্মী মিপাইখি
লাইজ ঈথক হৌগুম্না
লাম্মী কাংলুপ. অনিনা
সঙ্গিন সঙ্গিন থিম্মনা
সরকাব গুলী মম্মাংদা
অরেম্বদি খরনা .
মৈতৈ লাম্মী খুজোক্নি
মৈতৈ মচা অমদা
থৌনা নৈবা মৈতৈনা
পাম্বা চেগপ চোংগুম্না
চবাম্নবা নোংশানা
শামু লমশা অঙাঙবা
খুনুখবং চেক্লানা
তাংজ লিলহা মচানা
লাইজ থিঙেল কায়বগুম
চীংনুং ইফুং ফাওগুম্না ·

সরকার থৌরাং তৌখরে,
মৈতৈ লাকপা ঙাইখরে ।
গুলী নোংলিক ওইখরে,
কবোক পোকপা মানখরে ।
ফুইবা নোংহৌ মানবনি,
নোংথাং কুপ্পা মতৌনি ।
মৈতৈ মতৌ উবদা,
চংশিল্লকপা অসিদা ।
থাংগা থাংগা য়াম্নখি,
মহৈ মহৈ হাংনখি ।
মৈতৈ তাক্তক শিখরে,
মলেছ হাংপা হৌখবে ।
মলেছ শঙ্গু ফাবনি
সাহেব চয়োম শাবনি ।
চোংশিন চোংশিন হাংলকই,
তাম্না তাম্না ককলকই ।
শজী শঙাই তানগুমই,
লফু বোনবু নৈগুমই ।
চোংঙা তেনয়া লাককুম্মি,
হঙোই মচা তানগুম্মি ।
সবকার লাম্মী কায়বকই,
মলেছ লাম্মী চেল্লকই । . .

যেরু তাননবা য়ারবা
তুংদা অমুক হন্দোকই
মহৈ মহৈ থরজৈ
ঐখোয় খুজোক অমনা
লান্থল তুম্না চাকখিবা
ঐখোয় থরা লৈহৌবা
চোংথা ম্রিয়া মেঙোর
মৈতৈ লাম্মী পুথসু
“চংলসিনে মেঙোর
ঐখোয় খুজোক অমনা
লান্দি লম্নাই নাক্তনা
কনাই মরল তোন্দুনা
ঐখোয় ফিবম চাদরে
তোপপু পীয়ু থাকবা
মৈতৈ ইচিন ইনাওশা
সনা কোয়ুং য়ৌতুনা
খুংলাই মতেং য়াউদনা
ঐখোয় কবি লান্দুনা
মৈতৈ ’থৌবা কনানো
মোন্দুম মোন্তেক কোন্দুনা
লানমী মৈরক চওতুনা
য়েরুবগী তোপমাংদা

চোকথববা মৈতৈনা,
মৈতৈ লাম্মী খুজোক্না।
হৌজিক কবি তৌসিগে,
কবম মাইয়োক য়াশিগে।
চানা থক্না লৈতরে,
চাদ থক্তা য়ানবে।
পাউনা য়েংনা হায়রকই,
তাননবা লাউরকই।
কবি কাল্লখিগনি,
কবম মাইয়োক য়াগনি।
মৈতৈ লৈবাক পুম্বইনি,
ঐখোয় থরাই থাগনি।
কবি লাম্মী থারক্তে,
কবম থৌগই তৌরক্তে।
ঐদি পুক্নিং সুংশিদো,
শেংদোকুবা পান্নিদো।
লান্দ চংউ থৌজিনবা,
মতৌ অসুম থোক্লিবা।
তোপনা পীযু য়াদ্রিবা,
কোনুংদতা ফম্লিবা।
থরাই য়োল্লি ঐখোয়না
ঙগী খুজোক কৎতুনা।”

মৈতৈ লাম্মী পুম্বনা
খোঞ্জেল 'মত ওইতুনা
ব্রজবাসী খুম্নকই
ব্লাফম অসি চুম্মিদো
অথৌবনা মাংদা থা
লেমহৌরিবা খরসে
মৈতৈ খুজোক 'সিমনা
মশিং য়াম্বা সরকার
ময়াম পূম্বা হনবিরো
শিবই মহৈ য়াল্লরোই
ঐদি অমুক হল্লরোই
মৈতৈ মীখা পোনবদো
শ্রীগোবিন্দই খুয়াদা
খুবাং চাংজৌ লোম্লনা
ঙম্লে জয়বু পুরকে
মৈতৈ লৈমা ইমাগী
ব্লাশক অসি ঙাক্তুনা
মৈতৈ লৈমই খুয়াদা
খোংজোম তুরেল তোর্ব্বান্দা
মখোই মতুং ইল্লগে
চৎলো ইচিল ইনাওশা
তাংলৌ লৈনা থেংখরে

চুম্মি চুম্মি লাউরকই,
ঐখোয় পাম্মি হায়রকই।
"মেঞ্জোবনা তাক্লিবা,
প্রজাশিংনা পাম্লিবা।
পুবিখরো প্রজাশিং,
মশিং য়াওদ মৈতৈশিং।
মাইয়োক্লবা য়াবরোই,
ঐখোয় থিংবা ঙম্লরোই।
ইয়ুম মাইকৈ পাংবিরো,
থুনা য়াংনা লেংবিবো।
থরাই অসি কল্লরোই,
ইমিংসিনা উররোই।
ঐদি ব্লাশকচরম্লে,
ব্লাহৈ অসি হায়রম্লে।
ঙমদ্রে থরাই থারমগে,
খোম্লাং লমল শিংলগে।
ঐদি থরাই থারগে,
থরাই অসি কৎলগে।
খোয়েন তুমখুল তাল্লিবা,
পুন্সি চেংজেল থম্লিবা।
লেংঙো মেঞ্জোর অথৌবা,
মৈতৈ লাম্মী অপুম্বা।

"করি ৱানো অথোবা অদোম করি লৈহৌনি,
শিরে শিমিন্নগনি হিংলে হিংমিন্নগনি।
নংনা চৎসি য়াদ্রদি ঐখোয় য়ুমদা হল্লরোই,
'থোবা নংবু থাদুনা ঐখোয় অমুক চৎলরোই।
ঈমা লৈবাক ঙাকপদা থৱাই অসি কৎকনি,
ঈগী খুজোক কৎতুনা য়েরু মাইয়োক য়াগনি।
চোংথাই ৱাসি তাবদা লাম্মীশিংসু লাউরকই,
খোঞ্জেল 'মত ওইদুনা মহ মহে হায়রকই।
"চুম্মি চুম্মি অথোবা ঐখোয় মহু পাম্বনি,
মৈতৈ জাতি কনবদা ঙসি থৱাই কৎকনি।"
ৱাহৈ অসি তাবদা খুমজরকই পাউনানা,
লাম্মীশিংবু তানৱা অমেংবদি ৱাহৈনা।
"হৌজিক মতম হেনখরে শিবই মহৈ য়াল্লরোই,
ঐখোয় পূম্বা শিবনা নিংতম ঙাকপা ঙম্লরোই।
নিংতম নুমিং তারনি মৈতৈ মীথা পোল্লনি,
জাতি নিংতম ফিরালনা মালেম লৈদা তুরনি।
ঐদি ৱাশক ঙাক্লগে তাইবং লম্বী থারগে,
ক্ষেত্রি মচা ওইবনা করম ৱাশক কায়সিগে।
লেংবিরোনে অথোবা ৱাহৈ কারল চনখিবা,
ঙাকপীয়ুকো মেঞ্জোর হায়রোইদবা হায়খিবা।
মৈতৈ নিংথৌ মকাদা শ্রীগোবিন্দই খুয়াদা,
ঐগী ৱাসি তম্বিয়ু মৈতৈ প্রজা পূম্বদা।

খোংজাম তুরেল তোব্বান্দা পুন্সি তুমখুল তালহৌবে,
মাইয়োক্কবা লানফমদা যাইবী থরাই থাহৌবে।
ইচিন ইনাও খবসি অথৌবনা পুম্বিবো,
সনা কোল্লুং য়োতুনা শ্রীগোবিন্দ কল্লুবো।
মলেছ লান্মী হাৎতুনা জয়বু ফংবা ঙমদ্রবা,
অরেম্বনি মপোকসি পাউনা ঐনি পাঙদ্রবা।
য়েংউ ইচিন ইনাওশা খোংজোম ঈমাই ঙাংলিবা,
মৈতৈ মচাই ঈনিদো ঈখোং ওইনা চেল্লিবা।
চীংখোঙ চীংযা থুংলিবা লৌবুক লমহাং অপুম্বা,
পুন্সি তূমখুল তাল্লিবা ঈঙাং পাক্তেনবিবা।
য়েক্লবগী ভোপমাংদা গুলী নোংলিক চুবদা,
থবাক লোনা য়াথিবা সঙ্গীনগীদি চিংদোন্দা।
নিতম্বগী রাখলনা পুক্লিং মথোই কাববা,
যেক্লবগী মৈবিনা থম্মোই কাইনা চাক্লিবা।
থৌনা লৈবা মৈতৈনি মালেম লৈদা তাবিবা,
ঐখোই ইচিন ইনাওনি য়াইবী থরাই কংলিবা।
অবোইবগী মতমদা পিবোইননা য়েংলিবা,
শংশংননা উবিদো ম্রিংফম অত্ত মুংশীবা।
খাচিক্লবা চিনবান্না মুকুম মুকম শোল্লম্বা,
নিল্লি খোক্কেল মুংশিবা ঈমাই কোলোই নিংথিবা।
মখোয়সিগী মপাউবু তমলু মৈতৈ পুম্বদা,
অকনবগী মগুণবু শকলু য়ুমথোং থুদিংদা।

পুন্সি তুমখুল তাল্লমদাই
করি মপাউ মেল্লগ্বা
লান্মী পুম্বা হনখরে
খেবু চীংগী চীংচেগ্বা
"পারী হৈরাং হল্লোবা
অরোইবদি মুমিংতা
অহল মতম ওইবনা
নহা ওইবা নহাক্তি
লৈমল চনবা লৈবাংগুম
পোমশাংনবা শীঙেলগুম
নোংদম তিম্মা চিক্লনা
নংবু করম য়েংশিবা
লাইজ ঈথক হৌগুম্না
পাবী বুঙো উবরা
হল্লো হৈরাং হলহৌরো
রাংলেন মীকুপ অমদা
"হাদ ওঝা মুংশিবা
মৈতৈ নিংতম লানফমদা
নোংমা পোকপা মচানা
মৈতৈ ওইনা পোকপনা
ঙসি কোরৌ মুমিংতা
য়েরুবগী ঈত্তনা

অরোইবগী মতমদা,
মৈতৈ মচা ময়ামদা।"
হৈরা' খোংজা লৈহৌই,
ওঝাই থৌগল তৌহৌই।
অমুক পনবা তৌবন্নু,
নংনা খুরৌ ওইরন্নু।
ঐদি শিবা য়ারেদো,
তুংগী আশা লৈরিদো।
কান্নদ্রবা ঐহাক্তি,
লৈহি চেনবা নহাক্তি।
পোমশাংননা কেনবগুম,
লৈমাই থক্তা তাবগুম।
মলেছ লান্মী লাক্লিবা,
মৈতৈ হাংকে লাক্লিবা।
মলেছ লাঙ্গোই চনথ্রবা,
য়াইবী থরাই লৌথ্রনি।"
ননাই হৈরাং হল্লরোই,
ঐহাক মাইবু লৈররোই।
নিনি শিবা হৌনদে,
থরাই থাবা কিনদে।
মলেছ তুম্না হাৎলগে,
লালগী দেবী পেলহনগে।"

খাহৈ অসি তাবদা    হায়রকইদো পাউনানা,
হৈরাং চিংনা য়েংতুনা    অথোংপদি ব্রাহৈনা।
"য়েরুবনা কোইরক্লে    মলেছ লাঙ্গাই চল্লক্লে,
ফুইনা হৌবা নোংহৌগুম    মাইকৈ মম্না চঙলক্লে।
নাকপাক তানা য়েন্নসি    শমজি থাইনা তাংখায়সি,
নোংপোক নোংচুপ পুনসি    ঙম্নমখে হাংনসি।"
ব্রাহৈ অসি হায়রগা    য়েংথাং ওইথাং পায়খৎলি,
চরাম্নবা নোংশাগুম    যেরু তম্না ফুজিল্লি।
মতৌ অসি উবদা    সবকার লাম্মী নোক্লকই,
লাম্মী অসি উবদা    ঙাওববরা খল্লকই।
নোক্না খেনা চঙলকই    হেক্তো ফাসি খল্লকই,
শগোল তোংবা লাম্মীনা    লাঙ্গাই চন্না কোয়বকই।
হৈরাং খোংজা অথৌবা    থাংগী নোংথা কুপলকই,
ব্রজবাসী অকনবা    থাংনা মশা য়োম্লকই।
য়েরুবগী থাংয়ানবু    খৎ খৎ লাউনা খৎতোকই,
খোঙফম লৈনা চোংতুনা    য়েরুববু হাংলকই।
পাম্বা চৈগপ চোংগুম্মী    কাওরেল শল্লুপ তানগুমই,
চরাম্নবা নোংশানা    শজি শঙাই লাক্লমই।
ককচেং শয়োম শাগুম্না    য়েরুবনা কোঙ্গরম্বা,
শমজি থায়না চেল্লকই    মলেছ লাম্মী অপুন্বা।
লাইজ থিঙেল কায়গুম্মি    চীংমুং ইফুং ফাওগুম্মি,
চোংনা কন্না হাংলকই    য়েন্দেম থরাম শোয়গুম্মি।

য়েংতা চোংলে ওইনা কক
মাঙদা চোংলে তুংদা কক
য়েলাং পোপতেক খুরৌচন
হৈরাং খোংজা অথৌবা
ফিভম শেম্বা ঙমদ্রিবৈ
মলেছগী থাংদোন্না
ওইথাং তন্না হুন্দোকই
য়েংথাং নোংথাং কুপতুনা
হৈরাং লৈবা মাইকৈদা
য়েরু তানখাইবম্লগা
য়েলাং পোপতেক মবক্তো
চন্নাই শাবী মোনখাংনা
ওঝা পাউনা উবদা
মতং ওইবা ব্রাহৈনা
"হাদ ওঝা মুংশিবা
হৈনা নতুং ইন্নিংবা
খুংলাইগীদি মৈশানা
লাইজ ঈশিং পীবিয়ু
ব্রজবাসী পাউনানা
ঈশিং য়াউম থক্কুনা
"পাবী হৈরাং মুংশিবা
ঐন্নু নতুং ইল্লকে

ওইদা চোংলে য়েংনা কক,
তুংদা চোংলে মাংদা কক।
খুদি তন্না থিখরে,
মালেম লৈদা তুখরে।
য়েক্লবনা হানখরে,
হৈরাং খোংজা থিনখবে।
অশোকপতু মেল্লকই,
মলেছ তন্না হাংলকই।
ব্রজবাসী চেল্লকই,
থৌবা তন্না য়ৌরকই।
হৈরাং লোংনা তারম্মি,
ওন্না থোইনা খাঙলম্মি।
হায়জরকই হৈরাংনা,
মিংপু ঈরা হৌতুনা।
ঐনা মাঙবু থারেদো.
নোংদম্বনা তমদ্রেদো।
থম্মোই কাইনা চাকখরে,
খনাও চরম কংখরে।"
কুঞ্জা ঈশিং লুপলুরে.
হৈরাং থম্মোই ইংজরে।
ভাইহাক পুঙ্গোই ভাইরমখো,
ঈপাই লক্ষী য়েংলমখো।

য়েরু লাঙ্গোই চল্লক্লে
য়েরুবগী লাঙ্মীনা
রাহৈ অ'সি তাবদা
য়েরু লাকই তাবদা
"হাদ ঙঝা তাবিয়ু
মীংতি পাংবা ঙমদবে
খুংলাই চেংপায়নতুনা
মমা লৈবাক নিংশিংনা
"চংলো হৈবাং মু শিবা
নপা ঐবু ঙাইবম্মু
খুং-শম্মনা চংনবা
কোবৌ নোংদোন কাবদা
কোয়েং ফিজাং তিংতুনা
মীংকী পিনা খিক্তুনা
চবাম্নবা নোংশাঙুম
খেবু চীংগী চীংচেপ্পা
য়েরুবগী মবক্তা
কাছাবদগী লাকপনি
শগোল তোংনা চংলকই
খেবু চীংগী চীংচেপ্পা
"ঙাইখো ঙাইখো মোঙোব
সরকার পাউবু পুতুনা

মলেচ্ছ অমুক হল্লক্লে,
ঐখোয় অমুক থিরক্লে।
চীনবান থক খা চিল্লকই,
খুংস্থু থাংদি মারকই।
খুংস্থু থাংদি পীবিয়ু,
ঐগী খুংলাই লানবিয়ু।"
হৈবাং খোংজা চংখবে,
তাইবং লম্বী থাখবে।
বৈতরণী তোর্ববান্দা,
তাইবং লম্বী থাবদা।
লাইরৈবাকী লম্বীদা,
স্বর্গ মাইকৈ পাংবদা।"
হৈবাং থক্তা কুপ্লম্মি,
পুন্সি বিদায় পীবম্মি।
যেরুববু ঙাইরকই,
থাংগী নোংথাং শাবকই।
মৈতৈ অমা য়াঙবম্মি,
মমিং খুমন কৌরম্মি।
ব্রজবাসী তমতুনা,
মলেছ পাউবু পুতুনা।
ঐস্থ মৈতৈ মচানি,
ননাক তাম্মা লাকপনি।

মলেছনা হায়জরি
ফমথোন য়াংনা কাহুনা
মৈতৈ জয়দি লৈররোই
মলেছকী মমাংদা
"নুঙাইদকো অথোবা
নংবু উবা ফংবসে
ঐদি ফমথোন পামদরে
ইরৈবাক্কীদমক্তা
য়েক্লবগী মাইয়োক্তা
মৈতৈ জাতি' দমক্তা
মলেছকী মমাংদা
ঐস্সু মুন্না খঙইদো
মলেছগী মমাংদা
ইমিং সিনা য়েংলরোই
য়েক্ল মীখা থারগা
মৈতৈ মীনাই ওইরগা
মৈতৈ নংগী নখুংতা
ইরৈবাক্কীদমক্তা
ঐবু হাংপা শকুনা
ফমথোন চাউনা কাহুনা
পাউনাই য়াহৈ তাবদা
মৈতৈ পুকচেল উবদা

মখোয়গীদা য়াওবীয়ু,
ইনিং তৌনা লৈবিয়ু।
সরকার লাপ্না য়াররোই,
কনা লেপ্পা ঙম্মরোই।"
অরোইবগী মতমদা,
অসিগুম্বা তানফমদা।
অমুক হিংগে নিংদরে,
থরাই থাগে লেপথরে।
থবাই কংকে ঙাইজরি,
মফম 'সিদা লেপচরি।
মৈতৈ লেপ্পা ঙম্মরোই,
মৈতৈ জয়বু লৈররোই।
মৈতৈ লেপ্পা ঙমদ্রবা,
সনা লৈবাক মুংশিবা।
ফমথোন চাউবা কৈদৌনি,
হিংবই করি কান্ননি।
ঐহাক থরাই থারগে,
ঙসি তাইবং থারগে।
নমিংচৎপু ফংজহৌ,
পজেং ফিরাল থেৎচহৌ।"
মাইথোং খেগুম লাংশিনখি,
মরু লৈদা লুকথখি।

মতৌ অসি উবদা
মফম মতম খণ্ডজবা
"চিংনগন্নু অথৌবা
মৈতৈ নংনি খন্দুনা
মৈতৈ নংনা চাউরদি
ঈরৈবাক্কীদমক্তা
ঐহাক শিগে নখুত্তা
ঐগী থরাই লৈরিখে
"মুণ্ডাইদকো অথৌবা
নহাক কুম্না থৌববু
নখোয়গুম্বা পোকপনা
সনা লৈবাক ঈমানা
মৈতৈ মঙক কেনবা য়াই
মৈতৈ থরাই থাব য়াই
'থৌবা নংগী ব্রাহৈনা
থৌনা অসি উবদা
বভ্রুবাহন পোকপীনি
ভক্ত লক্তই অথোইবা
মীরমদমদা পোক্লস্সু
মীচেং চানা হিংলস্সু
মেঙ্গোর নংবু উবদা
মৈতৈ থৌনা য়েংলগা

হায়জরকই পাউনানা,
ব্রাখল লৌশিং লৈবনা।
অশেংবদি ব্রাহৈনি,
ব্রাহৈ অসি হায়বনি।
মৈতৈশিংগী খনগনি,
অফবতা তৌগনি।
মলেছদা তমলুরো,
লান্দি লেপলোই হায়রুরো।
মৈতৈ পুক্চেল চাউইদা,
লৈরমখিদ্রা মালেমদা।
মৈতৈ মিংচৎ ওইবনি,
মনিং তম্না পানবনি।
কোন্থবদি লৈরবোই,
মীখোঙ্ কোনবা তৌররোই।
ঈপা ঈপু নিংশিংই,
ঐস্নু ওসি চাউথোকই।
নর-গম্ভীর য়োকপীনি,
ভাগ্যচন্দ্রই মমানি।
ঐস্নু মৈতৈ মচানি,
মৈতৈ ঈদি চেনবনি।
পূক্লিং অসি খোয়রাংই,
মৈতৈ ঐনি হরাওই।

অরাবনি অথৌবা
লনগী মখা পোন্দুনা
ধর্ম্ম চেনবা ধর্ম্ম-রাজ
ভীষ্ম দ্রোন্দি অনিনা
মৈতৈ ওইনা পোক্লগা
নীংঙল্লক্কে হৌজিক্কা
মৈতৈশিংগী ঈতনা
মৈতৈ অকন অথৌনা
পাপকী ইমিৎ অসিনা
ইরাল পোৎলুম পুতুনা
য়েক্ল কাংবু থাদুনা
থরাই অসি থাদুনা
লৌনম চাউই হায়দুনা
নাকোং সিনা তাররোই
রাহৈ অসি তাবদা
অমেংবদি রাহৈনা
"ফজ্জে নিংথি ইবুংঙো
হায়খি রাশক ঙাক্তুনা
মৈতৈ অবা মতমনি
নিংতম্বগী ফিরালনা
মীখা পোনবই লৈচিম্না
য়েক্লবগী কাঙলূপ্না

মীচেং চানা হিংলুবা,
রাশক পরৈ চেংলুবা।
লান্দা মীচং ওইখিদে,
কৌরবশিংবু থাখিদে।
মৈতৈ য়েক্ল ওইরুবা,
য়েক্ল মীচং ওইরুবা।
ঈখোং ওইনা চেল্লিবা,
ফৌবোন তাগুম তারিবা।
অরাবসি য়েংলিবা,
মতৌ করম হিংলিবা।
মৈতৈ মীচং ওইনিংই,
পাপকী প্রায়শ্চিত্ত তৌনিংই
মৈতৈ ঐবু ঙাংনবা,
য়েক্লবনা চৈনবা।"
খুম্নকইদো পাউনানা,
নিংথিবদি খোনফমনা।
রাশক চেংপা অথৌবা,
লৌদা মিংচৎ নিংথিবা।
নিংতম মুমিৎ তারমদাই,
মালেম লৈদা তুরমদাই।
নোংদোন শিন্না কুপ্লকপা,
ইজাতিবু নৈরকপা।

মতম 'তুদা অথৌবা
নংনা ফমথোন চাউরবা
নুংশি চাউবা নহাক্না
মলেছনা ওৎপদা
চিংনবিন্নু অথৌবা
ফমথোন চাউনা কাতুনা
'থৌবা নংগী লুচিংদা
নংগী ফমথোল মরুমদা
মৈতৈ অন্না তারবা
ইজাতিগী ফনবা
পুন্সি নুমিৎ তারমদাই
ঐগী লাইবক ফবনি
চীংনা কোঙ্গনা পনশাবা
হাওনা কোঙ্গনা পনঙাকপা
লুনা তৌকো মরুপও
কোলোই মাগী মণিপুর
মলেছ লান্মী য়োরক্লে
থন্নাই 'সিনা লৈরিমখৈ
সরকার নাক্তা চঙতুনা
শলাম তস্তৌ তৌতুনা
"মৈতৈগীদি জেনরেল
মথন্নতা ঙাইরফাও

নংগী থবক লাক্কনি,
মৈতৈ কনবা ঙমগনি।
মৈতৈইদমক খনগনি,
নজাতিবু কনগনি।
ঐবু নংনা হাৎচহৌ,
ফজ মিংচৎ ফংজহৌ।
মৈতৈ মচা শেমগৎলু,
নজাতিবু থুপহল্লু।
মরুপ নংনা কনবিনি,
'থৌবা নংনা খনবিনি।
মরুপ নংগা উন্নবা,
নথুবাক্তা শিজবা।
মৈতৈ লমদম ফজবা,
সনা লৈবাক নুংশিবা।
মৈতৈ নংগী হৌরকফম,
ঐখোয়গীদি পোক্লফম।
হায়য়ু ঐদি লাল লেপলোই,
খুৎকী খুৎলাই থাদোক্লোই।"
হায়জরকই খুমননা,
নোল্লুকপদি রাহৈনা।
কোলোই পাউনা কৌবনি,
লানবু লেপ্লোই হায়বনি।

ঐখোয়গীদা য়াওবিয়ু
ঐনা কয়া হায়জরুই
খুংলাই থারোই হায়তুনা
খেবু চীংগী চীংচেপ্তা
ৱাহৈ অসি তাবদা
লাঙ্গোই শয়াংথকুদা
"মৈতৈ মণ্ডক কল্লিদা
অস্তুক মরিল খাবদি
অশিবগী থবকপু
মফমসিগী মীশিংদি
অস্তুক পীকপা লৈবাক্তা
বৃটিশ ঐখোই ইমাণ্ডদা
লৈবাক কয়া ণ্ডল্লকপা
'সুম্না জাতি থেংনদে
মণ্ডক নোনবা হৈতবা
ভারত নোংপোক চীদাইদা
'মত ডাইবা জেনেরেল
অনি শুদ মৈতৈগা
সলাম তৌনা হায়রকই
নংগী লাম্মী তুমথরে
সলাম তনওক ওক্তুনা
অথৌবগী মফমদা

ফমথোন চাউনা ওইবীয়ু,
মনিং তৌনা লৈবীয়ু।
ঐখোই লাম্মী ডাইরিদো,
লাম্থেংনগে লৈরিদো।"
মলেছ তনশাও শাউরকই,
লাউনা খোংনা হায়রকই।
শিবা য়াম্মা কিদেদা,
উরি লৈবাক 'সিদদা।
শান্নবগুম খনবনি,
থৌনা য়াম্মা লৈবনি।
মখোয় খুজোক অমনা,
লেপ্লি থবাক লোংতুনা।
লানফম কয়া য়াওরকপা,
থরাই লাইনা খন্দোকপা।
মমাই লৈবা খণ্ডদবা,
হাইনা হুম্না পাল্লিবা।
মতৌ করম হাৎসিগে,
করম লাম্বা তৌসিগে ?"
'তাবিয়ুদা অথৌবা,
হৌজিক করি পাম্লিবা।"
চীংনা লেম্না হায়রকই,
অথৌবনা থুম্লকই।

তাবিয়ুদো সরকারও ?
লান্মী পুন্বা তুমখগে
লান্দি লেপ্পা পামদরি
খুংকী খুৎলাই থাদরি
'মত ঙাইবা জেনেরেল
ঐখোয়গীদা য়াওবিয়ু
পোকঙমদবা মপোক্লি
করি শিবা পান্বীবা
ফমথোন চাউনা লৈবিয়ু
ঐগী লান্মী ময়ামসি
"মুংঙাইদকো বহাদুর
লৌশিং শিংবা নহাক্না
মাইথিরবা লান্মীনা
মৈতৈ ঐখোয় তৌনদে
মীনাই মিংথোল লৌরগা
মৈতৈশিংনা হঙ্গোইনৈ
খুংলাই পায়য়ু বহাদুর
ঐহাক থৌরাং লোইজরে
নাইতোম মাইয়োক্লসিরা
পাঙ্গল চাংবু য়েংসিরা
'ফজৈদকো অথৌবা
নহাককুম্না থৌববু

ঐগী লাইবক থীবনা,
মৈতৈ নোংদম থীবনা।
ঐহাক হৌজিক হিংজরি,
লানথেংনগে ঙাইজরি।"
লান্দি লেপ্পা ফরনি,
নংগী ফবা ওইগনি।
ফংঙমদবা তাইবংনি,
তাঙনা ফংবা পুন্সিনি।
অপান্বতা হায়বিয়ু,
লুচিংজুনা চৎপিয়ু।"
নতিক চাবা ৱাহৈনি,
ফমথোন চাউনা কাবনি।
য়েক্লবদা চংজবা,
থৱাই ফিগাও শাজবা।
ফমথোল চাউনা নাইনবা,
মীথা পোম্না হিংনবা।
নোংমৈ-লানবু তৌসিরা,
থাংগী লানবু পান্বরা ?
তেঙ্গোল হুপ্না চংগেরা,
খুৎলাই লানবু তৌসিরা ?"
মৈতৈ থৌনা লৈদকো,
অতৈ লৈরমখিনিকো।

মেঙ্গোর কয়া শুবগে
'ঙম্বা কয়া য়াম্বগে
"করি রানো বহাদুর
খ্বাইদই তোনবা ঐহাক্নি
মৈতৈ মেঙ্গোর য়াম্বনি
'ঙম্বা লিশিং লাখানি
হল্লো সাহেব কাম্নরোই
মৈতৈ লান্মী য়াম্বনি
রাহৈ অসি তাবদা
চমম্নবা রাখলনা
ঙাইহাক রাখল তৌরগা
মাগী লান্মী ময়ামদা
"লান্মী কনা য়াউবগে
নাইতোম তাবা লানফমদা
চোংথোক্লকউ ইবুংঙো
মৈতৈ হাংপা ঙম্বদা
সাহেব কনা চোংথোক্কে
মৈতৈ বিদ্যা কিবনা
মরকসিদা হায়রকই
সাহেবকীদি মফমদা
"মৈতৈ মেঙ্গোর জেনরেল
থাংগী লানবু তৌহ্নুনা

নংগুম থৌবা য়াওবরা,
নংগুম কনবা লৈবরা ?"
মৈতৈ 'থৌবা য়াম্বনি,
পাংদ শিংদা চনবনি।
ঐঙোন্দগী থৌবনি,
ঐঙোন্দগী কনবনি।
থরাই মাঙনা তোক্কনি,
লাম্বল পল্লোল খাবনি।"
সাহেব মরু লুকথখি,
রাখল লংজা পুঞ্জখি।
ময়াম য়েংনা হায়রকই,
রাহৈ অসি হংলকই।
মৈতৈ লাম্বা পাদৌবা,
মৈতৈ মাইথি পীদৌবা।
ফমথোন চাড়না হাপ্পিগে,
মনা মথুম পীবিগে।"
তুমিন তুমিন লৈনখি,
মরু লৈদা লুক্নখি।
সুবেদারদি খুমন্না,
সলামবুদি তৌহ্নুনা।
ঐহাক লাম্বা তৌজগে,
ঐহাক মাইয়োক য়াজগে।

মানা ঙমলে হাংসমু
মহৈ চাংবু য়েংহুনা
"নত্তে খুমন তৌগমু
মন্নুং মতম চাদনা
থাংগী তাগী লান্দদি
ঐখোই খুংলাই ফবনা
"চীংনবীমু ইবুংঙো
থাংগী থাংলোন মান্ননি
লাম্মী ওইবা ঐখোয়দি
থরাই মমল ওইবগা
ননাই লাম্বা তৌজগে
ইমাই পাকপা ফংলগা
মলেছনা খল্লকই –
ঐখোয় করি মাঙবগে
সাহেব য়াথং ফংহুনা
ব্রজবাসী মেঙ্গোর
চরান্নবা নোংশাগুম
কাউনা য়েনগী মতৌগুম
খেবু চীংগী চীংখোঙদা
মাইয়োক্ননা লেপলকই
শামু লমশা অনিনা
পাম্বা শরাক ফবনা

ঐনা ঙমলে হাংচগে,
মিংচং মণি তাঞ্জগে।"
অরেম্বদা শিগনি,
পুন্সি চখম্নগনি।
মৈতৈ লাইনি খঙউকো,
লাকচবনি কাউনুকো।"
ঐসু মৈতৈ মচানি,
তাগী তাবোল তিম্ননি।
থরাই পোন্থা ওইবনি,
ফমগী ফমথোল কাবনি।
শিববসু শিজগে,
ফমথোন চাউনা কাজগে।
মৈতৈ মশেল হাংনবা,
মখোইতনি মাঙজবা।
খুমন শেমদি শাখরে,
থৌবাং তন্না তৌখবে।
মহৈ মহৈ লেপলকই,
মতম তাঞ্জা য়েংলকই।
খোংজোমগীদি তোর্ব্বান্দা,
নাইতোম তাবা লানফমদা
য়াথিন্নগে ঙাইবগুম,
শজি শঙাই লুম্বগুম।

থাংগী নোংথাং কুপ্লকই
লৈনা লৈনা চোৎলকই,
সবকাব লান্মী পুম্বনা
মিংকুপ্তুনা যেংলকই।
পাউনাগীদি থাংহাইদো
অঙকপগী থাংহাইনি,
থাংনা মশা যোম্বনি
অউবনা কিবনি।
মেঙ্গোবগীদি মখুংতা
খুমন শিবে খল্লখি,
সবকাব লাম্মী পুম্বনা
পাম্মুই পাম্মুই শোন্নখি।
মেঙ্গোবগী মমাংদা
কুইনা লেপ্পা যাদবে,
পাউনাগীদি মখুংতা
থব্রাই থাবে নিংখবে।
ব্রজবাসী পাউনানা
যেন্নবগী মশাদা,
থাংগী থাংকম পীবম্মি
থা হাই থাংহাই খুদিংদা।
শোক্লবদি যাল্লমদে
নানবদি তৌবমদে,
মৈতৈ বিদ্যা উংপনি
হাংকে হাযনা নিংলমদে।
মৈতৈগীদি মেঙ্গোব
চাংনা লেম্মা হাযবকই,
লৈনা লৈনা চো তুনা
কোলোই মপাউ মেল্লকই।
"রাকগন্নু ইবুঙো
এহাক থব্রাই থাগনি,
ঙাইহাক মতম ঙাইবনি
শিবই মতম যেংবনি।
মিংকুপ মগী মন্নুংদা
যাইবী থব্রাই থাবনি,
মৈতৈ লৈমই মফমদা
হকচাং অসি কংলনি।
নমিং ননা শিংউকো
মিংকুপ নাহুম খঙউকো,
মকুপ নংগী নফমদা
এহাক মতম তাক্কেকো।
যাল্লু হাযবা মফমদা
যাম্লনবা হোংনৌদো,
থিল্লু তাকপা মফমদা
থিন্ননবা য়েংউদো।

হরিনামবু শোনখিগে। লাইনিং পরৈ চেংখিগে,
শ্রীগোবিন্দ নিংশিংগে পুন্সি তুমখুল তান্নগে।
জয় জয় মণিপুর জয় জয় মাতৃভূমি,
জয় জয় জন্মভূমি জয় জয় পুণ্যভূমি।
মতম চারে ইবুংঙো ৬কশম তম্না য়াল্লকউ,
থাংগী থাংদোন অতুনা থম্মোয় থুম্না থিল্লকউ।"
ব্রজবাসী তুখরে যেক্লবগী লানফমদা,
আহূতিগুম অরোইবা নিংতম মহা যজ্ঞদা।
রণ-চণ্ডী কৎলম্বা আর্ক্তি নৈবি মুৎখরে,
পুন্সি থাউমৈ মুৎতুনা মালেম নৈদা তাখরে।
তাবমদাইগী কোরৌগুম মশেক মঙাল পুত্নুনা,
মুৎলমদাইগী থাউমৈগুম ল৲না ঙান্না চাক্তুনা।
খেবু চীংগী চীংচেপ্তা ব্রজবাসী তুখবে,
নিংতম ঙাকপা লানফমদা পুন্সি তুমখুল তানখরে।
বঝাই বেঙ্গুল খোংতুনা শলামীবু কৎলকই,
মলেছগী লাম্মীনা ঈকাই খুম্না উংলকই।
হৌনা খঙবা য়েক্লবা 'কনবই মগুণ শকপনি,
য়েক্লবগী মফমদা গুণবু ঈকাই খুম্বনি।

---

## মাপনশুবা পন্দুপ

# ফাঁসী শগাই থক্তা

কোবৌ ময়ুম চঙখবে
খোংজোম তুবেল তোর্ব্বান্দা
মৈতৈ তুবেল পুকতপ্পী
মৈতৈগীদি মীশানা
নোংমৈ নোংখোং লেপখবে
মৈতৈ লৈমাই নিংথিবা
সিপাইববা চেল্লানা
যুমগী নাৱা অপিখক
লৌবুক লমহাং খুদিংদা
তিংখং তুম্বৌ মবক্তা
মৈতৈ লৈমই মং াবী
নিংতম মহা যজ্ঞদা
চুঙ্গাই থাযেপ্পহুনা
খুংসু থাংদি চেংপাযনা
মৈতৈগীদি লাম্মীনা
মলেছগী লাম্মীনা
খুংলাই চৈনা খাঙহুনা
নিংতম মাঙনি খনবদা
মৈতৈ নিংতম ফিবাললনা
যেক্লবগী ফিবালনা

নিংতম মুমিং তাখরে,
মৈতৈ কয়া তুখবে।
ঈনা ঈমাই পাখবে,
ঈমাই থক্তা তাউখবে।
থাংগী নোংথাং কুপতবে,
ঈগী নোংলিক চুখবে।
শাখপ তোইখপনবক্কে,
পালেম কৌনা কপলক্কে।
ঈপা ঈপল পোংথাবি,
মৈতৈ লাম্মী যাতাবি।
লৈবাক নিংবা অথোবা,
ঈগী ঘীবু হৈবিবা।
কোবৌ নোংদোন তম্মিবা,
তাইবং লম্বী থাবিবা।
ফৌবোলগুম্মা তাবিবা,
খোঙনেংননা চংলিবা।
ওন্না থোইনা লৈবিবা,
থম্মোয কাযনা কপ্পিবা।
মলেম লৈদা তুবিবা,
নোংদান থক্তা পাইবিবা।

মলেছকী কাঙবুনা সনা কোম্মুং পাংনরি,
মৈতৈ 'থৌব কয়ানা পুন্সি তুমখুল তান্নরি।
মৈতৈ ৱাবা উবদা কৌজেং হারৌ তেংথারি,
মচা কায়না মৈচারা খোংজোম তুরেল কপচরি
অৱাবসি উবদা অতিয়াগী থাজনা,
লৈচিল্লক্তা লোংলিবা অরা মৈশা লাংতুনা।
মৈতৈগীদি হকচাংদা থাবল ফিঙৌ কুপলিবা,
অহিং লিক্লা মরিক্লা অমৃতগুম খিক্লিবা।
অহিং লিক্লা নত্তেদো মিংকী পিনি তারিবা,
থৱাম্মিচাক পরেংনা থম্মোয় শোক্লা কপ্লিবা।
নেম নেম পাইবা লৈচিলনা 'ঙৌবা ফিজং খল্লিবা,
লিরি শিংপা মালংনা লৈরাং লৈনম কংলিবা।
মীশা পাম্বা শাশিংনা কোয়না কোয়না চংলিবা
শিরবস্থু মৈতৈবু কিনা নিংহন্নরিবা।
ইম্মুং তৈনা ঙাল্লক্লে কাক্কী লাম্বাও শিল্লক্লে,
পোম্বী চেক্লা য়াকাইরে কোরৌ মশেক য়ৈরক্লে।
খোংজোম তুরেল তোর্ব্বান্দা পুন্সি তুমখুল তাল্লিবা,
মৈতৈ লৈমই থুয়াদা য়াইবী থরাই কংলিবা।
ঈপা ঈপল য়াকাইদ্রে কাক্কী লাম্বাও শিনবদা,
ঈচিন ঈনাউ মিকপাত্রে অয়ুক য়েনখোং তাবদা।
থুলগী বনশেন নহানা কাউরেল মাংদা থাতুনা,
বনজাবুংদি পাংলকলে অর তিতি লাউতুনা।

তুমিল লৈয়ু অঙাংশা
ঈপা ঈপল চেপ্লিদো
য়েক্না মাইয়োক য়াবদা
ঙাইহাক পুঙ্গাই পোত্থারি
খোংহনগন্নু কাউরেলহু
চেলহনগন্নু যন্নাওহু
লৌবুক লমহাং পৃম্বদা
মুনা মুনা তারিবা
লৈপুং নত্তে ঈনাউশা
চরোং হাবুং নত্তেদো
মৈতৈ ঈপা ঈপুনি
নিংতম পামেল ঙাকপদা
যন্নাউ কাংলম খঙদবা
লৌবুক লমহাং পৃম্বসে
ঙসি তৌদ্রি খোংগন্ন
অরাবগী মুমিংনি
যণশেন যণঙাক রারবা
খোংজোম তুরেল কুমলুন্নু
শংবানবা লৌবুকসে
হৈনা থাংউ খোঙথাংদো
'শংবা হানৌ উররোই
ঈঙাংনবা হানৌবু

খুঙ্গা পাখঙ অপূম্বা,
মৈতৈ মচা অথৌবা।
পাঙ্গল ময়েং ভাবনা,
ওন্না থোইনা ভাবনা।
'থৌবা মিকপ থোক্কনি,
অকনবনা শাউগনি।
চীংখোং চীংয়া থুংনবা,
লৈতোংগুন্না উরিবা।
কাউরেল চীফেংলুগনি,
বনবী শজিক থিকনি।
মরুপ মপাং ঙাক্কনি,
পুন্সি তুমখুল তানবনি।
খৌশা খুরৌনরুনি,
থাংনা চোইজাইনবনি।
খুলং ঈশৈ শক্কন্নু,
হবাও মথোই কাগন্নু।
লাইজ ঈখৌ লাংলবা,
ঈনা ঈমাই ঙাংলিবা
ঙসি ঈনা ঙাংবনি,
'শেংবা ঈনি নেংলুনি।
ঈনা মচু শঙবনি,
যণবী যন্নাউ চারুনি।

ঈগী ঈশিং থকউনি
ষণবী যম্লাউ খোমজিল্লু
মীকুপ 'মগী মম্নুংদা
খোংজোম তুরেল তোর্ব্বান্দা
মচা ওইবা কনানা
মচা শিবা পম্তৌনা
কপ্পা লাউবই খোঞ্জেলনা
মীংকী পিদি মবিক্লা
নোম্না নোম্না হৌদোকই
পুন্সি তুমখুল তানবনা
কবি কপ্রি মৈতৈশা।
পাঙদ নংখোয ঐখোযনা
ঐখোই কপ্পা উবগা
পাংদবনি খন্দুনা
মৈতৈ লৈমা ঈমাগী
ঈনা মচু শঙলিবা
চীতা ফমুং শেম্রসি
খাম্বী মৈবি হৌহনসি
লৈগী ফমুং শেমগুমসি
বেশম ফিদক কুপকুমসি
'চাকপা মৈগী ফমুংদা
মৈবি ফিজং কুপতুনা

কাউবেল থন্দু হোইজিল্লু,
লায় ঙম্মাই ফাজিল্লু।
মীনা ফিঙৌ ফৌখবে,
মৈতৈ কযা 'তিল্লরে।
পম্তৌ খোঙ্গুল লীবক্লে,
মচাই মাইকৈ তম্লক্লে।
খোংজোম তোর্ব্বান নিনখবে,
ঈমাই থক্তা তিনখবে।
লাউনা লাউনা কৌজবি,
'থৌবা কনা তাদবি।
নোক্লা শিবা মংখোযনি,
পিনা বিদাই পীবনি।
অথৌবনা শাউগনি,
অকনবনা রাগনি।
শংবানবা লৈমাইদা,
কোকলোই মতম চুপ্পদা।
আহুতিবু পীনবা,
অথৌবনা পামজবা।
পাম্মোই 'থৌবা মৈতৈনা,
পেল্লোই ঈপা ঈপুনা।
মৈতৈ লাম্মী চেপহনসি,
অবা পোত্থানহনসি।

লেংশিনবিসি অথৌবা
রোইবা হোমবু পীবিসি
চাক্ল চীতা মথক্তা
অচাকপদি মৈরিদা
মরৈবাকপু নিংবনা
পলেম লমল শিংতুনা
লাইজ্ঞ ঈহৌরকপগুম
তুরেল চাংজৌ কায়গুম্না
ককচেং শঙ্গু চংকুম্বা
লাইজ ঈথক হৌগুম্বা
মৈতৈ লাম্বল কায়তুনা
লানঙম ফিরাল পায়তুনা
মৈতৈ প্রজা পূম্বনা
করি ওইনি খনবদা
মাইকৈ পাংনা চংলকপা
লমলোং ফাংনা ঙাকচবা
লাইজ ঈনোং লাকপগুম
মৈতৈ খুজোক অমনা
লাইজ ঈহৌরকপদা
মৈতৈ লাম্মী কায়রক্লে
অরাবগী পাউনিনখোল
মালংবনা হুম্লকপা

নংনা পাম্বা আসন্দা,
স্বাধীন মহা যজ্ঞদা।
মৈতৈ লাম্মী কাখরে,
অকন অথৌ তিনখরে।
মরৈবাক্তা তিনখরে,
পুন্সি মহৈ য়ানখরে।
মাইকৈ ফাংনা লাক্লিবা,
লাউনা খোংনা চৎলিবা।
মলেছগী লাম্মীনি,
সাহেবকীদি কাঙবনি।
সনা কোন্নুং পাংলক্লি,
মলেছ লাম্মী চঙলক্লি।
মিপাইনবা লৈরিবা,
রাখল লংজা পূল্লিবা।
য়েক্লবগী লাম্মীনি,
মৈতৈ লাম্মী কাংবুনি।
য়েক্লবনা চঙলকপা,
থরাই থানা থিংলকপা।
লৈঙোই পন্না কায়বগুম,
পোম্বী শঙ্গু পাইবগুম।
সনা কোন্নুং য়ৌখরে,
লম্মৈগুম্না শীনখরে।

প্রজাশিংবু য়েংহুনা
মীংকী পিদি মবিক্না
চংলো মৈতৈ প্রজাশা
য়েক্লবগী মখুংতই
কৃষ্ণই কৃপা লৈতবে
নুংশীরবা প্রজাশিং
ব্লাবৌগনু প্রজাশা
অরাবসি ফংবনি
কুমজা কয়া কযাদই
ঈপা ঈপু হাক্তক্তই
নিংথৌ এহাক থকসিদা
লাইবক থিবা ঐহাক্না
ইরান য়াইদা হনবিবো
য়েক্লবগী মাইয়োক্তা
ঙাইহাক পুঙ্গোই লৈবদা
য়েক্লবগী কাংবুনা
থৌজান হৈবা নিংথৌনা
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পূম্বদা
মনাই মশন অপূম্বা
সনা য়াথং ফংহুনা
মহারানী লোইননা
ময়ুম মাইকৈ পাংখরে

হায়রকইদো নিংথৌনা,
বিদায় তম্না তৌহুনা।
নখোই জীব হিংনবা,
নখোই থরাই কম্নবা।
গোবিন্দনা থৌজান্দ্রে,
ঐনা ঙসি কনঙমদ্রে।
ঐগী লাইবক থীবনা,
নোংদম্বনা কনবনা।
নিংতম লাকপা ঐখোয়নি,
নিংতম পানবা জাতিনি।
মৈতৈ মীখা পোল্লেদো,
নিংতম ঙাকপা ঙমদ্রেদো।
ফম্নাই ফানাই অপূম্বা,
থরাই থাবা পাম্নিবা।
ম্লেছ লান্মী লাক্লনি,
মৈতৈশিংবু ঙৎলনি।
দান্না ধম্ম তৌরকই,
সনা লুপা যেল্লকই।
তরা চেংজেল পীখরে,
ময়ুম মাইকৈ পাংখরে।
লৈমশিজ অপূম্বা,
মচা মশু লোইনবা।

সনা মহী লাইনিংথৌ ফুরা তন্না হোঙখরে,
খাগী ( চীন ) লমদম পাংনবা থৌরাং পূন্না লোইখরে।
মৈতৈ নিংথৌ লাইনিংথৌ হিক্লা হিক্লা কপখরে,
শ্রীগোবিন্দই থুয়াদা ওন্না থোইনা খাঙখরে।
মৈতৈ প্রজা অপূম্বা কপ্পা কপ্পা লৈহৌই,
মুংশিরবা ইনিংথৌ পিনা বিদায় তৌহৌই।
শ্রীগোবিন্দ লেঙখরে ব্রহ্মপুর লমদমদা,
মৈতৈ নিংথৌ চৎখরে চাশাৎকৌদি মাগকৈদা।
সনা কোন্নুং ফজবা মোংফমগুম্না চীকখরে,
উচেক রায়া পূম্বগী পোৎথানফম ওইখরে।
সঙ্কীর্ত্তনগী ধ্বনিনা সনা কোন্নুং নিন্দরে,
ভক্তশিংগী পিরিক্লা হবি মন্দির চোৎতরে।
খুৎলাই পায়বা লাণ্মীনা সনথোংদা লেপ্পরে,
পোম্বী চেক্লা ফাওববু থিংবিনবা লৈত্তরে।
ফিজেৎ লৈতেং য়াউদ্রবী লাইবক থীবী মুজাগুম,
সনা কোন্নুং ঙাম্মোইরি অরা মৈশা লাংবগুম।
মৈতৈ প্রজা পূম্বনা চীংখোং চীংয়া পাংখরি,
ময়ুম মকৈ থাত্তুনা লমদম তাম্না চৎনরি।
সনা শোরোক ফজবা মীনা ফিঙৌ ফৌখরে,
নম্বো থাবো লোইননা মহৈ মহৈ চৎনরে।
থিংবা নাইদা ঈচেলনা তাংথক নাইদা চেনবগুম,
মলেছ কোন্নুং য়োখরে তান্ন হিগী মতৌগুম।

পম্থেংফমবু য়ৌবদা
সনা কোম্লুং য়ৌবদা
মৈতৈ নিংতম ফিরালনা
মাম্লং ঈপোম ঈরোইনা
মালেম লৈদা হুরিবা
য়েক্লবগী ফিরালনা
লৈবাক নিংবা মৈতৈনা
জাতি নিংতম মাঙবদা
কুমজা কয়াই মতুংদা
সাম্রাজ্যদা বৃটিশকী
কুলচন্দ্র নিংথৌরেল
অঙৌসনা লোইননা
অকনবনা 'চুম-শাবা
তৌনিংবত তৌরবা
টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ
থাঙ্গাল মেঞ্জোর লোইননা
অথৌবদি অনিনা
কপ্লি মৈতৈ পূম্বনা
মৈতৈ ঈমা ঈবেন্না
মলেছগী মফমদা
পিগী মরিক মরিক্না
তেংথাবগী খোঞ্জেলনা

লাইঙ্গ থকচানবনি,
সরকার খোঙথাং লেপ্পনি।
নোংদোল থক্তা পাইরম্বা,
লৈনা জগোঈ শারম্বা।
য়েক্না খোঙনেৎনরিবা,
নোংদোল থক্তা পাইবিবা।
ঈরা চেন্না য়েংলিবা,
মখা চীক্লা খাঙলিবা।
মৈতৈ নিংতম মাঙখবে,
সনা লৈবাক লুপখবে।
য়েক্ল বন্দা ওইখরে,
লোইবী চীংলোল লানখরে
য়েক্লবগী বিচারদা,
লৌনম্বগী রায়েন্দা।
ফাঁসী থৌবী হুকখরে,
ফাঁসী শগাই কাখরে।
ফাসী শগাই কাপ্রবা,
লৌনম থৌরী হুকপ্রবা
ফিগাও শানা নিজরি,
মচা পীয়ু লাওজরি।
সনা লৈবাক চোৎনরি,
মৈতৈ নোংদোল নিম্নরি।

অঙম্বনা 'চুম-শাবা
কপ্প ইমা কপ্পুনে
য়েংউ লৈবাক মচাশা
পুন্সি বিদায় মতমদা
য়েংউ নমিং থিংনবা
মৈতৈ প্রজা পুম্বগী
চংখ্রগনি অথোবা
মীনম্বগী থৌরানা
তৌবিনলম্মু খঙদবা
টিকেন্দ্রগী তেংবাংবু
কোহিমাগী চীংশাংদা
টিকেন্দ্রনা কনবিখি
থরাই কনবই লমলবু
তিন্নরকপা মরুপপু
চংলো মৈতৈ অথোবা
নিংতম নুমিৎ তাবদা
মীখা পোনবা হৈতবা
ওৎপা নৈবা উনিংদা
লেংঙো লেংঙো যুবরাজ
নুংহিক্লবা থম্মোয়না
তোমথিল থোকপা শজিককুম
ধ্রুব তারা ওইহনা

মীনম্বগী তাইবংদা,
অরাবগী মালংদা।
মৈতৈ ঐখোই লুচিংবা,
শগাইথক্কা লেপ্পিবা।
অরোইবগী শকফমসে,
অরাবগী মতমসে।
ঐখোয়গীদি লুচিংবা,
অচুম্ববু পুল্লিবা।
মলেছবু হায়নৈদো,
কাউথোকথরে শোন্নৈদো।
নাগাশিংগী লালহৌদা,
অরা তার মতমদা।
থবাই লৌনা শিংলিবা,
লৌনম লাংদা হাংলিবা।
তাইবং চেংজেল লোইহনা,
পলেম লমল শিংহনা।
নংনি মৈতৈ অথোবা,
নোক্লা থরাই থারিবা।
ঐখোয় বিদায় পীজরি,
নংবু ঙসি কৌজরি।
নোংদোল থক্কা ওাল্লগা,
মৈতৈ লম্মী তাক্লগা।

লায়্না শিবা নোংশাগুম্ন
শজিক চাবা তৌদনা,
নোক্না থরাই থারিবা
মীখোঙ কোনবা হৈতনা।
মীওইবগী মীহোৎরোলে
নংগী নগুণ শকনি'
তুংদা লাকপা নহারোল
'থৌবা নংবু কৌগনি।
মালেম পুম্বা নিনগনি
নংগী মীংচং মীংখৈনা,
মৈতৈ পুম্বা লেমজনি
নখোই নগুণ শতুনা।
ভারত লৈমই মচানি
মৈতৈ কোন্দা চাওজবা,
সাম্রাজ্যবাদকী মাইয়োক্তা
লোইবী চীংগুম লেপ্লম্বা।

---

## তর্পণ কৎপা

কুমজা কয়াই মতুংদা
মৈতৈ পুম্না তিল্লরি,
খোমজোম তীর্থ তোর্ব্বান্দা
স্মৃতি সভা ফমলরি।
চীংমী তম্মী পুম্বনা
মফম অসিদা পুল্লরি,
অকন অথৌ কৌড়না
মীংকী পিবু কৎলরি।
পন্থৌ কায়না কাংবুনা
পন্থৌ কৌনা কপচরি,
পারী শেংনা কনানা
পারী কৌনা তেংথারি।
কপ্পা লাউবা খোঞ্জেলনা
চীংয়া তময়া নিন্নরি,
তর্পণ হৈরাং লৈরাংনা
ঈমাই থুংনা তাউনরি।
খোংজোম তীর্থ ঈরোম্নুং
মৈতৈ পুম্বা লুপ্রবি,
পাপকী পোৎলুম থাদুনা
অমৃত থৌবুম থম্লরি।

মীৎকী পিদি মরিক্লা
খোংজোম তুরেল য়াঙংবী
মৈতৈ তুরেল পুক্তপ্পী
মচাশিংবু কৌতুনা
পারী কায়না মৈচাক্লা
খোংজোম তীর্থ ঈমানি
বোমগী তোপকী খোঙ্গেন্না
থাংগী নোংথাং কুপ্লদা।
খুৎলাই মৈশা লাংলবা
নতম্বাক্তা ওনখিবা
নচাই ঈদি মরিক্লা
অথোবগী পিরিক্লা
নিংতম লানফম ময়াইদা
ঈমা নংদি নিংশিংলি
নচা চীংলেল উহোই
শঙ্গাইসনা য়াইস্কুলনা
মৈতৈ অকন অথোনা
কোরৌ নোংদোল পাংলমদাই
তম্মু ইমা মৈতৈদা
মৈতৈ নহা খুদিংদা
মুংশিদকো পন্থৌশিং
মশাই ওইজ থাদোকপা

ঙসি চাংজো পানরি
ঈথক হৌনা চেপ্পরি।
পিগী ঈথক হৌজরি,
থম্মোয় কায়না কপচরি।
অরা মৈশা লাংজবী,
অরা শক্লেন্দ্র পুরবী।
নোংমা থম্মোয় কায়খিবা,
নীংম্না থম্মাল থকখিবা।
মৈতৈ অকন অথোনা,
পালেম খোম্নাং থক্তুনা!
পালেম চরৈ ঙাংখিবা,
ঈমাই থম্মোয় চোংখিবা।
যাইবী থরাক্ত কংখিবা,
মৈতৈ পারী অথোবা।
পারী পাউনা অথৌবা,
পুন্সি তুমখুল তানখিবা।
কোলোই করি মেল্লম্বা,
করি ব্রাহৈ হায়রম্বা।
ঈপা ঈপুই বাহৈদো,
মেঞ্জবম্বা মপাউদে।
লৈবাক্কীদি ব্রাফমদা,
জাতি ফনি খনহ্দা।

তবাই ওইজ্ঞ তানবদা
মম্বামগীনি খনবদা
নোংমৈ গুলী মমাংদা
বোমগী তোপগী মমাংদা
হুমিৎ শিংবুম য়াম্লগা
কুমজা ফিজং খল্লগা
মৈতৈ ইচিল ইনাউশিং
শক্তিক মনৈ ব্রাইথ্রবা
লাউদা ইচিল ইনাউশা।
মফম সিদা তিন্নসি
ঐখোয় পূম্বা তিন্দুনা
মৈতৈ অকন অথোগী
খোংজোম তুরেল মপান্নি
ঈপা ঈপূই পোৎথাফম
মৈতৈ অকন অথোনা
ঈরিক পিরিক অশেংবা
মৈতৈ লান্মী লিশিংগী
থোইনা মযাই কাখিবা
স্মৃতি মন্দির শারসি
লমনশিংবা শক্লসি
মালেম অকন অথোনা
লৈবাক নিংবা মীশিংনা

লন্নাইদমক যেংদবা,
থব্রাই থাবা কিদবা।
থংগী নোংথাং কুপ্লম্বা,
থপাক লোংনা য়াবম্বা।
থোইনা হেন্না নিংশিংবা,
হেন্না য়াম্না নুংশীবা।
মতম চাদ মাঙখিবা,
থাবা মতুং লোনথ্রবা।
চংমী তম্মী অপূম্বা,
মৈতৈ ঐখোয় লোইনবা।
স্মৃতি-সভা ফমসি লাও,
কোলাই গিংলেল শকসিলাউ।
খেবু চীংগী চীংখোঙনি,
শেংল তীর্থ মফম্নি।
পুন্সি তুমখুল তানখিবা,
মফম সিদা থিকখিবা।
খোবাংলবা থাংলেন্না,
য়েক্ল-ঈবু থক্লনা
মফমসিগী লৈমাইদা
ঈপা ঈপুই মফমদা।
নোংমা পোৎথানবনি,
লৈগী খুজোক কংলনি।

তাইবং শান্তি পাম্বনা
মফম 'সিদা কপ্পনি,
বিশ্ব-নিংবা ভক্তনা
পিগী মরিক খিক্লনি।
সাম্রাজ্যবাদ মৈরিবু
মুৎননবা থৌরাংসি,
তীর্থসিগী ঈশিংনা
কুপ্নগী নোংগুম খিকলুসি।
শহীদশিংগী পূজারী
বিশ্ব যাত্রী কয়ানা,
তীর্থ 'সিদা লুপ্পনি
পিগী ঈথক তৌদুনা।
লাউনে ইচিন ইনাওশা
লৈগী খুজোক পুরকউ,
ঙসি তর্পণ কৎলসি
চেংনা থোইদিং য়াওরকউ।
কোবৌ থক্তা ক'থ্রবা
অকন অথৌ কৌদুনা,
লমল শিংবা শক্রসি
পিগী খুজোক কত্তুনা।
মৈতৈ অকন অথৌশা
লোবিয়কো নুংশীবা,
খোংজোম তীর্থ ঈপাইদা
ঙসি তর্পণ কচ্চবা।
খোংজোম তীথ তোব্বান্দা
খুকউ লৈদা তাদুনা,
কচ্চরিবা হৈবাংসে
পিগী মরিক লোইননা।
মৈতৈ কোনগী লৈবাংনি
'থৌবা নংনা পামজবা,
মৈতৈ লৈমই লৈতেংনি
'কনবা নংনা থারম্বা।
নচন নচা ওইবনা
ফিগাও থম্না পুরকপা,
নরোই ননাউ ময়াম্না
থম্মোয় য়াওনা হেক্লকপা।
লাইবক থিবা কবিনা
করি লমল শিংগনি,
মিংকৌ পিসি নত্তনা
করি কৎপা ঙমগনি।
মৈতৈ হৈরাং অহাউবা
শীতেল লৈনম নুংশীবা,
ফিগাউ শানা পুরক্লি
নখুয়াদা কৎনবা।

মৈতৈ কোনগী লৈরাংনি রাখল অসি খন্দুনা,
লৌখিনুকো অথৌবা ঐখোই ভক্তি য়েংদুনা।
খোংজোম তুবেল পুক্তুপ্পী পুখো নংগী ঈচেলনা,
হৈরাং লৈরাং খবসে পিগী মবিক লোযননা।
লমদম তান্না পুদুনা মালেম ঈপাক যৌনবা,
য়েনখিবস্মু নহাক্না তাইবং হিদেন থুংনবা।
নংগী পিক্না ঈচন্না মালেম ঈপাক যৌবদা,
ঈথক ঈপোম হৌগনি ঈচেল অনি পূনবদা।
মতম 'তুদা নিনগনি নুংশীববা সুবনা,
তাইবং নোংদোল কাওগনি অকন অথৌ রারীনা।
মালেম নিংবা কাংবুনা পিগী ঈথক হৌগনি,
শান্তি পাম্বা মীশিংনা হরাউ মোমোন নোক্কনি।

---

লোইরবা

অইবগী ফোঙনবা লাইরিক থরা—

☐ অহিং-লিক্লা (শৈরেং লাইরিক) ১৯৫১

☐ খোংজোম ৩থ (খণ্ড কাব্য) ১৯৬৩

☐ বাসন্তী চরোং (য়ারা মচা) ১৯৬৭

☐ ঈথক ইপোম (শৈরেং লাইরিক) ১৯৭১
(যামিনী সুন্দর গুহ মেমোরিয়েল সনাগী মেদল ফংলবা)

☐ তংখ্রবা পুন্সি লৈপুন (য়ারা মচা) ১৯৮৬
(সাহিত্য একাদমী এৱার্দ ফংখ্রবা)

☐ সন্ধ্যাগী ঈশৈ (শৈরেং) ১৯৯০
(বহস্তবাদনা মপুং ফাইবা শৈরেং ১০৮ পূর্নশিনবা)

১৭৫